# গরুড় পুরাণ

## প্রেত খণ্ড

মণিপুরী ভাষা অনুবাদ

অহানবা শরুক

---

প্রকাসক :

শ্রীসেরাম উদ্ধব সিংহ
খোংমন মোইরাং পণ্ডিত লৈকাই।

অহানবা থুংনম
মার্চ ১৯৮১ ইং
কপী ১০৫০

লাইরিক ফংফম :-

১। "শর্মা বুক এজেন্সী"
পাওনা বাজার ইম্ফাল
কৈশামপাং খোং মনাক

২। "গীতা বুক ষ্টোর্স"
পাওনা বাজার ইম্ফাল
কৈশামপাং খোং মনাক

( অতৈ পুম্নমক লাইরিক ইবগীনি )

মমল রুপা ১৩.০০ ( তরাহুমথোই )

---

নমখৎ :—অরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম থাইরুল পুখ্রিমপান, ইম্ফাল।

মহর্ষি বেদব্যাস প্রণীত

# গরুড় পুরাণ

## প্রেত খণ্ডম্

মণিপুরী ভাষা অনুবাদ

( অহানবা শরুক )



অনুবাদ তৌরবা

শ্রীঅনৌবম লালকাঙাই দেব শর্ম্ম জ্যোতিষী
উরিপোক অহল্লেম লৈকাই ইম্ফাল
মণিপুর।

# "থৌবিরল উচ্চবা"

মহর্ষি বেদ ব্যাসনা ইবারবা অষ্টাদশ মহাপুরাণগী মরুংচনবা 'গরুড় পুরাণ্" গী শেষ "প্রেত খণ্ড" অসি সংস্কৃত লোন্দগী মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ তৌজনুনা, মণিপুরী সাহিত্য লৈকোয়্ংগী লৈচন অমতং ওইনবগী মরমদা শ্রীযুক্ত এন্, তোম্বী সিংহ এম, এম,পি, কংগ্রেস উবিপোক, শ্রীযুক্ত এল্. ইন্দ্রজিৎ সিংহ প্রপ্রাইটর ইষ্ট এণ্ড ফোটোগ্রাফিক ষ্টোর্স শ্রীযুক্ত কে কীর্ত্তিচান্দ সিংহ খাংদেবক্ষ শ্রীযুক্ত সেরাম উদ্ধব সিংহ খোংমন, শ্রীযুক্ত খাছেৎম মানহার সিংহ উরিপোক্ত নৈবা ভদ্রলোকশিং অসনা মখল কয়াদা তেংবাংবিরুনা অমদি:—শ্রীঅরবম ব্রজবাসি শর্মা, প্রোপাইটর "ওরিয়েণ্টেল প্রিন্টিং হোম" য়াইস্কুল, শ্রীধুমন্দ্রেম ইবোবী সিংহ হেড কম্পোজিটরনা লাইরিক অসি মখগী অবাবা দায়ী কয়া লৌবিরুনা লাইরিক পুথোকচবা ওমজখিবনি। উক্ত ভদ্রলোকশিং অসিগী মরমদা শিংবা লোইবয়রোইদবা নুঙ্গন, অমা তোনশিজরে।

লাইরিক অসিগী মপাদা বাহৈ-রাতা যানাযচিংবা শোয়বা, কম্পোজদা লংনথিবা, মরেক ভাদবনচিংবা পুম্নমক পাবিরিবাশিংনা শেমজিন শাজিনবীরুনা পাবীনবগীদমক খুৎ লোমজরি। মতুংগী চেকোংদা অবাং-অপা অরান-অশোয় পুম্নমক চুমথোকচগনি। ইতি

লাইরিক ইবা

" ৱাহৈ অময়ভং "

ঐনা মণিপুরী লোন্দা অমুবাদ তৌজবা " গরুড় পুরাণ "
শেষ প্রেত খণ্ড অহানবা শরুক অসি ঐগী শিক্ষা গুরু (ভবীরকপা
ওবা) শ্রীঅম্বিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মানা অচুম অরান পুস্তক শেম্বী
শাবিরগা পীনবীরকপা পত্রগী কোপী মখাদা ইজরি। লোইবনা
অমাবগী মহৈংল পীনবীরিবা শ্রীগুরুগী চরণ থম্বালমু মতম পুস্তকক্তা
কোকখক্তা হাপচরি।

লাইরিক ইবা

" থাগৎ ৱাহৈ "

মহর্ষি বেদ ব্যাসনা ইবিরবা অষ্টাদশ মহাপুরাণগী মপুংচনবা
গরুড় পুরাণ শেষ খণ্ডগী প্রথম অধ্যায়দগী হৌরগা শরুক অনি
থোক্না (ভোম্নাম্ অনি থোক্না) মণিপুরী লোন্দা ইথোক্নুনা
শ্রীলালকাহ্নাই শর্ম্মানা কোংদোক্লি। লাইরিক অসিগী মফুংদা
ইরিবসি মীওইবগী শিরমদাইগী মতমদা অমসুং শিরবগী মতমদা
অমদি শিরবগী মতুংদা তৌকম থোকপা থবকশিং অমু, জীবগী
কান্নবগীদমক তৌকম থোকপনি হায়না ইরি। মশিদা সংস্কৃত
হায়বা লোল অসি থংবা মীশীংদি ম্যাম্নকুবাসন। অমাঅর্নাদি থংদবা
ভারবনি অদুবু অমুবাদন্ অসিনা সর্ব্বসাধারণগী কান্নবগীদমক
মণিপুরী লোন্দ হন্দোক্নুনা পুথোক্নকপসিদা, ঐনা ওমথৈ লৈতনা
নরাওজৈ। মতুংদম্মু অসিগুম্বা থবক অসি তৌনুনা লৈবাকী উপকার
তৌবা ওবঃ ঈশ্বরনা পীনবীসমু হ য়না প্রার্থনা তৌজরি। ইতি

হিতৈষী

শ্রীঅম্বিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

কাব্য ব্যকরণ স্মৃতি তীর্থ

ব্রহ্মপুর নহাবম।

ইম্ফাল,
তাং ১৮ । ৩ । ৮১ ইং

# " কচ্চবা "

ভক্তি প্রেমস্ত্র থংজদা লৈশি লৈখোলুম্ন হৈজদা,
পাংলবা জ্ঞান লৈজরবা শাগুবা বাখল্ চেংবা,
মীওইনা পোকপা মপোকনি।

অচুম্ অরাঙ্গ থংজদা পুকনিংদা লাকপা মতৈনা,
মণিপুরী করোঙ্গা হজরবা মেতৈগী হরণ্ ওইজানিংবনা,
রাহৈ লৈচাম্ন চাদনা।

শেমজরবা লৈরাং নাচোম্, গরুড় পুরাণ্ কৌবসে,
শ্রীশ্রীরাধাবঙ্কবিহারী ইষ্টদেব ইবুঙোগী চরন্দা,
কচ্চারি ননাইনা লৌবয়ু।

শ্রীচরণ্ থবাল অহুদা কচ্চরবা শীতেল্ নির্ম্মাল্য,
মণিপুরী গরুড় পুরাণসু লৈচম্ চাজরবা নাচোমু.
লৈরাং খুদোল্ তমজরি।

পলেম্ ইমা অপোকপী হু শিজরবী ইমা মচোম্বা,
অমুক্ হমা কচ্চরি ইমা নংগী কোকথকী.
লৈতেং ওইনা লৌবয়ু।

শীতেল্ নির্ম্মাল্য অসিবু মচাগী খুদোল্ অসিবু,
লৌবিরুনা ইমা নহাক্না ওইবীয়ুকো শমজিহক্ মনি,
কচ্চরিগে পাংজন্স নচানা

# " ৱা হাদোক "

মহর্ষি বেদ ব্যাসনা লেংবা "গরুড় পুরাণ্ " কৌবা লাইরিক অসি ঐনা মমাংঙৈদা পাখংমচা ওইরকপা চহি ( ১৮ ) তরানিপান-লোম তারকপা ১৯৪২ ইংগী কালেন থাদা মণিপুরদা জাপানী বোম থাদজুনা, অমুক সুংখিন্নদি মী পুরমক মা মাগী হিংনবা মোম্বা, শু চংপা তৌরুরবসু মুমিদাংদি ম মা চেকশিন্না লৈনবা মতাংনি। সরকারগী হকুমদগী সুমিদাংদা চংখোক চংশিন য়াদে, সুংদাং পুং তরুকগী অমুকী পুং তরুক কাওবা সরকারনা কারফিউ হকুমা মী পোং অমত্তা চংথোক চংশিন তৌবা য়াদবা মতম অসিমক্তদা ঐনা সুমিদাং সুমিদাং মতম লেনবা ওইনা লাইরিক করা পাহুনা লৈখি। মতম অসিমক্তদা "গরুড় পুরাণ্" অসি ঐনা পাজখিবদা লাইরিক অসিমক মণিপুরী ইরোল্দা লৈজরবদি মী কয়াগী কান্নগনি খল্লখি। অদুবু মতমতুদংদ থোইনা তমনুদে, তৌগে হায়নসু খংদে, পুকনিংদদি মুৎপা নাইররোইদবা দাক্ অমা কক্তুনা থমগুম্বা লৈখি। শোক ১৯৭৮ ইংগী ওক্টোবর থাদা নোংমা সম্মানণীয় শ্রীএন, তোম্বী সিংহ এম, পি ( কংগ্রেস ) না মহাক্কী অম্মবার খুদিংগী শ্রীগোপালসহস্রনাম অসি পাঠ তৌ বয়ু হায়রুনা ঐনা হেক হেক পাঠ তৌই মচু হেক লোইরকপা মতমদা গরুড় পুরাণ্গী শেষ খণ্ড অসি হন্দক্তা নৌনা ছাপা তৌবনি ঐনা দিন্নিদা থেংনজুনা লৈরকপনি, মশি লুনা তৌবিয়ু হায়রুনা, মপুকনিং মথরাই হকচাং য়াওনা ব্রাহ্মণ দান তৌজরবনি হায়না দক্ষিনাগা লোইননা ঐঙোন্দা দান তৌরে। মতাং অসিমক্তদা ঐগী অমুক নৌহৌনা মমাংগী বা নিংশিংলজুনা অমদি হত্রলোক অসিগী মপুকনিং থরাই হকচাং য়াওবা মতৌ অসি উবদা ঐনা মশিমক

অমুক্তং মণিপুরী লোন্দা ইবা উমজরবদি হায়না থনগ্রে। ইশানা মতম কয়া শংজদব ওইবগা য়ায়া য়ানা ওকিসকি লক মতমশুবদা অমদি মুখিদাং অথেংবদা শ্লোক থর থরদং ইজন্না প্রেত খণ্ডগী শরুক অসি মীওইবগী অরোইবা মতমদা করি করম তৌবা হৌনব: অমদি শিরগনা কদায়দা চৎপা, করম্বা মকমদা লৈরুগদবা, মকমন্থদবা করি করম তৌরুগদবা, করম্বা মতবা থবক তৌরুগা করি অবাবা ফংবা, মদু কোক্রবা প্রতিকারনা করি তৌগদবা, পূণ্য চেনবশিংনা করি করম তৌবা মতুংদা লৈবা হায়বসিদং তাইবং মী ওইবা ঐথোইনা থংজরবদি পাপ পুণ্যগী মশক থংজবা উম-জগনি। মশিনা সমাজ সুপার তৌবদা মতেং থরদমু পাংগন্না থজন্থনা তাং ২০।১১ ১৯৭৮ ইং শকাব্দ ১৯০০ চতুর্থ অগ্রহায়ন্দগী ইবা হৌজখি। শ্রীগরুড় পূরাণ্গী শরুক অহুম খোক্সা থাইরি পূর্ব্বাখণ্ড, উত্তর খণ্ড, শেষ খণ্ড অমুয়া, মথকী খণ্ড অনিসিদি য়ামনু চাওগ্রে অন্থুগা হিদাক-লাংথক, অশেং-অমাং, মন্ত্র-যন্ত্র প্রায়শ্চিত্তনচিংবগী য়া ঙাক্তনি। অকোনবগী শেষ খণ্ড অসিদা থয়মু পিকই পাপ পুণ্যগী মরীদা তাইবং জীবগীদমক্তা থন্নুথনা ইজবনি। মশি মণিপূরী জাতী ঐথোইগী ইরল অমা ওইনা লৈজহৌমা পামজবতগী অন্থুক ইরুবনি। মশিনা সমাজগী থিক্তং কায়বা কংলবদি ঐগী অবামন কংজরে অমন্থুং সম্মানীয় উক্ত ভদ্রলোক এন, তোম্বী সিহ এম, পি ( কংগ্রেস ) অসিগী তৌবিমন লম্মন থরদং শিংজবা উমজরবমক্তি, পামজরিবা অসিদংবু শ্রীভগবান বিষ্ণুনা মপুং ফাহনবিশসু। ইতি

ইজখিবা

শ্রীএ, লালকাহ্নাই দেব শর্ম্মা জ্যোতিষী

উরিপোক, ইম্ফাল।

# য়াওফম তাকুপা



— — — —

# “ ৎ রিগুম্বা অমতং ”

থংজনবা, হৈজনবা, অপ'ব', পণ্ডজ্ঞান ওইবা, মতিক চাজত্রবা ঐনা শেখ'ংনা সমুদ্র শিংকে থোৱাংবগুম, অস্তুক মতিক মগুন লৈবা লাইরিক অ'সম মণিপুরী লোন্দা ইথোকে থন্নুবা ইতিক নত্তনা ঈগুল হান্ননি, অন্তুমকপু থাই ভরানা থংজত্রিবনি অপংবনি থম্না ভাকপিগনি। লাইরিকী মগুম্না হকখিবগা উন তোংনা শাবা ভাইবংগী ক্ষচাং ওইবগা, করিগুম্বা অর ন্‌-অহুই (ভূপ) য়াওরম্নবস্থ ভাকপিরকপা ভদ্রলোকশিংগী কৃতজ্ঞতা উৎচরি অমসুং মতুংগী সংস্করণদা চুমথোকচপনি।

শ্রী এ, লালকাঙ্‌'ই দেব শর্ম্মা জ্যোতিষী
উরিপোক, ইম্ফাল।

# গরুড় পুরাণ্

## শেষ খণ্ডম্

শ্রীবিষ্ণবে নমঃ

"অথ গরুড় পুরাণ্ মণিপুরী অনুবাদ প্রারভ্যতে"

## প্রথমোঽধ্যায়ঃ

"মঙ্গলাচরণম্"

শ্রীবঙ্কবিহারী দেবং
নত্বা চানুদ্যতে ময়া।
গারুড়াখ্যং পুরাণং হি
লালকাহ্নাই শর্ম্মণা।
নারায়ণং নমস্কৃত্য
নরঞ্চৈব নরোত্তমম্।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং
ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥

---

ইষ্টদেব (নিংজরিবা ঈশ্বর) শ্রীভগবান্ রাধাবঙ্কবিহারীবু খুরুমজহনা লালকাহ্নাই শর্ম্মা ঐহাক্না শ্রীবিষ্ণুগী শ্রীমুখদগী শিন্থ-রকপা অমৃতগী মশক ওইরবা, বেদ ব্যাসনা লেংখ্রবা গরুড় পুরাণ্ কৌবা পুরাণবু মণিপুরী লোন্দা অনুবাদ (হন্দোকচবা) তৌজরি। শ্রীনারায়নবু, শ্রীনর কৌবা ইবুঙোবু শ্রীনরোত্তমবু, ইমা দুর্গা দেবীবু, সরস্বতী কৌবী মহৈগী মবেম্মবু, ভগবান্ বেদব্যাসবুসু খুরুমজহনা জগৎকি মঙ্গলগীদমক গরুড় পুরাণ্ অসিবু অনুবাদ তৌজরি ॥

ধর্ম্মদৃঢ়বদ্ধমূলো বেদস্কন্ধঃ পুরাণ শাখাঢ্যঃ।
ক্রতুকুসুমো মোক্ষফলো মধুসূদনপাদপো জয়তি ॥১॥
নৈমিষে নিমিষ ক্ষেত্রে ঋষয়ঃ সৌনাকাদয়ঃ।
সত্রং স্বর্গায় লোকায় সহস্রসমমাসত ॥২॥
ত একাদা তু মুনয়ঃ প্রাতর্হুতহুতাগ্নয়ঃ।
সৎকৃতং সুতমাসীনং প্রপচ্ছুরিদমাদরাৎ ॥৩॥

ঋষয়ঊচু ঃ—
কথিতো ভবতা সম্যগ্দেবমার্গঃ সুখপ্রদঃ।
ইদানীং শ্রোতুমিচ্ছামো যমমার্গম্ ভয়প্রদম্ ॥৪॥

---

ধর্ম্মগী মশক ওইদুনা জগৎ সংসারবু চেৎনা পুনাধিরিবা, বেদনা মাগী লেংবানগী মশক হায়বদি মশা লোংকমগী মশক ওইরিবা, পুরাণ্ খিবিরা উশা ময়ামগী মশক ওইরিবা, যজ্ঞনা মাচোন্দগী শাৎলকপা মপাল ( লৈ ) গী মশক ওইরিবা, মোক্ষনা মহুদগী মারকপা মহৈগী মশক ওইরিবা, শ্রীমধুসূদন কৌবা ইবুংঙো মাগী শ্রীচরণা জয় ওইরি ॥১॥

নৈমিষারণ্য কৌব। শ্রীবিষ্ণুগী ক্ষেত্র ( মফম ) দা শৌনকচিংবা ঋষি শিশিং অমনা স্বর্গলোক ফংনবগীদমক চহি লিশিং অমা চুপা তৌবা যজ্ঞ অমা হৌগৎলমই ॥২॥

নোংমা শৌনকচিংবা ঋষিশিংনা অয়ুকী মৈদা তৌগদবা হোমচিংবা তৌরিঙৈদা শ্রীসুতমুনি লাকখি, মহা উরগা ঋষিশি না মাল্লা ব্যবহার তৌনা হংখি ॥৩॥

ঋষিশিংনা হায়খি হে সুতমুনি, সংসারসিদা নুঙাইবা ফংনবা লাইগী ওইব। লম্বীদি নহাক্না ঐখোইদা নিংখিনা তাকপিরে, হৌজিক্তি অকিবগী মশক ফংলবা যমগী লম্বী অহুব তাবা পামই, মহুত্ত শংনা হায়বিয়ু ॥৪॥

তথা সংসারদুঃখানি তৎক্লেশক্ষয় সাধনম্।
ঐহিকামুনিকান্ ক্লেশান্ যথাবদ্বক্তুমর্হসি ॥৫॥

সূত উবাচঃ—

শৃনুধ্বং তো বিবক্ষ্যামি যমমার্গ সুদুর্গমম্।
সুখদং পুণ্যশীলানং পাপিনাং দুঃখদায়কম্॥৬॥
যথা শ্রীবিষ্ণুনা প্রোক্তং বৈনতেয়ায় পৃচ্ছতে।
তথৈব কথয়িষ্যামি সন্দেহচ্ছেদনায় বঃ॥৭॥
কদ চিৎ সুখমাসীনং বৈকুণ্ঠে শ্রীহরিং গুরুম্।
বিনয়াবনতো ভুত্বা প্রপচ্ছ বিনতাসুতঃ॥৮॥

---

মহুনা মরম ওইয়হনা সংসারগী অবাবা অমদি যমগী যাতনাবু (অবাববু) কোক্লবগী উপায় অমসুং হৌজিক হিংলিঙৈ অমদি শিরগা ফংলুগদবা লোকী অবাববুসু নংনা ঐঙোন্দা হায়বীয়ু ॥৫॥

শ্রীসূতমুনিনা হায়খি :—হে ঋষিশা হৌজিক ঐনা নখোয়দা অহুগুম্বা অবাবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বী অহুবু হায়গে, মহুমক্তি পুণ্যচেনবশিংগী নুংঙাইবগী মশক, পাপ চেনবশিংগীনা অৱাবগী মশক ওইবনি ॥৬॥

হে ঋষিশা নখোয়না ঐঙোন্দা হংলিবা মতৌ অসুম্না গরুড়না হংজরবদা শ্রীভগবান বিষ্ণুনা গরুড়দা তাকপিখিবা অহুগুম্না নখোয় ঋষিশিংগী চিংনবা কোক্লবগীদমক ঐনা যমগী লম্বী (শিরগা চৎলুগদবা লম্বী) অহুবু হায়গে ॥৭॥

মতম অমদা বৈকুণ্ঠলোকতা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না ফানখোইদুনা লৈরিঙৈদা গরুড়না য়াম্না নোমুকপগা লোইননা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্দা হংজখি ॥৮॥

গরুড় উবাচঃ—

ভক্তি মার্গো বহুবিধঃ কথিত ভবতা মম।

তথা চ কথিতা দেব ভক্তানাং গতিরুত্তমা॥৯॥

অধুনা শ্রোতুমিচ্ছামি যমমার্গ ভয়ংকরম্।

ত্বদ্ভক্তিবিমুখানাং চ তত্রৈব গমনং শ্রুতম্॥১০॥

সুগমং ভগবন্নাম জিহ্বা চ বশবর্ত্তিনী।

তথাপি নরকং যান্তি ধিগ্ধিগস্তু নরাধমান্॥১১॥

অতো মে ভগবণ্ ব্রুহি পাপিনাং যা গতির্ভবেৎ

যমমার্গস্থ দুঃখানি যথাতে প্রাপ্নুবন্তি বৈ॥১২॥

---

গরুড়না হায়ঃ—হে ভগবান নংনা খোজানবীদুনা মথল কয়াগী ওইবা ভক্তি মার্গ ( ভক্তিগী লম্বী ) বু তাকপিব্রে, অদুগুম্বা ভক্তিগী লম্বীদু চৎলগা ফংলুগদবা উত্তমগতি ( অথোইবা লম্বী ওইবা ) মফমবুসু নিংথিনা তাকপিব্রে॥৯॥

হৌজিক্তি ঐনা অকিবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বীবু তাজনিংই, হায়বদি নহাক্কী ভক্তিব মাই ওন্থোকপা মীশিংনা অদুগুম্বা অরাবগী মশক ওইরবা লম্বীদা চৎলিবনি॥১০॥

নহাক্কী নামবু শোঙ্বনা শকচবনা অকবা লম্বী চঞ্চরিবনি, লৈএং অসিবুসু কস্তুবা লম্বীদগী কঞ্জবা ওমশরিবনি তদুগুম্বা নংগী নাম শোম্নিংদবা মী অদুদি অতোনবনি, মথোয়দুনা নরকী লম্বীদা চৎলিবনি॥১১॥

হে ভগবান মরম অসিদগী অদুগুম্বা পাপি অদুগী লম্বীনা অসিনি, মথোয়না যমগী লম্বীদা চৎলগা অদুম অদুগুম্বা অরাবদু ফংজুগদবনি হায়বা পুম্নমক অদু ঐঙোন্দা তাকপিয়ু॥১২॥

শ্রীভগবানুবাচঃ—
বক্ষ্যেঽহং শৃণু পক্ষীন্দ্র যমমার্গ চ যেন যে।
নরকে পাপিনো যান্তি শৃন্বতামপি ভীতিদম্ ॥১৩॥
যে হি পাপরতাস্তার্ক্ষ্য দয়া ধর্ম্মবিবর্জ্জিতাঃ।
দুষ্টসঙ্গাশ্চ সচ্ছাস্ত্রসৎসঙ্গতিপরাঙমুখাঃ ॥১৪॥
আত্মসম্ভাবিতাঃ স্তব্ধা ধনমান মদান্বিতাঃ।
আসুরং ভাবমাপন্না দৈবী সম্পদ্বিবর্জ্জিতাঃ ॥১৫॥
অনেকচিত্ত বিভ্রান্তা মোহজাল সমাবৃতাঃ।
প্রসক্তাঃ কামভোগেষু পতন্তি নরকেঽশুচৌ ॥১৬॥

---

শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না হায়ঃ—হে উচেক নিংথৌ গরুড়, নংনা হংবগী মতুংইন্না ঐনা হৌজক যমগী লম্বীবু হায়রগে, অদুগুম্বা হেক তাবরুদা অকিবগী মশক ওইরবা, পাপীশিংগী লম্বী অদু তারো ॥১৩॥

হে গরুড়ঃ—অদুগুম্বা পাপকী থবক্তা তৌদুনা লৈবা দান ধর্ম্ম তৌদবা, ফত্তবা মীতগা সঙ্গ তৌবা শাস্ত্রগী অথোইবা রাযু থাজদবা, সাধু সঙ্গগী লম্বীদা মাই ওন্থোক্রবা ॥১৪॥

অমসুং মশানা মশাবু তৌবঙবনি অথোইবনি খনবা, ঐনা পুম্নমক্তগী অচৌবনি খনবা, লন অমদি সন্মানগী রাপন্দা তাওবা, মহাক অদুদি হিংচা রাইতবগী মওং ফংদুনা লাইনা পীবা সম্পত্তি (সাত্বিক ভাব) ফংদবা ওই ॥১৫॥

অমসুং যাগী থম্মোইনা কয়ামুক ওইবা কগুবা থবক্তা মাই ওনশিনবা, মতম পুম্নমক্তা অংকপগী লাংদ থুরিবা, অপাম্বা (কামনা) মুংশিবা, মুপা মুপীগী রাথলতদা (ভোগ বিলাস) পুক্নিং চংবা মীশক অদুদি অকিবগী মশক ওইরবা নরক্তা তাই ॥১৬॥

যে নরা জ্ঞানশীলাশ্চ তে যান্তি পরমাং গতিম্।
পাপশীলা নরা যান্তি দুঃখেন যমযাতনাম্॥১৭॥
পাপিনামৈহিকং দুঃখং যথা ভবতি তচ্ছৃণু।
ততস্তে মরণং প্রাপ্য যথা গচ্ছন্তি যাতনাম্॥১৮॥
সুকৃতং দুষ্কৃতং বাপি ভুক্ত্বা পূর্ব্বং যথার্জ্জিতম্।
কর্ম্মযোগাত্তদাতস্য কশ্চিদ্ব্যাধিঃ প্রবর্ত্ততে॥১৯॥
আধিব্যাধিসমাযুক্তং জীবিতাশা সমুৎসুকম্।
কালোবলীয়ান হিবদজ্ঞাতঃ প্রতিপদ্যতে॥২০॥
তত্রাপ্যজ্ঞাত নির্ব্বেদো ভ্রিয়মাণঃ স্বয়ং ভৃতৈঃ।
জরয়োপাত্তবৈরুপ্যো মরণাভিমুখো গৃহে॥২১॥

---

অদুগুমদুনা পাপী ওইবা মীশক অদুনা যমগী অরাবা কংদুনা য়াম্না অরাবা থাংই॥১৭॥

হে গরুড়:– পাপ চেনবশিংনা হৌজিক ওইরিবা মপোক অসিদসু অৱাবা কংই মদু হায়গে তাও॥১৮॥

মী মো অদুনা নহানমুক্কী মপোক্তা তৌজরকপা অকবা কন্ম অদুগা মরী ( সম্বন্ধ ) লৈরবদগী মীওইবন, মশাদা অকিবগী নশক কংলবা অয়া অনা কয়া কংশরি॥১৯॥

অদুগুম্বা অনাবা অদুনা মরম ওইরদুনা পুক্নিং বাবা অমদি অনাবনা খুদুম চনবা ওইরবা ফাওবদা কররুথিগনি, অমুক হায়গী মতৌগুম কল্লকথিংনি পুনশিথিনি হায়বা আশা অদু তৌদুনা লৈংই॥২০॥

অসুম ওইদুনসু মহাক্না মযুমগী মুপী, মচা মশু থাদোকনিংবা লৈতে, অমসুং মচা মশুনচিংবসু য়োক-থাকুনা লৈ, অদুদগী অহল ওইরক্লবদা মশক মতৌ থিজিনক্লে অমসুং মযুম অদুদা অনাবনা থুদুম চন্দুনা লৈ॥২১॥

আস্তেঽবমতোঽপন্যস্তং গৃহপাল ইবাহরন্।
আময়াব্য প্রদাপ্তাগ্নিরল্পাহারোঽল্প চেষ্টিতঃ ॥২১॥
বায়ুনোৎক্রমতোত্তারঃ কফসংরুদ্ধনাড়িকঃ।
কাসশ্বাসকৃতায়াসঃ কণ্ঠে ঘুবঘুরায়তে ॥২৩॥
শয়ানঃ পরিশোচাদ্ভঃ পরিবাতঃ স্ববন্ধুভিঃ।
বাচ্যমানোঽপি ন ব্রূতে কালপাশবশং গতঃ ॥২৪॥
এবং কুটুম্বভরণে ব্যাপৃতাত্মাঽজিতেন্দ্রিয়ঃ।
ম্রিয়তে রুদতাং স্বানাং গুরুবেদনয়াঽস্তধীঃ ॥২৫॥

---

ছইগী মতোংগুম্না মাইথীবা ওইদুনা মচা-মতনা পীজবা থরক্তু চাদুনা লৈ, অদুবু অনাবা অমুনা চারিবা অদুগুম্ লিংথিনা তুমজ্রে মরম অদুনা থরদ'ত্তা মচা র মদুনা মপাঞ্জল অদু লোংম লো মগী শোম্নরকই ॥২২॥

মূ'শিং মরম চুমক্কবদগী মিং কুপ্পা কাওবা রাগ্নকই, লোক হেনগৎলকপনা শী'লি ফু'জলকই, লোক থুবদগী স্বর হোনবদা অবাব অমা ওইরকই, লোক অদুন। থোক্তীদা গর গর থেরকই ॥২৩॥

অদুম্না ফমুংদগী হোৌগৎপা ঙমদ্রুনা মশিরগত্রা হায়বগী চিন্তা তৌরকই, মরী-মতা মরুপ-মপাং পুন্নমক্তা ইকোই কোইনা ফম্নরে, মতম অদুদা কাল কৌবা লাইগী লাংদা থুরবা ওংদুনা মরী-মতা মরুপ-মপাংশিংনা কৌবা তাংবা পুন্নমক খুম্বা তাংবা হায়রক্লে ঙমজরে ॥২৪॥

অদুম্না মাগী মচা-মত্তু শাগৈ-নাতৈবু য়োক্লম থান্নলগ, ইন্দ্রি লাকশিনবা ঙমদবা পাপ চেনবা ওইবনা অনাবগী লৈচাক থাংবা ঙমদবদগী বুদ্ধি জ্ঞান পুম্নমক মাংলদুনা কবিগুম্বা অসত্তা তাং-শকপা ঙমদনা মরী-মতাশিংনা কপ-লাওবগা লোইন্নদুনা শি ॥২৫॥

তস্মিন্নন্তক্ষণে তার্ক্ষ্য দৈবী দৃষ্টিঃ প্রজায়তে।
একীভুতং জগৎসর্ব্বে ন কিঞ্চিদ্বক্তুমীহতে ॥২৬॥
বিকলেন্দ্রিয় সংঘাতে চৈতন্যে জড়তাং গতে।
প্রচলন্তি ততঃ প্রাণা যাম্যৈর্নিকটবর্তিভি ॥২৭॥
স্বস্থানচ্চলিতে শ্বাসে কল্পাখ্যোহ্যাতুরক্ষণঃ।
শতবৃশ্চিকদংষ্টস্য যা পীড়া সাঽনুভূয়তে ॥২৮॥
ফেনমুদ্গিরতে সোঽথ মুখং লালাকুলং ভবেৎ।
অধোদ্বারেণ গচ্ছন্তি পাপিনাং প্রাণবায়বঃ ॥২৯॥
যমদূতৌ তদা প্রাপ্তৌ ভীমৌ সরভসেক্ষণৌ।
পাশদণ্ডধরৌ নগ্নৌ দন্তৈঃ কটকটায়তৌ ॥৩০॥

---

হে গরুড় অদুগুম্বা মতম অহুদদি অহুগুম্বা মীশক অহুগী মিৎয়েংদা দিব্যদৃষ্টি ( পুম্নমক উবা ফংবা ) ওইরকপা মরমদগী সংসার জগৎ অসিমু অমত্তা ওইবা মশক ওইনা উররে, ভৌইগুম্বসুং করিমত্তা ঙাংবদি ঙমদে ॥২৬॥

মশাগী ইন্দ্রিয় পুম্নমক শিজিন্নবা ঙমদবা, পুক্নিংতদি লৈবনা থংবগী শক্তিদি লৈবা ওই, মতম অসিদা মনাক্তা লেপ্লরবা যমদুতশিংনা মশাদগী থৱাইবু চিংথোকই ॥২৭॥

হকচাংদা লৈবা শ্বরগী মশক ওইবা সুংশিৎনা মপান্দা থোক্লকই, রাখিবনা িকুপ অনবু কম্ন অমগুম্না শাংনা থন্দুনা অৱাথবু হৌখিবা ঙাইহুন লৈ, মতমদুদা বৃশ্চিক লিশিং অমনা অমুক্তদা চীকপগুম্না অৱাবা অনাবমু ফংই ॥২৮॥

মতম অদুদা মৱাদগী ভিন কোক্ষোমচিংবা তারকই, অৱাবা থাংবদা মমাই মখিৎ ঙাংশং ঙাংই, অদুম্না পাপ চেনবা মীনা মথৱাই অদু অনেম্বা ( মথাগী ) থোংদা থোকখি ॥২৯॥

মতমসিদা লাক্লিবা যমদুত অনিমু অকিবগী মশক্লি, মখিৎ অনি ঙাংশং ঙাংই, মপুক্তা পাশ দণ্ড ( শউন থৌমী দণ্ড কৌবা

ঊর্ধ্বকেশৌ কাককৃষ্ণৌ বক্রতুণ্ডৌ নখায়ুধৌ।
স দৃষ্ট্বা ত্রস্তহৃদয়ঃ শকৃন্মূত্রং বিমুঞ্চতি ॥৩১॥
অঙ্গুষ্ঠমাত্রঃ পুরুষো হাহাকুর্ব্বন্ কলেবরাৎ।
তদৈব গৃহ্যতে দুতৈর্যাম্যৈঃ পশ্যন্ স্বকং গৃহম্ ॥৩২॥

যাতনাদেহমাবৃত্য পাশৈর্বদ্ধা গলে বলাৎ।
নয়তো দীর্ঘমধ্বানং দণ্ড্যং রাজভটা যথা ॥৩৩॥
তস্যৈবং নীয়মানস্য দূতাঃ সংতর্জ্জয়ন্তি চ।
প্রবদন্তি ভয়ং তীব্রং নরকাণাং পুনঃ পুনঃ ॥৩৪॥

---

চৈ ) পয়, মশাদা কি-বোল ইয়াও য়াওদে, ময়া ক্রক ক্রক চীকই ॥৩০॥

মশম মনা চপ চপ য়ুংই, কুচুনা কাকী মতৌঙ্গুম য়ুই, মচিন মখা কৈয়েং কৈয়েং চিংই, খুজিয়া খুৎলাইগুম্বা শিজিনবা য়াগদবগুম তৌই, অদুগুম্বা যমদুতশিংবু উয়গা কিবনা থবোই অদু থক থক নিকই, কিখিবনা মশাদগী মলমুত্র ( অমাংবা ঈশিং —থী য়ুং ) শিন্দ্রে ॥৩১॥

অদুগুম্বা খুৎপীবরুমতা চাওবা থবাইগী মশক ওইবা জীব অদুনা হা হা অবাবানি হায়রা বাহৈাস হায়রদুনা মাগী মতুম ওইবা ( দেহ ) বু অমুক্তং য়েংলগা কায়রবা হকচাংদগী মপান থোক্লকই, মতমদুদা যমদুতশিংনা জীব অদুবু কাজনি ॥৩২॥

মতম অদুদা যমগী যাতনা কংবদা মতিক চায়বা হকচাং অদুবু যমদুতশিংনা কোইশিল্লগা জীব অদুবু মতুকশমদা পাশ কোবা ( থোরী ) না পুল্লগা শাংলবা যমগী লম্বীদা পুদুনা চৎলি ॥৩৩॥

মতৌ অদুম তৌনা পুরকপা মতমদা অদুগুম্বা জীব অদুবু যমদুতশিংনা য়াম্না কিহন থংহম্মুনা য়িপাইবা অবাক পীদুনা

শীঘ্রং প্রচল দুষ্টাত্মন্ যাস্যসি ত্বং যমালয়ম্।
কুম্ভীপাকাদি নরকান্ ত্বাং নয়াবোঽদ্য নাচিরম্ ॥৩৫॥
এবং বাচস্তদা শৃণ্বন্ বন্ধুনাং রুদিতং তথা।
উচ্চৈর্হাহেতি বিলপংস্তাড্যতে যমকিংকরৈঃ ॥৩৬॥
তয়োর্নির্ভিন্নহৃদয়স্তর্জনৈর্জাত বেপথুঃ।
পথিশ্বভির্ভক্ষ্যমাণ আর্তোঽঘং স্বমনুস্মরন্ ॥৩৭॥
ক্ষুত্তৃট্পরীতোঽর্কদাবানলানিলৈঃ সন্তপ্যমানঃ পথি
তপ্তবালুকে।

---

কিহল্লি, অমসুং হন্না হন্ন নরক তাবগী অকিবা অৱাবা অমদি জীব অদুনা যমপুর য়ৌরগা য়াক্লগদবা, তাক্লগদবা নয়কী অৱাবা খিবিকপু হায় হায়দুনা কিহন্দুনা যমপুর য়ৌনবা চৎলি ॥৩৪॥

মতম অদুদা যমদূতশিংনা হয় :—হে কত্তব, থুনা চৎলু, নং যমালয় তাম্না চৎকদৌরিবনি, ঐখোইনা নংবু কুম্ভীপাকচিংবা নরকতা পুগদৌরিবনি, কন্না চৎলু খিন্থবা তৌগনু ॥৩৫॥

মতম অদুদা অদুগুম্বা জীব অদুনা যমদূতশিংগী কল্লবা য়াক্লবা য়াহৈশিংদু তানা তানা অমদি মাগী মমমদা মনৌ-মত', মপ-মমা, মচা-মতু, বন্ধু বান্ধবশিংনা লাও-খোংনা কপ্পগী মখোলশিংদু তদুনা য়াম্না বারিরৈ মতমদুমক্তা অমুকন্সু যমদূতশিংনা ফু-চৈবগী অৱাবা খাংদুনা চৎলি ॥৩৬॥

অমুম্না যমদূতশিংনা ফু-চৈদুনা কিহনবনা মশা থক্ থক্ নিকলবা, অমদি শাংলবা লমাইদু চৎপদা হুই-চিংবন অমুকন্সু চীকপগী খোইদোক্না অৱাব, ওইদুনা মানা তৌখিব, যমাংগী পাপশিং অদু নিংশিং নিংশিংনা য়ায়া বানা যমালয় য়ৌনবা চৎলি ॥৩৭॥

অরাম খৌরাংবগী অৱাবগা, নুমিৎকি মৈশানা শাবগা বন্দা লমৈ চাক্লবগী মৈশা অমদি নুংশিংনন্সু অশাবা মৈশা পুদুনা

কৃচ্ছ্রেণ পৃষ্ঠে কেশয়া চ তাড়িতশ্চলত্য শক্তোপি
নিরাশ্রয়েদকে ॥৩৮॥

তত্র তত্র পতঞ্শ্রান্তো মূর্চ্ছিতঃ পুনরুত্থিতঃ।
পথা পাপীয়সা নীতস্তমসা যমসাদনম্ ॥৩৯॥

ত্রিভির্মুহূর্তৈর্দ্বাভ্যাং বা নীয়তে তত্র মানবঃ।
প্রদর্শয়ন্তি দূতাস্তা ঘোরা নরকযাতনাঃ ॥৪০॥

মুহূর্তমাত্রাত্ত্বরিতং যমং বীক্ষ্য ভয়ং পুমান্।
যমাজ্ঞয়া সমং দূতৈঃ পুনরায়াতি খেচরঃ ॥৪১॥

---

শিংলকপগা নৈতোই অশাবদা চৎপনী য়াবগা ঈশিং খোৱাংবনা মক মক কংলবা চ লকম নৈত্রবা অকিবা কংলবা লৱীদা, যমগী দূতশিংবন্তু নমগন্দা শগেন শাজৈনা য়ৈয়ক ফুয়কপদগী খোং থাংদুনা চৎপা ঙমত্রবা মতম ওইমন্তু চগুবা য়াদবনা থাংদুনা চৎপা তাখি ॥৩৮॥

মকম মকম খুদিংদা চোকথবনা অমুক তুই, অমুক য়াহৈ অহুবু অমুক হোৌগত্তুনা পাপী অহুবু য দূতশিংনা, পাপাকি মশক ওইবা, অমম্বনা তেম্নবা লম্বী অদুদা যমলোক য়ৌনবা পুদুনা চৎলি ॥৩৯॥

যমদূতশিংনা মুহূর্ত অনি নত্রগা মুহূর্ত অহুমগী মতুংদা যম-লোক য়ৌনবা পুদুনা চৎলি, অদুদগী মকম অদু য়োয়গা নয়কী য়াম্না অকিবা অয়াবা মওং মতৌ অহুবু উৎলি ॥৪০॥

অদুদগী অমুক মুহূর্ত অমত্তংগী মতুংদা পাপি অহুবু যমগী অয়া-থনা অমদি যম নিংথৌবুসু উংলগা, যময়াজগী য়াথং পুদুনা যমদূতশিংনা আকাশকি লম্বীদা চত্তুনা মত্যু ( মর্ত্তলোক ) লোকতা অমুক হল্লকই ॥৪১॥

আগম্য বাসনাবদ্ধো দেহমিচ্ছন্ যমানুগৈঃ।
ধৃতঃ পাশেন রুদতি ক্ষুত্তৃড়্ভ্যাং পরিপীড়িতঃ ॥৪২॥
ভুংক্তে পিণ্ডং সুতৈর্দত্তং দানং চাতুরকালিকম্।
তথাপি নাস্তিকস্তার্ক্ষ্য তৃপ্তিং যাতি ন পাতকী ॥৪৩॥
পাপিনাং নোপতিষ্ঠন্তি দানং শ্রাদ্ধং জলাঞ্জলিঃ।
অতঃ ক্ষুধাকুলাযান্তি পিণ্ডদানভুজোঽপি তে ॥৪৪॥
ভবন্তি প্রেতরূপাস্তে পিণ্ডদান বিবর্জ্জিতা
আকল্পং নির্জ্জনারণ্যে ভ্রমন্তি বহুদুঃখিতাঃ ॥৪৫॥

---

ম্রত্যুলোক অদু য়োরগা মাগী হায়গী বাসনাদগী (ঐৈনবীদগী) শিরবা মাগী হকচাংদা অমুক চংলিহৈ, অদুম ওইনাক যমদূতশিংনা পাশন থোরীনা পুনখিবনা চংবা ঙমদ্রবুনা। অমসুং অয়াম থোরাং-যনসু বাঙনা কপ্পুনা লৈ ॥৪২॥

মতম অসুম। অশিবা অচুপীদমকনি হায়বনা মচ মপুনচিংবনা পীরিবা পিণ্ড অদুমু অশিবহন কই অমসুং শিরবদাইগী মতমদা তৌবিবা, অরাব। কোক্রনবগীদমক হায়রুনা তৌরিবা দান অদু মতবশিদা অশিবহনা কই। অদুম ওইনমক হে গরুড় অদুগুম্বা পাপচেনবা, ঈশ্বর থাজদবা ( নাস্তিক ) অহনা হায়রিবা পিণ্ডনচিংবা দানশিং অদু কংহনবু ঙমদা অপেনবা ওইদে ॥৪৩॥

কঙিবগীনো হায়রবদা পাপিশিংদদি দান তৌবনা, শ্রাদ্ধ তৌবনা, জলাঞ্জলি পীবনা অপেনবা ওইদে মরম অসিনা মচা মপুনা পীরকপা পিণ্ড অদু চাহনসু অয়াব থোরাংবা অদুমু কোকপা চমদে অমসুং মতুংদা যমলোক য়োরগা নরক তারকই ॥৪৪॥

অদুম ওইনমক মচা মপুনা পিণ্ডদান তৌবিদ্রবদি ( অশিবা ) অদুদি প্রেতগী মশক ওইহনা, অরাবা কল্প কংহনা মী তাঙনা অকনদা কল্প অমা চুপা হন্থহনা চত্নুনা য়াম্না বানা লৈ ॥৪৫॥

নাভুক্তং ক্ষীয়তে কর্ম্ম কল্পকোটিশতৈরপি।
অভুক্ত্বা যাতনাং জন্তুর্মানুষ্যং লভতে নহি ॥৪৬॥
দদ্যাৎসুতস্ততঃ পিণ্ডান্ দিনেষু দশসু দ্বিজ।
প্রত্যহং তে বিভজ্যন্তে চতুর্ভাগৈঃ খগোত্তম ॥৪৭॥
ভাগদ্বয়ং তু দেহস্য পুষ্টিদং ভূতপঞ্চকে।
তৃতীয়ং যমদূতানাং চতুর্থে সোপি জীবতি ॥৪৮॥
অহোরাত্রৈশ্চ নবভিঃ প্রেতঃ পিণ্ডমবাপ্নুয়াৎ।
জন্তুর্নিষ্পন্নদেহশ্চ দশমে বলমাপ্নুয়াৎ ॥৪৯॥

---

কারণদি নো হায়বদা মচা মশুশিংনা পিণ্ডদান্নচিংবা কর্ম্ম তৌরক্লবদগী অরাবা কয়া ফংজুনসু কল্প কোটি চানা হৌখিল্লনসু কর্ম্মগী ফল হায়বসিদি ভোগ তৌদনদি (চাদনদি) লোইবা লৈতে, অদুনা কর্ম্মগী মহৈদি চাবা তাবনি, অদুনা পাপচেনবশিংনা যম যাতনা (যমগী অরব) বু চাদনা ফংদনা মীওইবগী মপোক ফংবা ঙমদে ॥৪৬॥

মরম অসিদগী হে গরুড় মপা মপুগী শিরবা মতমদা মচা মশুনা পিণ্ডদান্নচিবা তৌবা হায়বসি তৌগদবনি, অদুগুম্বা মশক অদুনা মপা মপূগীদমক সুমিৎ তরানি কাণ্ডবা পিণ্ডদান তৌগদবনি, অমসুং সুমিৎ খুদিংগী পীরিবা পিণ্ড অদুবুসু শরুক মরি থোক্না অমুক খাইদোকলি ॥৪৭॥

সুমিৎ খুদিংগী পীরিবা পিণ্ডদান অদুগী শরুক অনি অমনা পঞ্চভূত হায়বদি পৃথ্বী, ঈশিং, মৈ, নুংশিৎ আকাশকী মশক ওইবা হকচাংবু মপুং ফাহনবনি, শরুক অমনা যমদূতশিংনা ফংই, মরিশুবা শরুক অমদুনা প্রেত অদুনা চাই ॥৪৮॥

মতৌ অসুম তৌনা অহিং সুংখিল মাপল চুপনা পিরকপা পিণ্ডশিং অদু প্রেত (শিরিবা) অদুনা ফংদুনা পিণ্ডশিং অদুনা

দগ্ধদেহে পুনর্দেহঃ পিণ্ডৈরুৎপদ্যতে খগ।
হস্তমাত্রঃ প্রমাণেন পথি ভুংক্তে শুভাশুভম্ ॥৫০॥
প্রথমেঽহনি যঃ পিণ্ডস্তেন মূর্ধা প্রজায়তে।
গ্রীবাস্কন্ধৌ দ্বিতীয়েঽহ্নি তৃতীয়াদ্ধৃদয়ং ভবেৎ ॥৫১॥
চতুর্থেন ভবেৎপৃষ্ঠং পঞ্চমান্নাভিরেব চ।
ষষ্ঠেন চ কটী গুহ্যং সপ্তমাৎসক্থিনী ভবেৎ ॥৫২॥
জানুপাদৌ তথা দ্বাভ্যাং দশমেঽহ্নিক্ষুধা তৃষা ॥৫৩॥

---

শাবা হকচাংবু থংই অমস্থং তন্নাশুবা মুমিৎকি পিণ্ডনা পাজল (বল) গী শরুক থংই ॥৪৯॥

হে গরুড় অহানবগী হকচাং অচুনা উৎ ওইপ্রবদা অমুক হন্না পিণ্ডশিং অচুদগী পিণ্ডনা শাবা হকচাং অচুবু থংই, অচুগা অকোনবদা থংলিবা পিণ্ডনা শাবা হকচাং অচুদি খুচুপ অমতনক শাংই, অচুগুখা দেহ (হকচাং) অচুনা যগী লম্বী চৎপদা অফবা ফত্তবা কর্মগী মহে অচু থংই ॥৫০॥

ইহান হাপবা মুমিত্তা পীরিবা পিণ্ড অচুনা প্রেত অচুগী মকোক ওই, অনিশুব পিণ্ডনা থোন্নী অমস্থং লেংবান ওই, অহুম-শুবা পিণ্ডনা প্রেতগী হৃদয় (থমোই) ওই ॥৫১॥

মরিশুবা পিণ্ডনা প্রেতগী নজল ওই, মঙাশুবা পিণ্ডনা প্রেতগী থোইদৌ ওই, তরুকশুবা পিণ্ডনা প্রেতগী খ্বাং অমস্থং হকচাংগী অথুম্না মফম ওই, তরেৎশুবা পিণ্ডনা নিংজোল অমি ওই ॥৫২॥

নিপানশুবা অমদি মাপনশুবা পিণ্ড অনিনা কৈপল খোংন-চিংবা ওই, তরাশুবা মুমিৎকি পিণ্ডদগী প্রেতগী হকচাংদা অন্নাম থোন্নাংবনচিংবা পোকই ॥৫৩॥

পিণ্ডজং দেহমাশ্রিত্য ক্ষুধাবিষ্টস্তৃষার্দ্দিতঃ।
একাদশং দ্বাদশং চ প্রেতো ভুংক্তে দিনদ্বয়ম্ ॥৫৪॥
ত্রয়োদশেঽহনি প্রেতো যন্ত্রিতো যমকিঙ্করৈঃ।
তস্মিন্মার্গে ব্রজত্যেকো গৃহীত ইব মর্কটঃ ॥৫৫॥
ষড়শীতি সহস্রাণি যোজনানাং প্রমাণতঃ।
যমমার্গস্য বিস্তারো বিনা বৈতরণী খগ ॥৫৬॥
অহন্যহনি বৈ প্রেতো যোজনানাং শতদ্বয়ম্।
চত্বারিংশত্তথা সপ্ত দিবারাত্রেণ গচ্ছতি ॥৫৭॥
অতীত্য ক্রমশো মার্গে পুরাণীমানি ষোড়শ।
প্রযাতি ধর্ম্মরাজস্য ভবনং পাতকী জনঃ ॥৫৮॥

---

অদুগুম্বা পিণ্ডদগী ওইবা হকচাংবু ফংলবদা প্রেত অদুনা অরাম খোরাংবনা থুদুম চল্লদুনা। তরামাথোই অমদি তরানিথোই-গুবা নুমিৎ নিনি অসিদা প্রেতনা চায় ॥৫৪॥

তরাহুমদে ইগুবা নুমিত্তদি যমদূতশিংনা প্রেত অদুবু অমুক পাস (শউন খোয়ী) না পুন্নে, অমম্বুং অদুগুম্বা যমগী লম্বী অদুদা মথম্বা মতৌ অদুম হোৎনা চৎপি, মদুদি কনাগুম্বা য়োং অঙোই শাহনবা মীনা পুন্দুনা পুবা য়োংগুম্বা পুন্দুনা পুই ॥৫৫॥

হে গরুড়! অদুগুম্বা যমলোকগী লম্বী অদু বৈতরণীবু থাদনা যোজন (৮৬,০০০) লিশিং মরিফুডরুক শাংই ॥৫৬॥

অদুগুম্বা লম্বী অদুদা অহিং নুংথিল থাক্বনা নোংমদা যোজন (২৪৭) চনি নিফুতরেৎকী চাংদা পোত্থাবা নৈতনা প্রেত অদুবু চৎহল্লি ॥৫৭॥

মতৌ অদুম হোয়রদুনা লম্বীদা মথং মথং পুর (লাইশিংগী লৈকম) তরাতরুক লাঙ্হোঙ্গবা মতুংদা পাপ চেনবা মীশক অদুনা ধর্ম্মগী মশক ওইরবা অদুগুম্বা যমগী পুরমদু কাংই ॥৫৮॥

সাম্যং সোরিপুরং নগেন্দ্রভবনং গন্ধর্ব্বশৈলাগমৌ।
ক্রৌঞ্চংক্রূরপুরং বিচিত্রভবনং বহ্বাপদং দুঃখদম্।
নানাক্রন্দপুরং সুতপ্তভবন রৌদ্রং পয়োবর্ষণং।
শীতাঢ্যং বহুভীতি ধর্ম্মভবনং যাম্য পুরং চাগ্রতঃ ॥৫৯॥
যাম্যপাশধৃতঃ পাপী—হাহেতি প্ররুদন্ পথি।
স্বগৃহং তু পরিত্যজ্য পুরং যাম্যমনুব্রজেৎ ॥৬০॥

---

অহণ্ডুবা পুর তরাতরুক অচুগী মমিংদি (১) সৌম্যপুর (২) সৌরিপুর (৩) নগেন্দ্রভবন (৪) গন্ধর্ব্বপুর (৫) শৈলাগমপুর (৬) ক্রৌঞ্চপুর ৭) ক্রুরপুর (৮) বিচিত্রভবন (৯) বহ্বাপদ (১০) দুঃখদপুর (১১) নানাক্রন্দপুর ( ২ সুতপ্তভবন (১৩) রৌদ্রপুর (১৪) পয়োবর্ষণপুর (১৫) শীতাঢ্যপুর (১৬) বহুভীতিপুর অমসুং মশি লাম্ভোক্লগা ধর্ম্মগী ভবন ওইবা যমরাজগী পুর য়ৌনবা চংলি ॥৫৯॥

যমরাজগী পাশ ( শউন থৌরী ) না পুমবা অচুণ্ডবা পাপী অচুনা মাগী মযুম থাদোক্লমগা যমগী লম্বীদা য়াম্না রানা অরাবা খরনা কপ্ল-কপ্লহনা যমরাজগী পুরী তাম্না চংলি ॥৬০॥

ইতি শ্রীসরোদ্ধারে গরুড় পুরাণে
যমমার্গ নিরুপণে প্রথমোহধ্যায়ঃ॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরাণগী প্রেত কল্পগী শরুক ওইবা
যমমার্গ নিরুপণদা প্রথম অধ্যায় লোইরে॥

---

# অথ দ্বিতীয়োঽধ্যায়ঃ ।

গরুড় উবাচ :—

কীদৃশো যমলোকস্য পন্থা ভবতি দুঃখদঃ ।
যত্র যান্তি যথা পাপাস্তন্মে কথয় কেশব ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচঃ—

যমমার্গং মহাদুঃখপ্রদং তে কথয়াম্যহম্ ।
মম ভক্তোঽপি তচ্ছ্রুত্বা ত্বং ভবিষ্যসি কম্পিতঃ ॥২॥
বৃক্ষচ্ছায়া ন তত্রাস্তি যত্র বিশ্রমতে নরঃ ।
যস্মিন্মার্গে ন চান্নাদ্যং যেনপ্রাণান্ সমুদ্ধরেৎ ॥৩॥

---

প্রথম অধ্যায়দা হৌজিক ওইরিবা লোক অমদি শিরগা কংলুপদবা লোক অনিগী শন্নবা হায়ব্রে, হৌজিক গরুড়না হংজরবদা ভগবান্না মহুবু শন্দোক্না অমুক তাকপিরকই ।

গরুড়না হায় :—

হে কেশব যমলোকী লম্বীনা কমদোনা অরাবগী মশক ওই-রিবনো অমসুং মতুদা পাপীশিংনা কমদোনা চৎপগে মহু পুন্নমক এঙোন্দা হায়বিয় ॥১॥

শ্রীভগবান্না হায় :—

হে গরুড় অরাবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বীবু এনা নঙোন্দা হায়গে, মহুবু তাবগা নংনা, এগী ভক্তমক ওইরবসু কিবনা নিকনি ॥২॥

অদুগুবা লম্বীদুদা কম্বিগুবা উপাদ্বী অমতগী উরুম লৈতে, পোথাকম লৈতে, অমাম্বা কেরবা কম্বিগুবা চিজাক অমতসু লৈতে ॥৩॥

ন জলং দৃশ্যতে ক্বাপি তৃষিতোঽতীব যঃ পিবেৎ।
তপ্যন্তে দ্বাদশাদিত্যাঃ প্রলয়ান্তে যথা খগ ॥৪॥
তস্মিন্ গচ্ছতি পাপাত্মা শীতবাতেন পীড়িতঃ।
কণ্টকৈর্বিধ্যতে ক্বাপি ক্বচিৎসর্পৈর্মহাবিষৈ ॥৫॥
সিংহৈর্ব্যাঘ্রৈঃ শ্বাভির্ঘোরৈর্ভক্ষ্যতে ক্বাপি পাপকৃৎ।
বৃশ্চিকৈর্দংশ্যতে ক্বাপি ক্বচিদ্দহ্যতি বহ্নিনা ॥৬॥
ততঃ ক্বচিন্মহাঘোরমসিপত্রবনং মহৎ।
যোজনানাং সহস্রে দ্বে বিস্তরায়ামতঃ স্মৃতম্ ॥৭॥
ক কোলুকবট গৃধ সরঘাদংশ সংকুলম্।
সদাবাগ্নি চ তপ্তৈশ্চিন্নভিন্নঃ প্রজায়তে ॥৮॥

---

মফম অদুদা থোৱাংবা কোক্নবা ঈশিং উদে, হে গরুড় মফম অদুদা প্রলয়গী মতমদা থোকদবা হুমিৎ তরানিথোইনা পুম্না থোক্নুনা প্রলয়গী মৈশাগুম্না শায় ॥৪॥

অমুকস্তু ইংবনা খাংবদা ৱাম্বা মওংদা অম্বিংবা চুংশিং শিৎপনা থোইদোক্না ৱাইহল্লিব। পাপী অদুনা লম্বী অদুদা চৎলি, কন্নিগুম্বদা তিংথংনা থিনগাইবগী অৱাবা, অমসুং মচু কল্লবা লেন্দগী অৱাবস্তু কংই ॥৫॥

কন্নিগুম্বদা অকিবগী মশক কংলবা বনগী শা-কৈ নোংশা অমদি হুইশিংনা চিকপগী অৱাবস্তু কংই, অমসুং মচু কল্লবা বৃশ্চিক কোবা ভীলনা চিকপগী অৱাবস্তু কংই, কন্নিগুম্বদনা মৈনা কাংনা চাল্লবা মৈদগীসু অৱাবা কংই ॥৬॥

মদুদগী থরা চংলগা অসিপত্র ( থাংশাংগুম্বা মনা পানবা ) কোবা বন লৈ, মচু যোজন (২০০০) লিশিং অনি শাংনা লৈ ॥৭॥

মফম অদুদা কাক, মকু, বট কোবা উ থোংনাং পাম্বীনা মংলবা শোংলবা লাংজা, হন্নিংথোই অমদি জল্লগী অচৌবা

ক্কাচিৎপতত্যন্ধকূপে বিকটাৎ পর্ব্বতাৎক্বচিৎ।
গচ্ছতি ক্ষুরধারাসু শঙ্কুনামুপরি ক্বচিৎ ॥৯॥
স্খলত্যন্ধে তমস্যুগ্রে জলে নিপততি ক্বচিৎ।
ক্বচিৎ পঙ্কজলৌকাঢ্যে ক্বচিৎ সংতপ্তকর্দ্দমে ॥১০॥
সংতপ্তবালুকাকীর্ণে ধ্মাতত্তাম্রময়ে ক্বচিৎ।
ক্বচিদঙ্গাররাশৌ চ মহাধূমাকুলে ক্বচিৎ ॥১১॥

---

কাংনচিংবনা তিল্লবা মফমনি, বনগী লৈম্নসু অকিবা ফংবা চাক্থুনা লে, মফম অদুদা থাংশাংগী মতৌগুম্বা পামবা মনাশিং অদুনা প্রেতগী মশাদা য়াম্লুং তুপথংলি ॥৮॥

অদুদগী করিগুম্বদা অমম্বগী মশক ওইবা নাপী কুপশিন্দুনা লৈবা কুহা, য়েংবদদি কুহা লৈবগী মং উত্রগা অদুগুম্বা কুহাদা তাই, করিগুম্বদনা য়াম্না য়াংলবা চীংদগী ওইস্থে, করিগুম্বদনা থাংগী থোয়বা শম্নাদা চংহল্লি, করিগুম্বদনা য়োংপিগী মচিন অদুম্বদা চংহল্লি ॥৯॥

করিগুম্বদনা অকিবা ফংনা মম্বা মফমদা তুই, করিগুম্বদনা ঈশিংদা তাই, করিগুম্বদনা ভিনকা কাকথৈনা থল্লবা লৈখোমদা তাই, অমসুং করিগুম্বদনা পৃথীগী মনিম্না ফুট ফুট শোয়বা শাঁয়বা লৈখোমদা তাই ॥১০॥

করিগুম্বদনা সুংশোগী মৈশানা চাক্লবা শাম্বা লৈত্তোই মসুংদা পুথৈ, করিগুম্বদনা চাক্লবা শাম্বা কোয়ীগী লখেল মথক্তা চংহল্লি, অমসুং করিগুম্বদনা অচাকপা মৈতালপী মপৈ মথক্তা চংহল্লি, অমসুং মৈথুনা পুম্বম মমলবা খর হোনবদা য়াম্বা মফমদা চংহল্লি ॥১১॥

ক্বচিদংকার বৃষ্টিশ্চ শিলাবৃষ্টিঃ সবজ্রকা।
রক্তবৃষ্টিঃ শস্ত্রবৃষ্টিঃ কচিদুষ্ণাম্বুবর্ষণম্ ॥১২॥
ক্ষারকর্দ্দমবৃষ্টিশ্চ মহানিম্নানিচ ক্বচিৎ।
বপ্রপ্ররোহণং ক্বাপি কন্দরেষু প্রবেশনম্ ॥১৩॥
গাঢ়ান্ধকারস্তত্রাস্তি দুঃখারোহাঃ শিলাঃ কচিৎ।
পূয়শোণিতপূর্ণশ্চ বিষ্ঠাপূর্ণাঃ হ্রদাঃ ক্বচিৎ ॥১৪॥
মার্গমধ্যবহাত্যুগ্রা ঘোরা বৈতরণী নদী।
সা দৃষ্টা দুঃখদা কিংবা যস্যা বার্ত্তা ভয়াবাহা ॥১৫॥

করিগুম্বদনা প্রেত অহুগী মথক্তা অচাকপা মৈতাবগী নোং চুথহল্লি, অমসুং মজ্রগা লোইননা মুংহুমগী নোং চুথহল্লি, করি-গুম্বদনা ঈগী নোং চুথহল্লি, করিগুম্বদনা খুৎত খুৎপাইগী নোং চুথহল্লি, অমদি শারবা মোং মোং শৌরবা ঈশিংনা প্রেত অহুগী মথক্তা নোংগুম্বা চুথহল্লি ॥১২॥

করিগুম্বদনা ক্ষরীগুম্বা যাক্রবা লৈখোমগী নোং চুথহল্লি, করি-গুম্বদনা অকিবা কংলবা কোংকুৎতা তাই, করিগুম্বদনা বাংল বাংলবা লৈপুং লৈতোং অমদি চৌংথক্তা কাহল্লি অমসুং করিগুম্বদনা চৌংসুংদা হুৎচিনবা শুক্লংগুম্বদা চংহল্লি ॥১৩॥

অহুগুম্বা লম্বীদো যাম্না অমম্বা অকিবগী মশক ওই, অমসুং যাম্না কল্লবা নুংথৌনা থল্লবা বাংলবা মফমদা অমদি, মফম অহুদা তুকচ্চরবা হঙোইমবা ইপুম-মাইপুমগী অমদি অম্নাং অশোইগী চাওর-চাওরবা পুখ্রিস লৈ ॥১৪॥

মতৌ অম্বুম্না চৎনা চৎনা অসিগুম্বা লম্বী অসিদা লৈরিবী, থোইদোক্না অকিবগী মশক ওইরবী বৈতরণী তুরেল লৌরকলে,

শতযোজনবিস্তীর্ণা পূয়শোণিতবাহিনী।
অস্থিবৃন্দতটা দুর্গা মাংশশোণিতকর্দ্দমা ॥১৬॥
অগাধা দুস্তরা পাপৈঃ কেশশৈবালদুর্গমা।
মহাগ্রাহ সমাকীর্ণা ঘোরপাক্ষিশতৈর্বৃতা ॥১৭॥
আগতং পাপিনং দৃষ্টা জ্বালাধুমসমাকুলা।
ক্বয়তে সা নদী তার্ক্ষ্যকটাহাস্তঘৃতং যথা ॥১৮॥
ক্রিমিভিঃ সংকুলা ঘোরৈঃ সূচীবক্তৈঃ সমততঃ।
বজ্রতুণ্ডৈর্মহাগৃধৈবায়সৈঃ পরিবারিতা ॥১৯॥

---

তুরেল অসিগী থা তাবতদা থোইদোক্লা অকিবগী মশক ওইরবদা করিগুম উরবদি কয়াগী মতিক কিকম থোকপগে, হায়রবদি তাবতদা অকিব ওইরিবদু উরবদি করি ওইকম থোকপগে ॥১৫॥

বৈতরণী তুরেল হায়বসি যোজন চাম চাওই, মশিদা চেংলবসি ইপুম নাইপুম তাকনি, কৈরাই অসিনা মরু চারু তাকনি, মাবু লান্থোকপদি য়াম্না অৱাবগী মশকনি অমত্থং ঈ মতুম শহুমনা থংলবনি ॥১৬॥

পাপ চেনবশিংনা লানথমত্রবনি, শংখৈ লৈত্রবনি, শম-নানা ঈশিং কংগুম তাওরিবনি, লানবদা অৱাবগী মশকনি, চাওর-চাওরবা লাইরেন, অকবগী মশক ওইরবা উচেক চাম চামনা শিন্থুংনা লৈরিবনি ॥১৭॥

হে গরুড় লাকলিবা পাপী অদুবু উরগা তুরেল অসিনা অচাকপা মৈগুম্ অমদি মৈথুনস্থ পুম্মম মমই অদুগা চেলিবা ঈপুম নাইপুম অহুনা থাংনা ঘোনা শৌবগুম্না শৌরকই ॥১৮॥

মচিম্না য়েগুম্নুক তুম্নবা তাওশিংনা অকিবগী মশক ওইনা মাইকৈ মরিদা থনা লৈ, মতক মনা পৈরবা চাওর-চাওরবা লাংজা, কাকশিংনা থমা লৈ ॥১৯॥

শিশুমারৈশ্চ মকরৈর্জলূকামৎস্য কচ্ছপৈঃ।
অন্যৈর্জলস্থ জাবৈশ্চ পুরিতা মাংসভেদকৈ ॥২০॥
পতিতাস্তৎপ্রবাহে চ ক্রন্দন্তি বহুপাপিনঃ।
হাভ্রাতঃ পুত্র তাতেতি প্রলপন্তি পুনঃ পুনঃ॥২১॥
ক্ষুধিতাস্তৃষিতাঃ পাপ পিবন্তি কিল শোণিতম্।
সা সরিদ্রুধরাপুয় বহন্তী ফেনিতং বহু॥ ২॥
মহাঘোরাতিগর্জন্তী দুর্নিরীক্ষ্যা ভয়াবহা।
তস্যা দর্শনমাত্রেণ পাপাস্তু গতচেতনাঃ ॥২৩॥
বহুবৃশ্চিকসংকীর্ণা সেবিতা কৃষ্ণপন্নগৈ
তন্মধ্যে পতিতানাং চ ত্রাতা কোপি ন বিদ্যতে॥ ৪॥

---

শহুম চাবা অঙা' হাংপা ভীস শিশুমার কোবা ঙা কিয়োং, ভিনকা, ঙা, খেঙ্গু অমম্লং ঈশিংদা লৈবা জীব কয়ামুক কোয়না লৈ ॥২০॥

অদুগুম্বা তুরেল অদুগী ঈচেলদা তারবা পাপিশিং অদুনা হা ইপা, হা ইয়াম্বা ইনাও, হা ইচা অওয়া লাও-খোংদুনা হয়া হয়া কপ্পী লাও-খোংই ॥২১॥

অরাম খোয়াংবনা খাংবা চমক্তুদুনা চেংলবা ইপুম নাইপুম অদু থকই, অসিগুম্বা বৈতরণী তুরেল আসদা ইপুম নাইপুমগী কোলোল কয়ামুকম্বু ভাওরি ॥২২॥

অসিগুম্বা তুরেল অসিদি য়াম্না অকিবগী মশকনি, অমম্লং য়েংলু উকবদা খোইদোক্না অরাবগী মশকনি তুরেল অসি য়াম্না হৌনা ঙংই, মাবু য়েংউ উকবতদা পাপী অদু জ্ঞান মাংই অমম্লং নিংশিংবগী শক্তি মাংই ॥২৩॥

অদুগুম্বা বৈতরণী কোবা অসিদা কয়ামুক ওইবা মহ কন্নবা বৃশ্চিকশিংনা থয়া লৈ, চাওর চাওরবা অমুবা লিয়া মাগী ঈথক্তা

আবর্ত্তশতসাহস্রেঃ পাতালে যান্তি পাপিনঃ।
ক্ষণং তিষ্ঠন্তি পাতালে ক্ষণাদুপরি বর্ত্তিনঃ ॥২৫॥
পাপিনাং পতনায়ৈব নির্মিতা সা নাব খগ।
ন পারং দৃশ্যতে তস্যা দুস্তরা বহুদুঃখদা ॥২৬॥
এবং বহুবিধক্লেশে যমমার্গেঽতিদুঃখদে।
ক্রোশন্তশ্চ রুদন্তশ্চ দুঃখিতা যান্তি পাপিনঃ ॥২৭॥
পাশেন যন্ত্রিতাঃ কেচিৎ কৃষ্যমাণাস্তথাঙ্কুশৈঃ।
শস্ত্রাগ্রৈঃ পৃষ্ঠতঃ প্রোতৈর্ণীয়মানাশ্চ পাপিনঃ॥২৮॥

---

ত ওতুনা লে, অতুগুয়া বৈতরণী ভুরেলদা তারবা পাপীশিংবু কনবিনয়া কনাস্থ লেতে ॥২৪॥

অতুগুয়া বৈতরণী ভুরেলগী উরু-উরু লেবা ঈরৈ তদুনা চা-লিশিং কয়ামুক লেত্রনা লে, লেরিবা ঈরৈ অতুনা পাপী অঙবু পুতুনা মীকুপ ওরনা পাতাল য়োন। অমুক পুই, মীকুপ থয়না অমুক মধক্রো পুথসকুনা পাপীঙবু রাহলি ॥২৫॥

হে গরুড় অসিগুয়া ভুরেল অসি পাপ চেনবশিংগী তানবগী লুপ্নবগীদমক্ত শেমগ্রবনি, পাপ চেনবশিংনা মাবু লানথিবা উথিত্রি, পাপ চেনব'শংবু অরবা পীননবগী মশক ওইরবা লানওমত্রবা বৈতরণীনি ॥২৬॥

মতো অসুম তোয়তুনা মথল কয়ামুকী ওইবা অয়া-অনা পীবা যমগী লমী অতুদা পাপ চেনবা জীবনা য়াঙ্গা রানা লাও খোংতুনা, কপ্তুনা চৎলি ॥২৭॥

কনাগুয়া পাপী অমবুনা যমদুতশিংনা পাস ( শউন খোরী ) না পুন্দুনা পুই, অতুগা থয়া অমবুনা অকুশ ( খুদোম্বী মওং মানবা

নাসাগ্রপাশকৃষ্টাশ্চ কর্ণপাশৈস্তথাপরে।
কালপাশৈঃ কৃষ্যমাণাঃ কাকৈঃ কৃষ্যাস্তথাপরে ॥২৯॥
গ্রীবাবাহুষু পাদেষু বদ্ধাঃ পৃষ্ঠে চ শৃংখলৈঃ।
অযোভারচয়ং কেচিদ্বহন্তঃ পথি যান্তি তে ॥৩০॥
যমদূতৈর্মহাঘোরৈস্তাড্যমানশ্চ মুদ্গরৈঃ।
বমন্তো রুধিরং বক্ত্রাত্তদেবাশ্নন্তিতে পুনঃ ॥৩১॥
শোচন্তঃ স্বানি কর্ম্মাণি গ্লানিং গচ্ছন্তি জন্তবঃ।
অতীব দুঃখসম্পন্নঃ প্রয়াতি যম মন্দিরম্ ॥৩২॥

খুংলাই ) না চিংহুনা পুই, অসুম্না
খজু খুংলাইনা মনমগন্দা কুহনা
কনাগুবা পাপীবু পাশ কোবা
পুই, অমবুনা মনাদা লেংহুনা পুই অসুম্না কালপাশ কোবা খুংলাইনা শা-ঙা চিংবগুম্না পাপীশিংবু চিং চিংহনা যমপুর য়োনবা পুই ॥২৯॥

পাপী থম্নবুনা যমগী দূতশিংনা মখোয়গীদা, মখোংদা, মপাম্বোমদা মনমগন্দা য়োংহ্লি' ( য়োংকী খোয়ী ) না পুন্সুনা পুই মতৌ অসুম তৌনা পাপী থম্নবুনা অরুবা য়োং মপৈবু পুহন্সুনা শাংলবা লম্বীবু বানা চংহল্লি ॥৩০॥

থোইদোক্না অকিবগী মশক কংলবা যমগী দূতনা অদুগুম্বা পাপী অদুবু মুদ্গর কোবা খুংলাইনা অমুকন্দু য়েখি, মহুদা পাপী অদুগী মম্নাদগী ঈথেং থোক থোক ওই, অদুবু অম্নাম থোম্নাংবদগী অমুক ঈ অদু থকচিল্লি ৩১।

মতম অদুদা যমদূতশিংনা য়ৈ-চৈবগী অম্বাবদু থল্লুবদা মানা হায়না তৌখিবা কর্ত্তবশিং অদু নিংশিংলক্লুনা য়ায়া নিওম্লবা ওইদুনা য়ায়া বানা যমালয় তাম্না চংলি ॥৩২॥

তথাপি স ব্রজন্মার্গে পুত্র পৌত্র ইতি ব্রুবন্।
হাহেতি প্ররুদন্নিত্যমনুতপ্যতি মন্দধীঃ ॥৩৩॥

মহতা পুণ্য যোগেন মানুষং জন্ম লভ্যতে।
তৎপ্রাপ্য ন কৃতো ধর্ম্মঃ কীদৃশং হি ময়া কৃতম্ ॥৩৪॥

ময়া ন দত্তং ন হুতং হুতাশনে তপো ন তপ্তং
ত্রিদশা ন পূজিতাঃ।
ন তীর্থসেবা বিহিতা বিধানতো দেহিন্ কাচিন্নিস্তর
যত্ত্বয়া কৃতম্ ॥৩৫॥

---

মতৌ অসুম্না য়াম্না মানা চৎলিঙৈদা পাপী অহনা হা ইচা, হা ইচু, অসুম্না মচা মশুশিংবু কৌর কৌরদুনা লাও থোংকদুনা য়াম্না নিংগুমককবা মওংদা কপ লাওই ॥৩৩॥

পাপী অহুনা য়াম্না নিংগুমককবা অহুমককনা অসুম্না থল্লকই, অমাবনি মীওইনা পোকপা হায়বসি পুণ্য কয়ামুক তৌরগা ফংলক-ইবনি, অদুগুম্বা মীওইনা পোকপা মপোক অহুবু ফংলবদা ঐনা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তসু তৌখিদ্রে, অমাবনি মতৌ করম্বা ফত্তবা থবক চাক্কা তৌখ্রবনো ॥৩৪॥

ঐদি কনাগুম্বদা দান অমত্তসু তৌখিদ্রে, মৈদা হোম অমত্তসু তৌখিদ্রে, করিগুম্বদা ঈশ্বরবু তপস্যা তৌরোদ্রে, অমস্তং লাই অমত্তবু পূজা তৌখিদ্রে, হোনবী চৎনবীগী মতুংইন্না তীর্থসু চৎহোদে অহুনা হে ঐগী আত্মা নংনদি কত্তবা থবক্তদা পুক্নিং চংখিবনিনা নংনা তৌজবা কর্ম্মগী ফল অহু নংনা ফংজবনি মহু নং তোপ তৌ ( মহুগী মহৈ চাও ) ॥৩৫॥

ন পূজিতা বিপ্রগণাঃ সুরাপগা ন চাশ্রিতা সৎপুরুষা
ন সেবিতাঃ।
পরোপকারা ন কৃতাঃ কদাচন দেহিন্ ক্বচিৎ নিস্তর
যত্ত্বয়া কৃতম্ ॥৩৬॥
জলাশয়ো নৈব কৃতোহি নির্জ্জলে মনুষ্যহেতোঃ
পশুপক্ষিহেতবে।
গোবিপ্রবৃত্ত্যর্থমকারি নাণ্বপি দেহিন্ ক্বচিন্নিস্তর যত্ত্বয়া
কৃতম্ ॥৩৭॥
ন নিত্যদানং ন গবাহ্নিকং কৃতং ন বেদ শাস্ত্রার্থবচঃ
প্রমাণিতম্।

---

ঐনদি ব্রাহ্মণ অমত্তগী পূজাসু তৌখিদ্রে, গঙ্গা.ন হায়বদুনা কয়িনো খংদ্রে, সাধুজন ( অকবা মীশি ) সেবাসু তৌখিবা নৈতে, কয়িগুম্বদসু মীশি মতেংসু পাংখিবা লৈতে অদুগা কে ঐগী অমা, ইশানা তৌজবা কর্ম্মগী মহৈ ইশানা কংকম খোকপনি মদু নং চাও ॥৩৬॥

মী, শা, উচেক্কীদমক ঈশিং নৈতবা মফমদা অয়াম খোয়াংবা কোক্লবা ঈশিং তুংকম পুখ্রি কুহানচিংবা অমত্তসু ঐনা খোয়াং তৌখিবা লৈতে. গো ব্রাহ্মণশিংগী সুত্তাইনবা পেন্নবা, তৌবা হোনবা বৃত্তি অর্চ্চা পূজানচি বা তৌকম খোকপা অমত্তসু ঐনদি তৌখিবা নৈতবনিমা নংনা ঐনা তোজনা কত্তবা কর্ম্মগী মহৈদু নংনা কংউ ॥৩৭॥

নিত্তিগী তৌবা হোনবা দানসু তৌহোদ্রে, নোংমতং ওইরবসু মশগীদমক পেন্নবা নাপী মনা অমত্তসু দান তৌখিদ্রে, বেদ শাস্ত্রগী

শ্রুতং পুরাণং ন চ পূজিতোঽজ্ঞো দেহিন্ কচিন্নিস্তর
যত্ত্বয়া কৃতম্ ॥৩৮॥

ভর্ত্তুর্ময়া নৈব কৃতং হিতং বচঃ পতিব্রতং নৈব কদাপি
পালিতম্।

ন গৌরবং বাপি কৃতং গুরূচিতং দেহিন্ কচিৎ
নিস্তর যত্ত্বয়া কৃতম্ ॥৩৯॥

ন ধর্ম্মবুদ্ধ্যা পতিরেব সেবিতো বহ্নিপ্রবেশোন কৃতো
মৃতে পতৌ।

বৈধব্যমাসাধ্য তপো ন সেবিতং দেহিন্ কচিন্নিস্তর
যত্ত্বয়া কৃতম্ ॥৪০॥

---

অমদি ধর্ম্মশ্রি মতুংইন্না সন্ধ্যা তর্পনচিংবস্থ তৌখিবা লৈত্রে, বেদ শস্ত্রগী বাবু লৌবা, পুরাণবু তাবা, পুরাণবু পাবিহুনা তাকাপ তিকপিন্নবা মীবুস্থ পূজা তৌখিবা লৈতে অহুনা নংনা তোজবা অহুদি হে জীব নংনা ফংজবা তাবনি ॥৩৮॥

অন্নাবমি মূপীগী মপোক্তা পোক্লবা ঐনা কদৌমুংদা লৌখিদে, ঙাক্না চৎখিদে অমসুং পতিব্রতা ধর্ম্মবু ( মপুন্নোইবগী অকবতা খনবা, মুঙাইনবতা হোৎনববু ) ঙাক্না চৎখিত্রে, ইকু, ইনেম, ইটৈতনচিংবদা তৌবা য়াবা সম্মান ব্যবহারনচিংবস্থ তৌখিত্রে অহুনা হে ঐগী আত্মা ওইবা জীব নংনা তোজখিবহুগী ফংগদবহু ফংউ ॥৩৯॥

মপুন্নোইবগী সেবা তৌবা হায়বর্স মূপীগী ধর্ম্মনি, অদুম্না খংহুনা করিগুম্বদা ঐনা ইপুন্নোইবগী সেবা তৌখিত্রে, অমসুং ইপুন্নোইবনা শিন্নবদা সতি ওইবীনা তোগদবা মপুন্নোইবগী

মাসোপবাসৈর্ম বিশোষিতং ময়া চান্দ্রায়নৈর্বা নিয়মৈঃ সবিস্তরৈঃ।
নারী শরীরং বহুদুঃখভাজনং লব্ধং ময়া পূর্ব্বকৃতৈর্বিকর্ম্মভিঃ ॥৪১॥

এবং বিলপ্য বহুশো সংস্মরণ্ পৌর্ব্বদৈহিকম্।
মানুষত্বং মম কৃত ইতি ক্রোশণ্ বিসর্পতি ॥৪২॥

দশসপ্তদিনান্যেকো বায়ুবেগেন গচ্ছতি।
অষ্টাদশদিনে তার্ক্ষ্য প্রেতঃ সৌম্যপুরং ব্রজেৎ ॥৪৩॥

---

তুংইনবা ( মপুরোইবগা লোইননা মৈ থাবা ) হায়বদুগ্গ তৌহোত্রে, অদুগা সুপ্রাবী ওইনা লৈরবদসু তৌবা হৌনবা তপস্যা অমত্তসু তৌখিত্রে মরম অসিদগী হৌজিক্তি নংনা তোঙবনা নংনা ফংজকম থোকলে ॥৪০॥

থা অমমমগী মনুংদা তৌনরিবা ব্রত উপবাস (চমাহেনবনচিংবা) চন্দ্রায়ণ ব্রত অমদি বিস্তারগা লোইননা নিয়ম শু'রা হকচাংবু মরোং তাহনবা—কংশিনহনবা তৌখিদে, অরাবনি অসুম্বা সুপীগী হকচাং হায়বসিদি ওন্থোক্রা অরাবত্তগী মশক ওইবনি অদুগা মমাংগী মপোক্তা তৌখিবা করবা কর্ম্ম অদুগী মহৈত্তনা সুপীগী মপোক অসি ফংলয়বনি ॥৪১॥

অসুম্না মথন মথলগী অম্বা-অনাগী ভেংথা নাওইদুনা মমাংগী মপোক্কী তৌজখিবগী ফলমা ফংবা হকচাং অদুনা মা-মানা তৌখিবা কর্ম্মশিংবু নিংশিংদুনা অদুগুম্বা পাপ চেনবা জীবদুনা "হৌজিক ঐনা মতৌ করম্না মীওইবগী মপোক অদু ফংগদগে" অসুম্না লাও-খোংদুনা চৎলি ॥৪২॥

অসুম্না নুমিৎ তরাতরেৎনি চুপ্না নুংশিৎকি পাঙম্না মতোমন্তা কোইপায় পায়দুনা লৈরুরগা তরানিপানিগুবা নুমিত্তা প্রেত অদুনা সৌম্যপুরদা থুংই ॥৪৩॥

অত্র দত্তং সুতৈঃ পৌত্রৈঃ স্নেহাদ্বা কৃপায়াঽথবা।
ম সিকং পিণ্ডমশ্নাতি ততঃ সৌরিপুরং ব্রজেৎ ॥৫১॥
তত্র নাম্নাস্তি রাজা বৈ জঙ্গমঃ কালরূপধৃক্।
তং দৃষ্ট্বা ভয়ভীতোঽসৌ বিশ্রামে কুরুতে মতিম্ ॥৫২॥
উদকং চান্নসংযুক্তং ভুংক্তে তত্র পুরে গতঃ।
ত্রৈ পক্ষিকে বৈ যদ্দত্ত স তৎপুরমতিক্রমেৎ ॥৫৩॥
ততো নগেন্দ্রভবনং প্রেতো যাতি ত্বরান্বিতঃ।
বনানি তত্র রৌদ্রাণি দৃষ্ট্বা ক্রন্দতি দুঃখিতঃ ॥৫৪॥

---

হৌগৎ অমুক চেন তৌরিবৈদা পাম কৌবা খুৎলাইদা কাদুনা অমুক চিংশিল্লি ॥৫০॥

মতম অসিদা মচা মশুনা মপা মমা ওইবগী মুংশিবা প্রেন্না পীরকপা খা থাগী ওইবা পিণ্ড অদু প্রেতনা চাই মতুনা অমুক মপাঙল ওইদুনা প্রেতনা সৌরিপুর তাদা চৎলি ॥৫১॥

অদুগুম্বা সৌরিপুর অদুদ কালগী মশক ওইবা ( কাল কৌবা লাইগী মশক ওইব ) জঙ্গম কৌবা নিংথৌ অমা লৈ. মাবু উবগা প্রেততু মামা কিবদুনা মকম অদুদা পোথাদুনা লৈনবগীদমক অ'শা তৌই ॥৫২॥

প্রেত অদুনা সৌরিপুরদা চৎলগা, মাদা শিথিবগী অহমশুবা পক্ষগীদমক মচা মশুনা পীরকলিবা হায়বদি ঈশবর। কৎলক্লিবা চাক ঈ। শংনচিংবা অদু মাদা কংজুই চারুই। অদুগী তুংদা সৌরিপুর অদু নেলগা অমুক চংশিলহল্লি ॥৫৩॥

অমুক প্রেত অদুবু মাদা থুনা নগেন্দ্র ভবন কৌবা পুর যৌনবা চংহল্লি, মফম অদুদা ত্রকিবগী মশক ওইরবা অদল অমা লৈ, মদুবু উবগা প্রেত অদু কিবদা কপ লাওই ॥৫৪॥

ভুক্ত্বা পিণ্ডং জলং বস্ত্রং দত্তং যদ্বান্ধবৈরিহ ।
কৃষ্যমাণঃ পুনঃ পাশৈর্নীয়তেঽগ্রে চ কিংকরৈঃ ॥৫৬॥
মাসে তৃতীয়ে সংপ্রাপ্তে প্রাপ্য গন্ধর্বপত্তনম্ ।
তৃতীয় মাসিকং পিণ্ডং ভুক্ত্বা তত্রাপসর্পতি ॥৫৭॥
শৈলাগমং চতুর্থে চ মাসি প্রাপ্নোতি বৈ পুরম্ ।
পাষাণাস্তত্র বর্ষন্তি প্রেতস্যোপরি ভূরিশঃ ॥৫৮॥
চতুর্থে মাসিকং পিণ্ডং ভুক্ত্বা কিঞ্চিৎসুখং ভবেৎ ।
ততো যাতি পুরং প্রেতঃ ক্রৌঞ্চং মাসেঽথ পঞ্চমে ॥৫৯॥

---

মতম অহুম্না হুংলিবৈত্রবা যমদূতশিংহুনা মকম অদুদা চিংদুনা পুই, মহুদা থাংবদা রাক্ষুনা প্রেত অদু যাম্না কপ লাওই, অদুবা অনিশুবা থাপী অরোইবা মতমদা মকম অদুগী অরোইবা মকম অদু যৌবা ঙমই ॥৫৫॥

মথম অনিবা মরূপ-মপা· মচা-মতুনা পীরকপা পিণ্ড উপিং চিনচিংবদু প্রেতনা চাই, অনিগী তুংদা যমদূতশিংনা অমুক হরা পাস কৌবা শক্তিন থোরবীনা অমুক পুরদা চিংদুনা পুই ॥৫৬॥

থা অহুম চংলকপদা প্রেত অদু গন্ধর্বপুর যৌরদুনা মচা-মতুনা পীরকপা থা অহুমগী পিণ্ড অদু চারগা অমুক হরা চংলি ॥৫৭॥

মরিশুবা থাদা অমুক শৈলাগম কৌবা পুরদা যুংই, মকম অদু যৌরদা প্রেতগী মথক্তা লোং চুবতুনা দুংনা প্রেতগী মথক্তা নিক্কথরকই ॥৫৮॥

মতম অনিবা মচা-মতুনা পীরকপা মরিশুবা থাগী পিণ্ড অদু চারগা থিক· পোথাবা মুত্তহৈবা কংও, অদুগা মঙাশুবা থাদা প্রেত অদুনা ক্রৌঞ্চপুরদা যৌরকই ॥৫৯॥

হস্তদত্তং তদা ভুংক্তে প্রেতঃক্রৌঞ্চপুরেস্থিতঃ
ষৎপঞ্চমাসিকং পিণ্ডং ভুক্ত্বা ক্রূরপুরং ব্রজেৎ ॥৬০॥
সার্দ্ধৈকৈঃ পঞ্চভির্মাসৈর্ন্যূনষাণ্মাসিকং ভবেৎ।
তত্র দত্তেন পিণ্ডেন ঘটেনাপ্যায়িতঃ স্থিতঃ ॥৬১॥
মুহূর্ত্তার্দ্ধং তু বিশ্রম্য কম্পমানঃ সুদুঃখতঃ।
তৎপুরং তু পরিত্যজ্য তর্জিতো যমকিংকরৈঃ ॥৬২॥
প্রয়াতি চিত্রভবনং বিচিত্রো নাম পার্থিবঃ।
যমস্যৈবানুজো ভ্রাতা যত্র রাজ্যং প্রশাস্তি হি ॥৬৩॥
তং বিলোক্য মহাকায়ং যদা ভীতঃ পলায়তে।
তদা সম্মুখ আগত্য কৈবর্ত্তা ইদমব্রুবন্ ॥৬৪॥

---

অসুন্না প্রেতনা ক্রৌঞ্চপুরদা লৈরিঙৈদা মচা-মগুনা পীরকপা মঙাগুবা থাপী পিণ্ড অদু চারগা ক্রূরপুর চৎলি ॥৬০॥

থা মঙ মথাইগী মতমদা অহানবগী ষাণ্মাসিক ( অহানবা চহিগী তথাই ) ওই, মশিবু হিন্দুস্থানীশিংনা "ছমাই" কৌই অসিগুম্বা অহানবা ষাণ্মাসিকী মতমদা পীবা পিণ্ড দানদগী অমদ ঘটদানচিংবদগী প্রেতনা অপেনবা ফংই ওই ॥৬১॥

অসিগুম্বা অহানবা ষাণ্মাসিক আসগী ঘট দান অমদি পিণ্ডদান অদুনা মুহূর্ত্ত তথাই অমত্তং পোথারগা লৈরিঙৈদা যমদূতশিংনা অমুক কিহন খোংহনবদগী অরাবা কংই, কিবহুমক্তনা নিকই ॥৬২॥

মশিদগী অমুক চৎলগা বিচিত্রভবন কৌবা পুরদা থোই, মকম অদুদা নিংথৌ অমা পাল্লই, মহাক অদু যম নিংথৌগী মনাওনি অমম্তং বিচিত্রপুর অদুগী নিংথৌনি ॥৬৩॥

অদুগুম্বা রাং চাওরবা নিংথৌ অদু উরগা প্রেত অদুনা কিবনা কোইচন চেন্লি, মদু উবদা নিংথৌ অদুনা লাক্লগা মথাদা হায়রক্লিবা বাসি হায় ॥৬৪॥

বয়ং তে তর্তুকামায় মহাবৈতরণীং নদীম্।
নাবমাদায় সংপ্রাপ্তা যদি তে পুণ্যমীদৃশম্ ॥৬৫॥
দানং বিতরণং প্রোক্তং মুনিভিস্তত্ত্বদর্শিভিঃ।
ইয়ং সা তীর্যতে যস্মাত্তস্মাদ্বৈতরণী স্মৃতা ॥৬৬॥
যদি ত্বয়া গোস্তদ্দত্তা নৌরূপসর্পতি
নান্যথেতি বচস্তেষং শ্রুত্বা হা দৈব ভাষতে ॥৬৭॥
তং দৃষ্ট্বা ক্বথতে সা তু তং দৃষ্ট্বা সোঽতিক্রন্দতে।
অদত্তদানঃ পাপাত্মা তস্যামেব নিমজ্জতি ॥৬৮॥

---

হে প্রেত ঐসা নংগোদমক বৈতরণী ভুরেল লানিমথা হি পুরক্লুনা লৈরে, মশি নংগী পুণ্যনা কাজরবনি ॥৬৫॥

অসুম্না হায়রক্লুনা বৈতরণী তুরেনগী অর্থ হয়রুনা তাহল্লি, তত্ত্বদংবা মুনিশিংনা দান তৌবা হায়বসিগী মমিংবু "বিতরণ" (লাস্থ কপ) অসুম্না হায়, দান তৌবতনা অসিগুম্বা ভুরেন অসি লানব ঙমই, মরম অসিনগী তুরেন অসিগী মমিং "বৈতরণী" অসুম্না ওইখি খংনখি ॥৬৬॥

হে প্রেত মরম আসনা নংনা যণ দান তৌরবদি বৈতরণী লানমগাইদা হি অসি নংগোদমক লাক্লি, নংনা যণ দান তৌখিদ্রবদি হি অসি লাকলোই, অসিগুম্বা ৱা অসি তাবদা প্রেত অদুনা হা ঈশ্বর নংগী লোংদম (২) অসুম্না কাপ্পখি ॥৬৭॥

অদুগুম্বা পাপচেনবা প্রেতবু উরগা বৈতরণী কৌবা তুরেলদুমু মথুম মরাং তোরকই ইরাওখোল হেক্সংলকই, মদু উরগা প্রেত অদনা ক্রিবনা পাক খোংনা কপ্পী, দান তৌদ্রবা পাপী অদুনা ঈচেল অদুদা লুপ্পী ॥৬৮॥

তন্মুখে কণ্টকং দত্ত্বা ঢুতৈঃকাশসংস্থিতৈঃ।
বাড়শেন যথা মৎস্যস্তথা পারং প্রণীতে ॥৬৯॥
ষাণ্মাসিকং চ যৎপিণ্ডং তদ্‌ভুক্ত্বা প্রসর্পতি।
মার্গে স বিলপত্যাতি বুভুক্ষা পাণতোহলম্ ।৭০॥
সপ্তমে মাসি সংপ্রাপ্তে পুরং বহ্বাপদং ব্রজেৎ।
তত্র ভুংক্তে প্রদত্তং যৎ সপ্তমে মাসি পুত্রকৈঃ ॥৭১॥
তৎপুরং তু ব্যতিক্রম্য দুঃখদং পুরমৃচ্ছতি।
মহদ্দুঃখমবাপ্নোতি খে গচ্ছন্ খেচরেশ্বরঃ ॥৭২॥
মাস্যষ্টমে প্রদত্তং যৎপিণ্ডং ভুক্ত্বা প্রসর্পতি।
নবমে মাসি সম্পূর্ণে নানাক্রন্দপুরং ব্রজেৎ ॥৭৩॥

---

মতম অহুদ। চুত।শ না অ তয় দা লেপ্পগা প্রেত চহুগী ময়াদা, ঙা ফাবা।শংবা ময়দা লেংহুনা ফাবা চাগুং হয়দা অকোনবা খোৎনা লেংহুনা ভুখোন অহুবু লায়নবা ১।ই ॥৬৯॥

অহুম তৌনা তৌনা ভুককগুবা থাগী মচা মগুনা পীরকপা পিণ্ডবু চাহুনা চৎলি, মহুনহু প্রেত অদু অংগনবা মুংাইবা মপুংফাবা ওইদবনা, অয়াম খোয়াংবগী মৈনা খোইদোক্লা অরাবগা লোইননা কপ-লাওদুনা লম্বী অহু চঞ্জবা য় ববনা চৎলি ॥৭০॥

তরেৎগুবা থাদা প্রেত অহুনা বহ্বাপদ কৌবা পুরদা চৎলি, মকম অহুনা মচা-মগুনা পীরকপা তরেৎগুবা থাগী পিণ্ড অহু চাই ॥৭১॥

অহুদগী পুর অহু লাংহোক্লগা দুঃখদপুর কৌবা মফমদা চৎলি, মফম অহুদদি প্রেত অদুনা আকাশকি লম্বীদা চৎপা মতমদা য়াম্বা অরাবা ফংই ॥৭২॥

মফম অহুদা মচা মগুন পীরকপা নিপানগুবা থাগী পিণ্ডহু চারগা চৎলি, অহুদগী থা মাপম চুপ্পা চৎলক্লগা "নানাক্রেন্দপুর" কৌবা পুরদ চোই ॥৭৩॥

নানাক্রন্দগণান্ দৃষ্ট্বা ক্রন্দমানান্ সুদারুনান্।
স্বয়ং চ শূণ্যহৃদয়ঃ সমাক্রন্দতি দুঃখিতঃ ॥৭৪॥
বিহায় তৎপুরং প্রেতস্তর্জিতো যমকিংকরৈঃ।
সুতপ্তভবনং গচ্ছেদ্দশমে মাসি কৃচ্ছ্রতঃ ॥৭৫॥
পিণ্ডদানং জলং তত্র ভুক্ত্বাপি ন সুখী ভবেৎ।
মাসিচৈকাদশে পূর্ণে পুরং রৌদ্রং স গচ্ছতি ॥৭৬॥
দশৈকমাসিকং তত্র ভূংক্তে দত্ত সুতাদিভিঃ।
সার্দ্ধৈচৈকাদশে মাসি পয়োবর্ষণ মৃচ্ছতি ॥৭৭॥

---

মকম অহুদা শৃরিবগী মশক ওইবা মতৌ অহু উবদা প্রেত অহু য়াম্না লাও·থোংই, মকম অহুদা মথল মখেলগী মীরপ মীরাও:থাল তৌহনা কপালিবশিং অ্ উরগা মশা মথন্তা কয়িম্থ লৈত্রবা মঙাদা য়াবনা কপ্পী ॥৭৪॥

মক্কম অহুদা যমহুতশিংনা য়াহম্লিবা কিহল্লিবা পুম্নমক অহু থাদোক্লগা তয়াগুবা থাদা য়াম্না য়ানা সুতপ্তভবন কৌবা নগরদা থুই ॥৭৫॥

মকম অহু রৌরবদা মচা মগুনা পীরকপা তয়াগুবা থাগী পিণ্ডদান অমদি জলদান অহু কংই, অহুম ওইনমক মহুবু চায়গা ১দি থক্লগা প্রেত অচুনা অপেনবা মুচাইবা হায়বচদি মপুং কানা ওইবা ঙমদে। থা তরামাথোইনা মপুং কায়রবা মতমদা রৌদ্রপুর কৌবা মক্কমদা থুই ॥৭৬॥

মকমদুদা থুংলবদা তরামাথোইগুবা থাগী পিণ্ডচিংবা চায়, মসিগী মতুংদা থা তরামাথোই মথাই শুরক্লবদা "পয়োবর্ষণ" কৌবা পুরদা থুংই ॥৭৭॥

মেঘাস্তত্র প্রবর্ষন্তি প্রেতানাং দুঃখদায়কাঃ।
ষ্যানাব্দিকং চ যচ্ছ্রাদ্ধং তত্র ভুংক্তে স দুঃখিতঃ ॥৭৮॥
সম্পূর্ণে তু ততো বর্ষে শীতাঢ্যং নগরং ব্রজেৎ।
হিমাচ্ছতগুণং তত্র মহাশীতং পতত্যপি ॥৭৯॥
শীতার্ত্তঃ ক্ষুধিতঃ সোঽপি বীক্ষতেঽপি দিশো দশ।
তিষ্ঠতে বান্ধবঃ কোপি যো মে দুঃখং ব্যপোহতি ॥৮০॥
কিংকরাস্তে বদন্ত্যত্র ক তে পুণ্যং হি তাদৃশম্।
ভুক্ত্বা চ বার্ষিকং পিণ্ডং ধৈর্য্যমালম্বতে পুনঃ ॥৮১॥

---

পযে'বর্ষণ কৌবা খুল অদুদদি প্রেতবু বাহয়বা অকনবা নোং চুথহ'ল, নোং নয়ক অদুদা য়াম্না বানা থা তরামাথোই মথাইগী ওইবা "দ্বিতীয় ষান্মাসিক" শ্রাদ্ধগী মচা মগুনা পীরকপা পিণ্ডন-চিংবত্তু অমুক চাই ॥৭৮॥

মতুদগী অমুক চংলকপনা চহি অমা কায়কলবা মতমদা "সীতাড্যাপুর" কৌবা নগরবু য়োই। মফম অদুদি ঙন্দগী শরুক চাম হেন্না ই'বা "মহ.শীত" কৌবা অইংবনা ওই ॥৭৯॥

মফম অদু য়োরবদা ইংমনখিবনা য়াম্না বানা অমদি মবুক লাম্বনা য়ারবা চোকথরবা ওইদুনা প্রেত অদুনা মাইকৈ তরাদা কোইনা য়েংই। করাগুবা মকুপ-মপাং অমতং কৈ.রমদুনা ঐগী অরাব'স কোকপিরবদি অদুয়া থম্নুনা মাইকৈ তরাদা কোইয়েং য়েংই ॥৮০॥

মতম অদুদা যমদুতশিংনা হায়রকই ঃ—ওহোকপনি নংগী অদুগুবা পুণ্য অদু করাইদগী লাকনি, নংনদি তৌখিদবনা নংবু চাকপিনবা লৈরোই। মতম অ'সদা থা তরানিথোইগী পীরকপা পীরকপা পিণ্ড অদু চারগা থয়া ইংথবা তপথবা কংই ॥৮১॥

ততঃ সংবৎসরস্যান্তে প্রত্যাসন্নে যমালয়ে।
বহুভীতিপুরে গত্বা হস্তমাত্রং সমুৎসৃজেৎ ॥৮২॥

অঙ্গুষ্ঠমাত্রো বায়ুশ্চ কর্ম্মভোগায় খেচর।
যাতনাদেহমাসাদ্য সহ যাম্যৈঃ প্রজাতি চ ॥৮৩॥

ঔর্দ্ধদৈহিক দানানি যৈর্ন দত্তানি কাশ্যপ।
এবং কষ্টেন তে যান্তি গৃহীতা দৃঢ়বন্ধনৈঃ ॥৮৪॥

ধর্ম্মরাজপুরে সন্তি চতুর্দ্বারাণি খেচর।

---

মতো অসুর ভোনা চ'ষ অমা হায়বহু কায়বদা যমালয় মন'ক্ত "বহুভীতি" কোয়া পুন্দা প্রেত অহুনা পিণ্ডনা লাবা থুহুপ অমা লাংবা হকচাং অছয়ু থাদোকই ॥৮২॥

হে গরুড় পুরীমুক্তা চাওবা মুংশিৎকি মণক ওইবা অহুণ্ডবা জীবাত্মা ( থরাই ) অহুনা মশানা ভোথিবা কর্ম্মগী মহৈ চাবদা মতিক চারবা হকচাং অমা কংলপা যমদুতশিংপা লোইননা যম-লোকতা চৎলি ॥৮৩॥

হে গরুড় অহুণ্ডবা মীশক অহুনা পয়ালোকীদমক ঔর্দ্ধদৈহিক দানবু ( শিগ্রাগা কংলুগদবা হকচাংশীদমক্তা ভোঝা দানবু ) ভোগ্রবা মীশক অহুদি অসিণ্ডবা অবাবক্তনা অকা অপুমবগা লোইননা যমলোকতা চৎলি ॥৮৪॥

ধর্ম্মরাজ যমগী পুমদা থোং মরি কাংলি, মহুগী মহুংদা গরুড় নত্তোন্দা মথা থংবা থোংগী মমমদা ঐনা তাকলিবলিনি হায়বলি ধর্ম্ম-কর্ম্ম ভোদবশিং অহুদি যমগী মথাথংবা থোংদা লাকনি ॥৮৫॥

তত্রায়ং দক্ষিণদ্বার মার্গস্তে পরিকীর্তিতঃ ॥৮৫॥
অস্মিন্ পথি মহাঘোর ক্ষুত্তৃষাশ্রম পীড়িতাঃ।
যথা যান্তি তথা প্রোক্তং কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥৮৬॥

ইতি শ্রীসারোদ্ধারে গরুড় পুরাণে যমমার্গ
নিরূপণে দ্বিতীয় অধ্যায়ঃ ॥॥

---

অসিগুম্বা ধর্ম্মরাজ যমগী মথাখৎবা থোংদা লাকলিবা পাপ-চেনখলিংগী লম্বীশিদি মাম্ম। অমাম থোরাংবগী অবাবা অকি-অথংবা ছিল্লবা লম্বীনি মশিন্ ঐবা গরুড় নত্তোম্বা। খর্মন্ তৌরে হায়রে, হৌজিক নং অমুক কম্রি তাদিংলিবগে ॥৮৬॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরানগী প্রেতকল্পগী শরুক অহৈবা যমমার্গ নিরূপণ্ণা অসিগুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# অথ তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ

**গরুড় উবাচ :—**

**যমমার্গমতিক্রম্য গত্বা পাপী যমালয়ে।**

**কীদৃশীং যাতনাং ভুংক্তে তন্মে কথয় কেশব ॥১॥**

**শ্রীভগবানুবাচ :—**

**আদ্যন্তং চ প্রবক্ষ্যামি শৃণুষ্ব বিনতাত্মজ।**

**কথ্যমানেপি নরকে ত্বং ভবিষ্যসি কম্পিতঃ ॥২॥**

**চত্বারিংশদ্যোজনানি চতুর্যুক্তানি কাশ্যপ।**

**বহুভীতিপুরাদগ্রে ধর্ম্মরাজপুরং মহৎ ॥৩॥**

---

গরুড়না হায় :—

হে কেশব অদুগুম্বা পাপচেনবশিং অদুমা শাংলবা যমগী লম্বীদু লাম্থোক্লগা যমালয়দা য়ৌরবা মতমদা করম করম্বা অবা-অনাবু খংবগে মদু ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥১॥

শ্রীভগবানা হায় :—

হে বিনতাগী মচানুপা গরুড় হৌজিক ঐনা নরকী অবাবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা হায়গে তাও তোইগুম্বসুং নরক হায়বসি মায়া অকিবগী মশকনি অদুনা মদুবু হায়বা তাবগা নংসু কিবনা নিকনি ॥২॥

হে গরুড় " বহুভীতি " কৌবা নগরদগী চৎলগা ধর্ম্মরাজগী চাওরবা নগর লৈ, নগর অসি মরাক ময়ুংদা যোজন নিফুমরি চাওই ॥৩॥

হাহাকার সমাযুক্তং দৃষ্ট্বা ক্রন্দন্তি পাতকী।
তৎক্রন্দিতং সমাকর্ণ্য যমস্য পুর চারিণঃ ॥৪॥

গত্বা চ তত্র তে সর্ব্বে প্রতীহারং বদন্তি হি।
ধর্ম্মরাজ প্রতীহারস্তত্র তিষ্ঠতি সর্ব্বদা ॥৫॥

স গত্বা চিত্রগুপ্তায় ব্রূতে তস্য শুভাশুভম্।
ততস্তং চিত্রগুপ্তোপি ধর্ম্মরাজং ন্যবেদয়ৎ ॥৬॥

নাস্তিকা যে নারাস্তার্ক্য মহাপাপরতাঃ সদা।
তাংশ্চসর্ব্বান্ যথাযোগ্যং সর্ব্ব জানাতি ধর্ম্মরাজ ॥৭॥

---

ধর্ম্মরাজ যমগী পুর অদুদা পাপীশিংনা কপ-লাওবগী খোজেলনা নিঙ্গিবন্থ তারগা অমদি উরগা পাপ্ তৌরবা প্রেত অদুনা কিবনা লাও-খোংই কপই, মখোইগী কপ-লাওরিবহু তারগা যমগী নৈবাক্তা কোইচৎ চৎলিবা ॥৪॥

যমগী দূতশিং অদুনা খোংজাক্লিবশিংদা হায়, কবিদগীনো হায়বদা ধর্ম্মরাজগী খোংজাকপশিং অদুদি মতম পুম্নমক্তা মাগী মাগী মফম থাদোক্তনা লৈ ।৫।

অদুবগী খোংজাকপশিং অদুনা চিত্রগুপ্তগী নাক্তা চত্তুনা হায়, চিত্রগুপ্তনা মখোইগী অক-কত্ত কর্ম্ম পুম্নমক যমরাজদা অমুক হন্দংলি ।৬।

হে গরুড় অদুগুম্বা ঈশ্বরবু থাজদবা নাস্তিক ওইবা মীশক ১সুং মতম পুম্নমক্তা পাপকী থবক্তা পুকনিং চংবমচিংবা পুম্নমক অদুগী মতিক চাবা পুম্নমক্তু ধর্ম্মরাজনা খংই ॥৭॥

তথাপি চিত্রগুপ্তায় তেষাং পাপং স পৃচ্ছতি।
চিত্রগুপ্তোপি সর্ব্বজ্ঞঃ শ্রবণান্ পরিপৃচ্ছতি॥ ৮॥
শ্রবণা ব্রহ্মণঃ পুত্রাঃ স্বর্ভূপাতাল চারিণঃ।
দূরশ্রবণ বিজ্ঞানাদ্দূরশ্রবণ চক্ষুষঃ॥ ৯॥
তেষাং পত্ন্যস্তথাভূতাঃ শ্রবণ্যঃ পৃথগাহ্বয়াঃ।
স্ত্রীণাং বিচেষ্টিতং সর্ব্বতাশ্চ জানন্তি তত্ত্বতঃ॥ ১০॥
নরৈঃ প্রচ্ছন্ন প্রত্যক্ষং যৎপ্রোক্তং চ কৃতং চ যৎ।
সর্ব্বমাবেদয়ংত্যেব চিত্রগুপ্তায় তে চ তাঃ॥ ১১॥

---

অচুম অরান ম্নক-কণ্ড পুন্নমক অহু ধর্ম্মর জনা কন থংহনস্থ চিত্রগুপ্তদা মখোই মখোইগী পাপশিং অহু হংই অমস্থং পুন্নমক থংলবা চিত্রগুপ্তনস্থ "শ্রবণ" কৌবা ব্রহ্মাগী মচাশিংদা অমুক হংই॥ ৮॥

শ্রবণ কৌবা ব্রাহ্মণশিং অসি ব্রহ্মাগী মচাশিংনি, মখোই অসি স্বর্গ, মর্ত্ত, পাতাল কৌবা ময়োল অহুম অসি শিন্থংনা কোইনা চৎলি, অথাপ অথাপ্পা ব পাওবু থংই ত্তাই হায়বগী দমক মখোইগী মমিং শ্রবণ কৌগ্নিবনি॥ ৯॥

মখোইশিং অসিগা চপ মান্নবা মখোইগী মুপী কয়াস্থ লৈ, মখোইগী মমিংস্থ "শ্রবণী" কৌই, হায়রিবা মুপীশিং অসিস্থ ময়োল অহুম্বাশিংদা হেক তৌরিবা থবক অচুম অয়ান পুন্নংক থংই॥ ১০॥

অহনা মীওইবনচিংবনা জগৎ অসিদা হেক তৌরিবা থবক পুন্নমক তাংলিবা য়া পুন্নমক অহু মখোইনা থংবনিনা মখোইগী মমিংনা উবা মনানা তাবনচিংবহু চিত্রগুপ্তদা হায়॥ ১১॥

চরান্তে ধর্ম্মরাজস্য মনুষ্যাণাং শুভাশুভম্ ।
মনোবাক্কায়জং কর্ম্ম সর্ব্বং জানন্তি তত্ত্বতঃ ॥ ১২ ॥
এবং তেষাং শক্তিরস্তি মর্ত্ত্যাধিকারিণাম্ ততঃ ।
কথয়ন্তি নৃণাং কর্ম্ম শ্রবণাঃ সত্যবাদিনঃ ॥ ১৩ ॥
ব্রতৈর্দানৈশ্চ সত্যোক্ত্যা যস্তোষয়তি তান্নরঃ ।
ভবন্তি তস্য তে সৌম্যাঃ স্বর্গমোক্ষপ্রদায়িনঃ ॥ ১৪ ॥
পাপিনাং পাপকর্ম্মাণি জ্ঞাত্বা তে সত্যবাদিনঃ ।
ধর্ম্মরাজ পুরঃ প্রোক্তা জায়ন্তে দুঃখ দায়িনঃ ॥ ১৫ ॥

---

হায়রিব ব্রহ্মাগী মচা শ্রবণশিং অসি ধর্ম্মরাজগী দূত ওাক্কনি, মখোই অসিনা খ দবা উদবা লৈতে, পুকনিংনা খন্ডাংনা, হকচা না তৌরিবা মীওইবগী কর্ম্ম পুম্নমক মখোইনা খংদবা লৈতে, নিংথিনা খংই ॥ ১২ ॥

মী নই পুম্নমকনা হেক তৌরিবা কর্ম্ম পুম্নমকপু খংবা মখোইগী শক্তি অচৌ মখোইদা লৈ, মরম অসিনা ওইদবা য়া ঙাংজবা অচুম্বা ঙাংলবা শ্রবণশিং অসিনা চিত্রগুপ্তদা মীনা হেকতৌরিবা থবক পুম্নমক হায়রিবনি ॥ ১৩॥

ব্রত তৌব, দান তৌবা, অচুম্বা ঙাংবশিং অদুবু শ্রবণশিংনা হয়াওই, খুংঙাই মখোই অদুদা অপেনবা খুডাইবা ওইহনা স্বর্গ কাবা মোক্ষ ফংবনচিংবা খুডম পী হায়রদি ব্রত দাম্নচিংবা তৌব শ বু স্বর্গনচিংবা খুডম ফংহল্লি ॥ ১৪ ॥

প পকি থবক তৌবশিংগীদি অচুম্বা ঙাংবা শ্রবণশিং অসিনা মা মাগী মতিকচাব অয়াবা পীবা হায়বচু ওইবনা পাপচেনবশিংগীদি অয়াবা পীবা হায়বচু শ্রবণশিং অসিনা ওইরে ॥১৫॥

আদিত্য চন্দ্রাবনিলোনলশ্চ দ্যৌর্ভূমিরাপো হৃদয়ং মনশ্চ ।
অহশ্চ রাত্রিশ্চ উভে চ সন্ধ্যে ধর্ম্মশ্চ জানাতি নরস্য বৃত্তং ॥ ১৬ ॥

ধর্ম্মরাজশ্চিত্রগুপ্তঃ শ্রবণা ভাস্করাদয়ঃ ।
কায়স্থং তত্র পশ্যন্তি পাপং পুণ্য চ সর্ব্বশঃ ॥ ১৭ ॥

এবং সুনিশ্চয়ং কৃত্বা পাপিনাং পাতকে যমঃ ।
আহুয়তাম্নিজং রূপং দর্শয়ত্যপি ভীষণম্ ॥ ১৮ ॥

পাপিষ্ঠাস্তে প্রপশ্যন্তি যমরূপং ভয়ঙ্করম্ ।
দণ্ডহস্ত মহাকায়ং মহিষোপরি সংস্থিতম্ ॥ ১৯ ॥

---

শ্রবণশিং অসিত্তা নত্তনা সূর্য্য, চন্দ্র, নুংশিৎ, মৈ, আকাশ, পৃথ্বী, ঈশিং, থমোই, লুকশিং, অহিং, নুংথিল, সন্ধ্যা অমি ধর্ম্ম কৌবা লাই মখোইশিং অসিনু থৱাইপানবশিংনা হেক তৌরিবা, তাংলিবা পুন্নমকপু থংই, উই, তাই ॥ ১৬ ॥

মরম অসিনা ধর্ম্মরাজ যম, চিত্রগুপ্ত, সূর্য্যনচিংবা মথক্তা হায়প্লিবা লাই তরাহুমদোই, শ্রবণশিং পুন্নমকনা জীবগী মশাদা দৈবা পাপ পুন্নমক, পুণ্য পুন্নমক উই থংই ॥ ১৭ ॥

অমুম ওইনমক যমরাজনা পাপচেনবশিংবু মাগী মাগী পাপকি মতিকচাবা পিগদবা দণ্ডিবু কেপ্পগা, মহাকী মনাক্তা পাপচেনবা-শিংবু কৌশিল্লগা অকিবনা থল্লবা মশাগী অকিবা রূপ হায়বদি যমগী অকিবা মশকপু উহল্লি ॥ ১৮ ॥

পাপচেনবশিং অচুনা যমগী মশক অহু উরগা য় ম্না কি, খুত্তা দণ্ড পায়, হকচাং অহ মাপ্পা চাও পাংই, ইরোই থয়োবী তোংই ॥ ১৯ ॥

প্রলয়াম্বুদনির্ঘোষং কজ্জলা চ লসন্নিভম্ ।
বিদ্যুৎ প্রভায়ুধৈর্ভীমৈঃ দ্বাত্রিংশদ্ভুজ সংযুতম্ ॥ ২০ ॥
যোজনত্রয়বিস্তারং বাপীতুল্যবিলোচনম্ ।
দংষ্ট্রাকরালবদনং রক্তাক্ষং দীর্ঘনাসিকম্ ॥ ২১ ॥
মৃত্যুজ্বরাদিভির্যুক্তশ্চিত্রগুপ্তোপি ভীষণঃ ।
সর্ব্বে দূতাশ্চ গর্জ্জন্তি যমতুল্যাস্তদন্তিকে ॥ ২২ ॥
তং দৃষ্ট্বা ভয়ভীতস্তু হাহেতি বদতে খলঃ ।
অদত্তদানঃ পাপাত্মা কম্পতে ক্রন্দতে পুনঃ ॥ ২৩ ॥

---

প্রলয়গী মতমদা নোংমা থাক-লাওবা গুংবগুম ওংই, মিক্তা হাপনবা মুরবা কাজলগী মচৈগুম মুয়বা কুচুনি ; নোংথাংগুম লংলবা খুজু-খুৎলাই পায়রবা অকিবগী মশক ফংলবা পাথোম কুন্থ্রানিথোই পাকি ॥ ২০ ॥

ধর্ম্মরাজগী চাওরবা হকচাংদু যোজন অহুম বাংচাওই, মিৎনা অতাও অকৈনা য়েংবগুম্বা মিৎয়েংনা, য়েংবদা অকিবা-ফাংলবা মায়খৈনি, মিং তাংশং ওংই নাতোমা চাওখাংলব মওংনি ॥২১॥

মতৌ অসিগুম্বা অকিবগী মশক ফংলবা চিত্রগুপ্তনি, মৃত্যু কৌবা লাই ( অশিবা ) জ্বর কৌবা লাই ( অনা-অয়েক ) হায়বদি অশিবা অনাবা পীরিবা লাইশিংনা মনাক্তা ইকোই কোইশিন্না লৈরিবনি, যমরাজগা চপ মান্নবা মথোই পুম্নমক্তু লাও-খোঙলি ওংলি ॥ ২২ ॥

দান তৌদ্রবা, অফবা কর্ম্ম তৌদ্রবা মীশক পাপচেনবমুদি অদুগুম্বা যমরাজ অমদি চিত্রগুপ্তবু উয়গা য়াম্না অকিবা ওই, কিবনা মশাদু থক থক নিকই অমম্মুং কপ লাওই ॥ ২৩ ॥

ততো বদতি তান্ সর্ব্বান্ ক্রন্দমানাংশ্চ পাপিনঃ।
শোচন্তঃ স্বানি কর্ম্মাণি চিত্রগুপ্তো যমাজ্ঞয়া ॥ ২৪ ॥
ভো ভো পাপা দুরাচারা অহঙ্কার প্রদূষিতাঃ।
কিমর্থমর্জ্জিতং পাপং যুষ্মাভিরবিবেকিভিঃ ॥ ২৫ ॥
কাম ক্রোধাদ্যুৎপন্নং সঙ্গমেন চ পাপিনাম্।
তৎ পাপং দুঃখদং মূঢ়াঃ কিমর্থং চরিতং জনাঃ ॥ ২৬ ॥
কৃতবন্তঃ পুরা যূয়ং পাপান্যত্যন্তহর্ষিতাঃ।
তথৈব যাতনা ভোগ্যাঃ কিমিদানীং পরাঙ্মুখাঃ ॥ ২৭ ॥
কৃতবন্তঃ পুরা যুয়ং পাপান্যদুঃখস্য কারণং বয়ং জনাঃ ॥২৮॥

---

অশুম্না কপলিবা পাপচেনবা, মশা মশানা তৌজখিবা কত্তবা কর্ম্মবু নিংশিংলিবা অচুম্বা পাপচেনবশিংদা যমগী য়াথংদগী চিত্রগুপ্তনা হায়রকই ॥ ২৪ ॥

হে পাপচেনবা, লমচৎ কত্তবা, তৌরোইদবগী তৌবা, নাপল চাওবশা, নখোইনা অক-কত্ত ব থল ইথন থম্মদনা কত্তবা থবক্তা তৌদুনা কনি ময়মদগী পাপকি মপৈবু তুংশিন্নরিবা ॥২৫॥

হে অপংবশা ! অপাম্বা অমত্তং অশাওবদগী ওইবা, অমদি পাপচেনবশিংগা তিন্নরুবদগী ওইবা, অৱাবতগী মশক ওইবা "পাপ" হায়বদি নখোইনা করম্না তৌরুরিবনো ? ॥ ২৬ ॥

নখোইনা মাম্ম হৱাওবা সুত্তাইবগা লোইননা পাপ তৌরিবা অচুম্মদনা হৌজিক্তি মতুগী মতে ওইনা, মতুনা পীবা অৱাবা কংগদবনি, মাংসদা করিগী নমাই লৈখোক্কদগে ॥ ২৭ ॥

নখোইনা তৌজখিবা পাপশিং অদুনা নখোইবু অৱাবা কংহনবতনি. হায়বদি ঐখোইনা নখোইবু অৱাবা পীবা নত্তে নশানা তৌখিবা পাপ অদুনা নশাদা অৱাবা পীরক্তনি ॥ ২৮ ॥

মূর্খেপি পণ্ডিতে বাপি দরিদ্রে বা শ্রিয়ান্বিতে।
সবলে নির্ব্বলে বাপি সমবর্ত্তি যমঃ স্মৃতঃ ॥ ২৯ ॥
চিত্রগুপ্তস্যেতি বাক্যং শ্রুত্বা তে পাপিনঃ সদা।
শোচন্তঃ স্বানি কর্ম্মাণি তুষ্ণীং তিষ্ঠন্তি নিশ্চলাঃ ॥ ৩০ ॥
ধর্ম্মরাজোপি তান্ দৃষ্ট্বা চৌরবন্নিশ্চলান্ স্থিতান্।
অজ্ঞাপয়তি পাপানাং শাস্তিং চৈব যথোচিতাম্ ॥ ৩১ ॥
ততস্তে নির্দয়া দূতাস্তাড়য়িত্বা বদন্তি চ।
গচ্ছ পাপিন্ মহাঘোরান্নরকানতিভীষণাম্ ॥ ৩২ ॥
যমাজ্ঞাকারিণো দূতাঃ প্রচণ্ড চণ্ডকাদয়ঃ।
একপাশেন তান্বদ্ধা নয়ন্তি নরকান্ প্রতি ॥ ৩৩ ॥

---

ধর্ম্মরাজ যমদি, মূর্খ ওইশস্থু, পণ্ডিত ওইশস্থু, লাইরশস্থু, হৈনাকথুনশস্থু, পাঙ্গল কমশস্থু, শোনশস্থু চপমান্নবা য়েংলিবনি ॥ ২৯ ॥

চিত্রগুপ্তগী অসিগুম্বা ৱাহৈস তবদা, পাপীশিংহুনা তুমিন তুমিন্না মা-মানা তৌখিবা ফত্তবা কর্ম্মাশিং অদু নিংশিংহুনা ঙম্মুনা চপ লেপতুনা লৈখি ॥ ৩০ ॥

ধর্ম্মরাজস্থ হুরানবগুম চপ লেপ্তুনা লৈরিবা পাপচেনবশিং অদুবু মাগী মাগী পাপক মতুংইন্না দণ্ড পীনবগীদমক অদুগুম্বা দুতশিং অদুদা য়াথং পী ॥ ৩১ ॥

মতম অদুদা মীনুংশি থংত্রবা যমদূত অদুনা য়ৈ-চৈদুনা পাপ চেনবশিং অদুদা হায়, হে পাপচেনবা হৌজিক নংনা নংমা তৌজবিবগী মতুংইন্না অকিবগী মশক যংলবা নরকতা চৎলো। ॥৩২॥

অদুম্মা হ'য়রদুনা যমগী দূত প্রচণ্ড কৌবা চণ্ডক কৌবা দুতশিংনা, যমরাজগী য়াথং মতুংইন্না শউনথোরীনা পুম্নদুনা পাপীশিংবু নরকতা পুই ॥৩৩॥

তত্র বৃক্ষো মহানেকো জ্বলদগ্নি সমপ্রভঃ ।
পঞ্চযোজন বিস্তীর্ণ একযোজনমুচ্ছ্রিতঃ ॥ ৩৪ ॥
তদ্ বৃক্ষে শৃঙ্খলৈর্বদ্ধাঽধোমুখাস্তাড়য়ন্তি তে ।
রুদন্তি জ্বলিতাস্তত্র তেষাং ত্রাতা ন বিদ্যতে ॥ ৩৫ ॥
তস্মিন্নেশাল্মলীবৃক্ষে লম্বন্তেঽনেক পাপিনঃ ।
ক্ষুৎপিপাসা পরিশ্রান্তা যমদূতৈশ্চ তাড়িতাঃ ॥ ৩৬ ॥
ক্ষমধ্বং ভোপরাধং মে কৃতাঞ্জলিপুটা ইতি ।
বিজ্ঞাপয়ন্তি তান্দূতান্ পাপিষ্ঠাস্তে নিরাশ্রয়াঃ ॥ ৩৭ ॥

---

মফম অদুদা চাওরবা উপাম্বী অমা লৈই মচু অচাকপা মৈগা মারৈ, যোজন মঙা পাক চাওনা শম্লোকই যোজন অমা য়াংই ॥৩৪॥

উ অদুদা পাপীশিংবু য়োংহন্‌জিংনা পুন্দুনা মথক মথা ওইনা য়াল্লগা হায়বদি মখোংনা মথক মকোন্না মথাখংনা হাল্লগা থৈ-চৈদুনা লাক্লমি, অদুগা উ অদুগী মৈশানা চাকদুনা অরাবা ফংলিবা অদুদগী কয়বানবা কনানু লৈতে ॥৩৫॥

অদুগুম শাল্মলী (চৌংমু) পাম্বী অদুদা পুন্দুনা লৈমিবা অদুকমাবা পাপচেমবশিং অদু অরাম খৌয়াংবনদু খোইদোন্না যারবদা য দূতশিং অদুনসু অমুকা কু চৈদুনা লাক্লমি ॥৩৬॥

মতম অদুদা চংজকম লৈরবা পাপচেমবশিং অদুনা মখুৎ লোমদুনা যমদূতশিংদা হায়জরি, হে যমদূতশা ঐখোয়গী অপরাধ অদু থাকপীয়ু. ঐখোই অমুকহন্না পাপ তৌজররোই ॥৩৭॥

পুনঃ পুনশ্চ তৈর্দূতৈর্হন্যন্তে লোহযষ্টিভিঃ।
মুদ্গরৈস্তোমরৈঃ কুন্তৈর্গদাভির্মুশলৈর্ভৃশম্ ॥ ৩৮ ॥
তাড়নাশ্চৈব নিশ্চেষ্টা মূর্চ্ছিতাশ্চ ভবন্তি তে।
তথা নিশ্চেষ্টিতান্ দৃষ্ট্বা কিঙ্করাস্তে বদন্তি হি ॥ ৩৯ ॥
ভো ভো পাপাঃ দুরাচারাঃ কিমর্থম্ দুষ্টচেষ্টিতম্।
সুলভানি ন দত্তানি জলান্যন্নান্যপি কচিৎ ॥ ৪০ ॥
গ্রাসার্দ্ধমপি নো দত্তং ন শ্ববায়সয়োর্ব্বলিম্।
নমস্কৃতা নাতিথয়ো ন কৃতং পিতৃতর্পণম্ ॥ ৪১ ॥

---

যমদূতশিংনা মখোয়না হায়রে হায়বদুমক্তাই দূতশিংনদি মখোয়দা য়োংবী চৈনা, মুদগর কৌবা খুৎলাইনা তোমর কৌবা কুন্ত কৌবা খুৎলাইনা গদানা, মুসল কৌবা খুৎলাইনা হনা হনা রৈষি ॥ ৩৮ ॥

অসুম্না মুবদগী—পাপীশিংঅদু নিংশিংবা লৈতনা য়াম্বি, অসুম্না বংহুরিবশিং অদু য়েংলদুনা যমদূতশিংনা মখোয়দা হায়বি ॥৩৯॥

হে পাপচেনবশা হে কত্তবক্তা তৌবশা নখোয়না অদুগুম্বা কক্কবা থবকশু করিগী তৌরিবনো, নখোয়না করিগুম্বদসু চাক, ঈশিংনচিংবগী দানদি কনাদসু তৌখিদেদো, হায়রিবা দান অসিদি থোইদোক্না কমগুমজবা দাম্বি ॥ ৪০ ॥

নখোইনদি, চাক চখোম অমা কাওবা কমাগুম্বদা দান্ তৌখিদে, ক্বাক হুইনচিংবগী বলি (পিণ্ড-পীথক) সু তৌখদে করিগুম্বদসু অতিথিশিংদা পিজ-পিৎক তৌখিবসু টৌদে অমসুং পিতৃলোকীনদক পেন্নবা তর্পণচংদসু তৌখিদে ॥ ৪১ ॥

যস্মাচ্চিত্রগুপ্তস্য ন কৃতং ধ্যানমুত্তমম্ ।
ন জপশ্চ তপোমন্ত্রো ন ভবেত্তে ন যাতনা ॥ ৪২ ॥
নাপি কিঞ্চিৎ কৃতং তীর্থ পুজিতা নৈব দেবতাঃ ।
গৃহাশ্রমস্থিতেনাপি হন্তকারোপি নোদ্ধৃতঃ ॥ ৪৩ ॥
শুশ্রূষিতাশ্চ নো সন্তো ভুঙ্ক্ষ পাপফলং স্বকম্ ।
যতস্ত্বং ধর্ম্মহীনোসি ততঃ সন্তাড্যতে ভৃশম্ ॥ ৪৪ ॥
ক্ষমাপরাধং কুরুতে ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ ।
বয়ং তু সাপরাধানাং দণ্ডদাহি তদাজ্ঞয়া ॥ ৪৫ ॥
এবমুক্ত্বা চ তে দূতা নির্দ্দয়ং তাড়য়ন্তি তান্ ]
জ্বলদঙ্গার সদৃশাঃ পতিতাস্তাড়নাদধঃ ॥ ৪৬ ॥

---

করিগুম্বদম্ যমরাজ অমদি চিত্রগুপ্তপু পেম্বা ধ্যানচিংবম্ তৌদে যমরাজ অমদি চিত্রগুপ্তপু নামবু জপ তৌদ্রবা তসি নখোইনা কংলিবা অয়াবসিদগী কোন্নবম্ তৌখিদে। অদুগ' তৌফম্নবদি অয়াবশিদগী কোকচগদবনিদো ॥ ৪২ ॥

করিগুম্বদম্ তীর্থস্নানচিংবম্ তৌখিদে, দেবতা অমত্তবুম্ পূজা তৌদে অমসুং গৃহস্থাশ্রম ( য়ুম পানবগী আশ্রম ) দা লৈদুনম্ জীবশিংদা বলি ( পীজ-পিথক ) তৌখিদে ॥ ৪৩ ॥

নংনদি অমবা মীশক সাধুশিংগী পূজাসু তৌদেদো মম্বম অসিদগী নংনা তৌরবা পাপকী ফল নংনা চাজবনি, ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌদ্রবা নংনি অদুনা নংবুদি ঐখোইনা য়ৈ-চৈপনি ॥ ৪৪ ॥

পুরমকী মবুদেও শ্রীহরি ভগবান্দি অপরাধ খিবিকপু [illegible]নি, ঐখোইদি যাদী রাথংদগী মরাল লৈবশিংদা দণ্ড [illegible] ॥

[illegible] যমদূতশিংনা য়াম্না হু-শিংদৈহনবা পাপীশিং

পতনাত্তস্য পংশ্চ পাত্রচ্ছেদো ভবেত্ততঃ।
তানধঃ পতিতান্ শ্বানো ভক্ষয়ন্তি রুদন্তি তে ॥ ৪৭ ॥
রুদন্তস্তে ততো দূতৈর্মুখমাপূর্য্যরেণুভিঃ।
নিবধ্যে বিবিধৈঃ পাশৈর্হন্যন্তে কেপিমুদ্গরৈঃ ॥ ৪৮ ॥
পাপিনঃ কেপি ভিদ্যন্তে ক্রকচৈঃ কাষ্ঠবৎ দ্বিধা।
ক্ষিপত্বা চান্তে ধরাপৃষ্ঠে কুঠারৈঃ খণ্ডশঃ কৃতাঃ ॥ ৪৯ ॥
অর্দ্ধংখাতাহবটে কেচিৎভিদ্যন্তে মূর্দ্ধিসায়কৈঃ।
ভূপরে যন্ত্রমধ্যস্থাং পীড্যন্তে চেক্ষুদণ্ডবৎ। ৫০ ॥

---

অদুবু ফুই অমসুং মৈতান অচাকপশুম শারবা, কুহাশুম সুরবা নেমলবা মকমদ ইস্লে। ৪৬ ॥

ভুরবা মতমহুদা শাল্মলী (চৌশু) গী মনা কেরাকপনা মশাদা থেংবদ থাংনা য়ানবশুম কৎথৎলি তুপথৎলি। মখায়োম-দগীনা হুইবু চৌকহল্লি মথক্তগীনা য়াহৎলি তুপথৎলি-হুনা খোই-রোক্লা কপ লাওখি ॥ ৪৭ ॥

পাপীশিংনা কপ লাওবিবা মঙা অদুদা মতুতশিংনা উকুল ইনশিল্লি অমসুং অউন থোরিনা পুনসি। মসুত অমনা মুদগর কোবা খুৎলাইন ফুই ॥ ৪৮ ॥

কনাগুম্বা পাপচেনবা অমবুনা মতুতনা উগী মতোগুম্বা হোয়াইনা মতুপ অনি থোক্লা শাদোকই, অদুগা কনাগুম্বা পাপী অমবুনা লৈবাক্তা উপাক থাম্বা হিপথলগা শিংজংনা পীংখায়বশুম মতুপ মতুপ য়ানখৎল মকথৎলি ॥ ৪৯ ॥

কনাগুম্বা পাপচেনববুনা লৈপাক্তা ইস্তুবগা মকোক্তা তেনা কক্ই, অতোপ্পা কনাগুম্বা পাপীবুনা চুগুমবা কোনুদা চুগুমগুম ইনদিঙ্কুনা অৱাবা পী॥ ৫০ ॥

কেচিৎ প্রজ্বলমানৈস্তু সাঙ্গারৈঃ পরিতো ভৃশম্ ।
উল্মুকৈর্বেষ্টয়িত্বা চ ধ্মায়ন্তে লোহপিণ্ডবৎ ॥ ৫১ ॥
কেচিৎ ঘৃতময়ে পাকে তৈলপাকে তথাপরে
কটাহক্ষিপ্তবটবৎ প্রক্ষিপ্যন্তে যতস্ততঃ ॥ ৫২ ॥
কেচিন্মত্তগজেন্দ্রাণাং ক্ষিপ্যন্তে পুরতঃ পথি।
বধ্বা হস্তৌ চ পাদৌ চ ক্রিয়ন্তে কেপ্যধোমুখাঃ ॥ ৫৩ ॥
ক্ষিপ্যন্তে কেপি কূপেষু পাত্যন্তে কেপি পর্ব্বতাৎ ।
নিমগ্নাঃ কৃমিকুণ্ডেষু ভুজ্যন্তে কৃমিভিঃ পরে ॥ ৫৪ ॥
বজ্রতুণ্ডৈর্মহাকাকৈগৃধ্রৈরামিষগৃধ্নুভিঃ ।
নিষ্কৃষ্যন্তে শিরোদেশে নেত্রে বাস্ত্যে চ চঞ্চুভিঃ ॥ ৫৫ ॥

---

কনাগুম্বা পাপী অমযুনা চাক্লবা লৈতোন য়াওবা শীং মৈহুম্না কোইশিন্নগা য়েৎ মতুম মৈ ইকপণ্ডম লাকনৈ ॥ ৫১ ॥

কনাগুম্বা পাপচেনবা অমযুনা লৈরম্মথক্তা থাংদা ত্রং ক্রং শোনা শান্নবা যীদা চানবা পোৎ চৌবগুম্ব চৌই অমম্মং কনাগুম্বা পাপচেনবা অমযুনা অশাবা থাওদা বোড়া চৌবগুম্বা থাদহুনা অম্বাবা পী ॥ ৫২ ॥

অতোপ্পা পাপচেনবা কনাবুনা লম্বীদা চৎপা শামূমী মমাংদা থম্লগা শামূমী অচৌবা মখোংবু নেৎথাইহল্লি, অতুগা কনাগুম্বা পাপচেনবা অমযুনা মখোং মখূৎ পুনশিন্নগা মমাই লুকথহন্নগা লৈপাক্তা চিং শোন্দুনা শাম্নৈ ॥ ৫৩ ॥

কনাবুনা লুখবা কুহাদা ইস্থৈ, কনাবুনা খংলবা চীংদগী থাদৈ, কনাবুনা তীম্না থম্লবা কোমদা ইস্থৈ, মকম অতুদা তান্নংবদা থাইুকৈ মন্নিদমী তীলশিংনা চীকই ॥ ৫৪ ॥

কনাগুম্বা পাপীশিংগী মমিত্তা, মকোক্তা, মমাইদা, মকোক মমাই লৈনা পান্নবা চাওম্ব চংওবা কাকশিংনা অমদি অতুম

ঋণং বৈ প্রার্থয়ন্ত্যন্যে দেহি দেহি ধনং মম।
যমলোকে ময়া দৃষ্টৌ ধনং মে ভক্ষিতং ত্বয়া॥ ৫৬॥
এবং বিবদমানানাং পাপিনাং নরকালয়ে।
ছিত্বা সন্দংশকৈর্দূতা মাংসখণ্ডান্ দদন্তি চ॥ ৫৭॥
এবং সন্তাড্য তান্ দূতাঃ সংকৃষ্য যমশাসনাৎ।
তামিস্রাদিষু ঘোরেষু ক্ষিপ্যন্তে নরকেষু চ॥ ৫৮॥
নরকা দুঃখবহুলাস্তত্র বৃক্ষ সমীপতঃ।
তেষ্বস্তি যন্মহদ্দুঃখং তদ্বাচামপ্য গোচরম্॥ ৫৯॥

---

কনাগুম্বা পাপচেনবা অমদন অতোপ্পা কনাগুম্বা পাপচেনবা অমনা মরন তোনখিবা থোরি, ঐগী ইরন পীয়ু, নংমু ঐনা হৌজিক যমলোক অসিদা উরে, নংনা ঐগী ইরন অদু লৌখ্রগা শিংখিদবনি॥ ৫৬॥

মতৌ অসুম্বা নরক কুণ্ডদা লৈনা লৈনা খৎনরিবা পাপচেনবশিং অদুগী মশাদগী যমদূতশিংনা মশা শদোং অদু কক্কনা "শে নংগী নরন অদুগীদমক মসি লৌরো" হায়দুনা পী॥ ৫৭॥

মতৌ অসুম্বা যমদূতশিংনা মশাগী শদোং ককথংপিরবা পাপী অদুদা অমুকস্তু চৈ-চৈদুনা অমস্তুং যমরাজগী য়াথংগী মতুং ইন্না তামিস্রনচিংবা অকিবা কংলবা নরকতা হৈথ্রে॥ ৫৮॥

মফম অদুগী সেমরবৃক্ষকী মনাক্তা অৱাবা পীবা মখল কয়াগী নরককুণ্ড য়ামা লৈ, মফম অদুগী অৱাবাদু চিন্না হায়দোকপা ঙমখ্রা অৱাবনি॥ ৫৯॥

চতুরাশীতি লক্ষাণি নরকাঃ সন্তি খেচর ॥
তেষাং মধ্যে ঘোরতমা ধৌরেয়াস্ত্বেকবিংশতিঃ ॥ ৬০ ॥
তামিস্রো লোহশঙ্কুশ্চ মহারৌরবশাল্মলী।
রৌরবঃ কুড্মলঃ কালসূত্রকঃ পূতিমৃত্তিকঃ ॥ ৬১ ॥
সঙ্ঘাতো লোহিতোদশ্চ সবিষঃ সংপ্রতাপনঃ।
মহানিরয়কাকোলৌ সঞ্জীবন মহাপথৌ ॥ ৬২ ॥
অবোচিরন্ধতামিস্রঃ কুম্ভীপাকস্তথৈবচ।
সংপ্রতাপন নামৈকস্তপনস্ত্বেকবিংশতিঃ ॥ ৬৩ ॥
নানাপীড়াময়াঃ সর্ব্বে নানাভেদৈঃ প্রকল্পিতা।
নানাপাকবিপাকাশ্চ কিঙ্করৌঘৈরধিষ্ঠিতাঃ ॥ ৬৪ ॥

---

হে গরুড় অসিগুম্বা নরক কুণ্ড অসি লাখ মরিফুমরিনি তোইগুবস্থং মদুগী মমু·দগী মরু ওইবা অরি-অরিবা নরক কুণ্ড কুন্নাথোই থক লৈ ॥ ৬০ ॥

মথোই অদুগী মমিং·দি তামিস্র (১) লোহসকু (২) মহা· রৌরব (৩) শাল্মলী (৪) রৌরব (৫) কুড্মল (৬) কালসূত্রক (৭) পূতিমৃত্তিক (৮) সঙ্ঘাত (৯) লোহিতোদ (১০) সবিষ (১১) সংপ্রতাপন (১২) মহানিরয় (১৩) কাকোল (১৪) সঞ্জীবন (১৫) অবীচি (১৭) অন্ধতামিস্র (১৮) কুম্ভীপাক (১৯) সংপ্রতাপন (২০) তপন (২১) কৌবা কুণ্ড কুন্নাথোই অসিনি।৬১,৬২,৬৩॥

মথোইশিং অসি মথল মথলগী অবাবা পীবা নরক কুণ্ড ওাকনি। মশানা তৌরু তৌরুবা মথলগী, মথল মথল ওইবা অবাবা পীবা অমদি চাদবা মাত্রবা চাগদবা কলরী মশক ওইবা নরক্কী কুণ্ড ওাকনি, মশিমকপু যমগী চুতশিংনা কোইশিল্লুনা লৈরিবা ওাকনি ॥ ৬৪ ॥

এতেষু পতিতা মূঢ়াঃ পাপিষ্ঠা ধর্ম্মবর্জ্জিতাঃ ।
তত্র ভুঞ্জন্তি কল্পান্তে তাস্তা নরকযাতনাঃ ॥ ৬৫ ॥
যাস্তামিস্রান্ধতামিস্রা রৌরবাদ্যাশ্চ যাতনাঃ ।
ভুংক্তে নরো বা নারী বা মিথঃ সঙ্গেন নির্ম্মিতা ॥৬৬॥
এবং কুটুম্বং বিভ্রাণ উদরম্ভর এব চ।
বিসৃজ্যেহোভয়ং প্রেত্য ভুংক্তে তৎফলমীদৃশম্ ॥ ৬৭ ॥
একঃ প্রপদ্যতে ধ্বান্তং হিত্বেদং খং কলেবরম্ ॥
কুশলেতরপাথেয়ো ভূতদ্রোহেণ যৎকৃতম্ ॥ ৬৮ ॥

---

অচুগুৱা ধর্ম নৈতবা জীবনিং অচুনা অসিগুৱা নরক অসিদা তাই অমনুং নরক অসিদা বন্ন অমা চুমা অচুগুৱা নরকী অৱাবচু ক'চুনা নৈ ॥ ৬৫ ॥

পৌন-নৈনবা য়াদবা মুপা মুপীনা পৌন নৈনৱবদি মথোই অচু তামিস্র, অন্ধতামিস্র, রৌরবনচিংব। নরক কুগুবা তাচুনা মচুপী অৱ বচু ফংই ॥ ৬৬ ॥

মতৌ অমুমা মা মাপী মচামগু শাগৈ-নাতৈ অমদি মশাতপী হিংনবা হোৎনবা অতোমা জীবপী য়েংদবা জীব অচুমু মতৈদা শাগৈ-নাতৈ মতু-মচা অনদি মশাপী হকচাংবু থাদোক্লমপা শিৱবা তুংদা অসিগুৱা অৱাবা ফংই ॥ ৬৭ ॥

অসিগুৱা জীবমু মুংশিদবা জীববু হন্না য়েংদবা পাপীনা শিৱবা তুংদা মতোমতা, জীবশিংবু য়েক্নবা ওইবপী কন্তবা কর্ম্ম অচুপী মহৈ অচুনা অকিবপী মশক ওইৱবা নরকতা তাই ॥৬৮॥

দৈবেনাসাদিতং তস্য শমলং নিরয়ে পুমান্ ।
ভুংক্তে কুটুম্বপোষস্য হৃতদ্রব্যইবাতুরঃ ॥ ৬৯ ॥

কেবলেন হ্যধর্ম্মেণ কুটুম্বভরণোৎসুকঃ ।
যাতি জীবোন্ধতামিস্রং চরমং তমসঃ পদম্ ॥ ৭০ ॥

অধস্তান্নরলোকস্য যাবতীর্যাতনাদয়ঃ ।
ক্রমশঃ সমনুক্রম্য পুনরত্রা ব্রজেচ্ছুচিঃ ॥ ৭১ ॥

ইতি শ্রীগরুড়পুরাণে সারোদ্ধারে ভগবদ্গরুড় সংবাদে
তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥

---

অহুমশুবা অতোপ্পনী য়েংদবা মশাতগী য়েংবা জীবনা নোং-দম্বনা পীবা নরকতা মশক ওইবা মহৈ চায়, মচুদি মীগী মশল হরাণ্ডুবা জীবনা ফংবা অৱাবা অহুমশুমা মাস্থ ফংই ॥ ৬৯ ॥

নত্তবা ধর্ম ভোৎনা মতুংমচা থাকপা জীবনা খ্বাইদগী হেন্না তমথিবা অন্ধতামিস্র কৌবা নরকতা তাই ॥ ৭০ ॥

হে গরুড়! মতৌ অমুম্না মথাদা অমুককী মতিক ওইবা নরকী অৱাবশিং অসি ফংলবা মতুংদা মপাপ অহু শেংলকই কোরকই, অহুগীতুংদা অমুক হন্না মীওইবগী হকচাং ফংই।
॥ ৭১ ॥

মতাং অসিদা ভগবানগা গরুড়গা ৱাংনবা গরুড় পুরাণগী অহুমশুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# অথ চতুর্থোঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ —

কৈর্গচ্ছন্তি মহামার্গে বৈতরণ্যাং পতন্তি কৈঃ।
কৈঃ পাপৈর্নরকং যান্তি তন্মে কথয় কেশব ॥ ১ ॥

শ্রীভগবানুবাচ—

সদৈবাঽকর্ম্মনিরতাঃ শুভকর্ম্ম পরাঙ্মুখাঃ।
নরকান্নরকং যান্তি দুঃখাদ্দুঃখং ভয়ং ভয়ম্ ॥ ২ ॥

ধর্ম্ম রাজপুরে যান্তি ত্রিভিদ্বারৈস্তু ধার্ম্মিকাঃ।
পাপাস্তু দক্ষিণদ্বার মার্গেণৈব ব্রজন্তি তৎ ॥ ৩ ॥

---

গরুড়না হায়ঃ -

হে কেশব যমগী মহামার্গ কৌবা লম্বীদা চৎলিবা মীশক অদুনা করম্বা পাপ তৌখিবনো অমসুং করম্বা পাপ তৌবা মীবনা বৈতরণী তুরেল্দা তারিবনো, অদুগা কনা কনানা করি করি পাপ তৌরুবদগী নরকতা তারিবনো অদুগুম্বা পাপকী লম্বীশিং অদু তাকপিয়ু ॥ ১ ॥

শ্রীভগবাননা হায়ঃ—

হে গরুড় মতমনৈবা খিবিক্তা ফত্তবা কর্ম্ম তদা মমাই ওনশিনবা, অফবা কর্ম্মদা মমাই ওন্থোকপা মীশিংদুনা নরক অমদগী নরক অমদা মুথং মথং অৱাবগী মথক্তা অৱাবা, অকিবগী মথক্তা অকিবা ফংই ॥ ২ ॥

ধর্ম্ম লৈবা মীনা ধর্ম্মরাজগী কোন্নুংগী মাইকৈ অহুম হায়রবদি নোংপোক অমসুং নোংচুপ থোংদা চংই, অদুগা পাপচেনবা মীনা যমালয়গী মখা থোংদা চংই ॥ ৩ ॥

অস্মিন্নেব মহাদুঃখে মার্গে বৈতরণী নদী।
তত্র যে পাপিনো যান্তি তানহং কথয়ামি তে॥ ৪॥

ব্রহ্মঘ্নাশ্চ সুরাপাশ্চ গোঘ্না বা বালঘাতকাঃ।
স্ত্রীঘাতী গর্ভপাতী চ যে চ প্রচ্ছন্ন পাপিনঃ॥ ৫॥

যে হরন্তি গুরোর্দ্রব্যং দেবদ্রব্যং দ্বিজস্য বা।
স্ত্রীদ্রব্যহারিণো যে চ বালদ্রব্যহরাশ্চ যে॥ ৬॥

যে ঋণং ন প্রযচ্ছন্তি যে বৈ ন্যাসাপহারকাঃ।
বিশ্বাসঘাতকা যে চ সবিপান্নেন মারকাঃ॥ ৭॥

---

অসিগুম্বা মথাখোংদা লাকলিবা পাপীশিং অসিনা বৈতরণী তুরেলগী অৱাবা কংই, অসিগুম্বা বৈতরণী তুরেলগী অৱাবা কংলিবশিং অদুগী মা হায়গে তাও ॥ ৪ ॥

অদুগুম্বা মীশক্না ব্রাহ্মণ হাৎপা, য়ুনচিংবা নিশা শিজিন্নবা শল হাৎপা, অঙাং হাৎপা, নুপী হাৎপা, অঙাং মৈথবা ( গর্ভপাত ) অমম্তুং অয়োনবা পাপ তৌবা মীশকশিং অদুনি ॥ ৫ ॥

গুরুগী মরল হুয়ানবা, লাইগী মরল হুয়ানবা, ব্রাহ্মণগী মরল হুয়ানবা, নুপীগী মরল হুয়ানবা, অঙাংগী মরল হুয়াল্লিবা মীশকশিং অসিনি ॥ ৬ ॥

মখোয় অদুনা মীগী মরল পুক্ননা শিংদবা, মীগী মপোৎ মচৈ মাংহনবা, মী অমগা লেপ্পপ্রবা ৱাকম করিম্ভু লৈতনা থনবা হায়বদি বিশ্বাস ঘাট তৌবা ( থাজব থমদবা ), চিঙ্গাক্তা হুনচিংবা চাবা য়াদবা পোৎ হ.পচিন্দুনা অতোপ্পবু মথৱাই মাংহনবশিং অসিনা যমগী ৱথাখংবা খোংদা লাকই .অমম্তুং বৈতরণীগী অৱাবা কংই ॥ ৭ ॥

দোষগ্রাহী গুণাশ্লাঘী গুণবত্সু চ মৎসরাঃ।
নীচানুরাগিণো মূঢ়াঃ সৎসঙ্গতি পরাঙ্মুখাঃ ॥ ৮ ॥
তীর্থসজ্জন সৎকর্ম্মগুরুদেবাগ্নিনিন্দকাঃ।
পুরাণ বেদমীমাংসান্যায়বেদান্তদূষকাঃ ॥ ৯ ॥
হর্ষিতা দুঃখিতং দৃষ্ট্বা হর্ষিতে দুঃখদায়কঃ।
দুষ্টবাক্যস্য বক্তারো দুষ্টচিত্তাশ্চ যে সদা ॥ ১০ ॥
ন শৃণ্বন্তি হিতং বাক্যং শাস্ত্রবার্ত্তা কদাপি ন।
আত্মসম্ভাবিতাঃ স্তব্ধা মূঢ়াঃ পণ্ডিতমানিনঃ ॥ ১১ ॥

---

কনাগুম্বগী অকায়বতা য়েংবা, মরানতা মথিবা, মীগী অকবা মগুণ চেমববুদি থাগত্তবা, মীগী চাওখৎপা হুত্তাইবা উরগা কন্নকপা, হন্নবা মীতগা সদ তৌবা (তিন্নবা) অকবা মীশক ধর্ম্ম কর্ম্মদা পূক্নিং চংবা মীশকদি তিন্নদবা, অসিগুম্বা পংলবা মীশক্তনা বৈতরণী তুরেলদা তাত্থনা মত্থগী অরায়া কংই ॥ ৮ ॥

অত্থুগুম্বা মীশক অচ্চনা তীর্থবু, লাই-তিন লিংবা অকবা সাধুশিংবু, ধর্ম্ম কর্ম্মগী ওইবা থবকপু, গুরুবু লাইবু নিন্দা তৌবা অমস্তুং শাস্ত্রবু, পুরাণবু, মীমাংসাবু, বেদান্তনচি'বা শাস্ত্রবু য়াদবা থাজদবা নিন্দা তৌবা মীশকনা অত্থুগুম্বা ষমগী মথাখংবা থোংদা লাকই অমস্তুং বৈতরণীগী অরাবা কংই ॥ ৯ ॥

কনাগুম্বগী অর'অনা উরগা হুত্তাইবা পেনবা অমস্তুং মীগী হুত্তাইববু উরগা কন্নকতুনা অরাবা পীনবা হোৎনবা, মতম লৈবা থিবিক্তা ফত্তবা ৱাত্তাংত মত্তাংবা, মাগী মপুক্নিং অত্থুদা ফত্তবত্তা মনিংবা অসিগুম্বা মীশক্না বৈতরণীগী অরাবা কংই।
॥ ১০ ॥

বেদ শাস্ত্রগী ৱা, কান্নবা ৱাদি লৌদবা তাদবা, মশাক্তবু অচৌবনি অকবনি থম্মুনা চাওখোকপা, অসিগুম্বা য়ায়া নাপন

এতে চান্যে চ বহবঃ পাপিষ্ঠা ধর্ম্মবর্জ্জিতাঃ।
গচ্ছন্তি যমমার্গং হি রোদমানা দিবানিশম্ ॥ ১২ ॥
যমদূতৈস্তাড্যমানা যান্তি বৈতরণী প্রতি।
তস্যাং পতন্তি যে পাপাস্তানহং কথয়ামি তে ॥ ১৩ ॥
মাতরং যেঽবমন্যন্তে পিতরং গুরুমেব চ।
আচার্য্যং চাপি পূজ্যং চ তস্যাং মজ্জন্তি তে নরাঃ ॥ ১৪ ॥
পতিব্রতাং সাধুশীলাং কুলীনাং বিনয়ান্বিতাম্।
...য়ং ত্যজন্তি যে দ্বেষাৎ বৈতরণ্যাং পতন্তি তে ॥১৫॥

---

ভোবা, অমদি অথংবা ঐনি অশিংবা ঐনি থঙ্গিবা মীশকনা বৈতরণীদা তাই। ১১ ॥

হে গরুড় ঐনা নঙোন্দা হায়রিবা মীশক পুম্নমক হায়বদি পাপচেনবা, ধর্ম্মদা মাই ওন্থোকপা পুম্নমকন যমগী লম্বীদা অহিং নুংথিল চুপ্পা কপ-লাওদুনা চৎলি ॥ ১২ ॥

অসিগুম্বা পাপচেনবা জীবশিংবু যমগী দূতশিংনা থৈ-থেদুনা পুরগা নমদুনা বৈতরণীগী অরাববু কংহল্লি, অদুগুম্বশিং অদুবু ঐনা নঙোন্দা হায়গে নং তাও ॥ ১৩ ॥

অদুগুম্বা পাপচেনবা মীশক অহুম। মমা মপা অমসুং গুরু পুজ্জা ভোবদা মতিক চারবা মীশকশিংবু থৌওইদবশিংনা বৈতরণী তুম্বেন্দা তাই ॥ ১৪ ॥

অদুগুম্বা নুপানা পতিব্রতা ওইবী হায়বদি মপুরোইবা নিংবী, পুকচেল শেংবী, শাগে তাৎ অকবদা পোকপী, নোল-লুকপগা লোইনবী নুপীবু য়েঙ্গবদগী মাবু থাদোকপীরবা পাপী অদু বৈতরণী তুম্বেনদা শোয়দনা তাই ॥ ১৫ ॥

সৎপুরুষগুণেস্তবৈ দোষানারোপয়ন্তি যে।
নিন্দন্তি তান্ সদা দ্বেষাৎ বৈতরণ্যাং পতন্তি তে॥১৬॥
ব্রাহ্মণায়প্রতিশ্রুত্য যথার্থ ন দদাতি যঃ।
আহুয়নাস্তিয়ো ব্রয়াত্তয়োর্ব্বাসশ্চ সন্ততম্ ॥ ১৭ ॥
স্বয়ং দত্তাপহর্ত্তা চ দানং দত্বানুতাপকঃ।
পরবৃত্তিহরশ্চৈব দানে দত্তে নিবারকঃ॥ ১৮ ॥
যজ্ঞবিধ্বংসকশ্চৈব কথাভঙ্গ করশ্চ যঃ।
ক্ষেত্রসীমাহরশ্চৈব যশ্চ গোচরকর্ষকঃ॥ ১৯ ॥

---

অখোইবা মুপাগী মতীক মগুণ, তৌবা ওবা মতিকপু উরগা কল্লকনা য়েক্করিবা অমদি মথক্কা ওইদবা প্রচার তৌহনা দোষ পীনবা হোৎনরিবা, মতম পুম্নমক্কা মাবু [ অখোইবা নিপাবু ] নিন্দা তৌরিবা মীশক অদো শোয়দনা বৈতরণীদা তাই ॥১৬॥

ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি হায়না বাশক্লপা, তৌগদৌরিবা দান অচুদি ইপি পীখোক্কবা, ব্রাহ্মণবু দান তৌগনি হায়না কৌরগা হৌজিক্তি মচু লৈত্রে লোইখয়ে হায়না দানগী পোৎশক অমু পীত্রবা মহাক অচু শোয়দনা বৈতরণী তুম্লেনদা তাই॥ ১৭ ॥

মশানা মশ বু দান তৌখোকলগা মচুবু হৌনবীগী মচুং-ইগ্না তৌদচুনা মৎবু থাদোকপা, দান তৌরবা মতুংদা কোয়া অমুক পাম্মুবকপা, অতোপ্পা মীগী মপুক ককপা, অমম্থং কনা-গুবনা দান তৌববু মানা খিংবা অচুগুবা মীশকশিং অচু বৈতরণী তুম্লেনদা তাচুনা অয়াবা ফংই ॥ ১৮ ॥

যজ্ঞ মাংহনবা হায়বদি মশামম্থ যজ্ঞ তৌদবা মীবুম তৌহন্দবা, অকবা ধর্ম কর্ম্মগী বাবু নমথবা, লম করাবা, শক্তাম্মুংশী

ব্রাহ্মণো রসবিক্রেতা যদি স্যাদ্‌বৃষলীপতিঃ।
বেদোক্তযজ্ঞাদন্যত্রং স্বাত্মার্থে পশুমারকঃ॥ ২০ ॥
ব্রহ্মকর্ম্মপরিভ্রষ্টো মাংসভোক্তা চ মদ্যপঃ।
উচ্ছৃঙ্খল স্বভাবো যঃ শাস্ত্রাধ্যয়ন বর্জ্জিতঃ॥ ২১ ॥
বেদাক্ষরং পঠেচ্ছুদ্রঃ কপিলং যঃ পয়ঃ পিবেৎ।
ধারয়েৎ ব্রহ্মসূত্রং চ ভবেদ্বা ব্রাহ্মণোপতিঃ॥ ২২ ॥

---

লম্বু খোপর্ম্‌ন্‌না পৌ উশিনবা মীশকশিং অদু বৈতরণী তুবেন্দা ভাহনা মহুনী অরাবা কংই ॥ ১৯ ॥

কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ জাতিদা পোকপা মীশকনা রসনী পোৎশক হায়বদি ঘী, থ'ও, চিনি অঙাংবা, শজোমনচিংবসি য়োন্নবা, ব্রাহ্মণনা শূদ্রনিঙোল লোবা, অমসুং শূদ্র নিঙোলগা তিন্নবা (সংগম তৌবা), বেদনা ভাকলিবা যজ্ঞনচিংবনু থৌওইদবা, মচিঞাক্তীদমক্তা শা-উচেক হাৎতুনা চাবা মীশক অদু বৈতরণীদা ভাই ॥ ২০ ॥

ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লগা ব্রাহ্মণগী সধো সন্ধ্যা তর্পনচিংবা কর্ম্ম তৌত্রবা, শা-ঙা চাবা যুনচিবা ময়াইকাবা চিঙাক চা-থকপা, লমহেন-তুহেনবা, শাস্ত্র তমদবা মহাক অদো বৈতরণীদা ভাই ॥ ২১ ॥

শূদ্র ওইনা পোক্লগা বেদ তম্বা পাবা, শল য়োংমানবীগী শদোংব থক্লবা, নোঙুণ থাংলবা, ব্রাহ্মণী লৌরবা নত্রগা ব্রাহ্মণীগা তিন্নরবা (সংভোগ তৌরবা) শূদ্র অদু বৈতরণীদা ভাই ॥ ২২ ॥

রাজভার্য্যাভিলাষী চ পরদারাপহারকঃ।
কন্যায়াং কামুকশ্চৈব সতানাং দূষকশ্চ যঃ॥ ২৩॥
এতে চান্যে চ বহবো নিষিদ্ধাচরণোৎসুকাঃ।
বিহিত ত্যাগিনো মূঢ়াঃ বৈতরণ্যাং পতন্তি তে॥ ২৪॥
সর্ব্ব মার্গমতিক্রম্য যান্তি পাপা যমালয়ে।
পুনর্যমাজ্ঞয়াহগত্য দূতাস্তস্যাং ক্ষিপন্তি তাম্॥ ২৫॥
যা বৈ ধুরন্ধরা সর্ব্বঘোরেয়াণাং খগাধিপা।
অতস্তস্যাং প্রক্ষিপন্তি বৈতরণ্যাং চ পাপিনঃ॥ ২৬॥

---

লৈ খোংগী লেমদা নত্তবা মিংঙ্গেং য়েংনিংবা, অতোপ্পা মীগী মপীদা মিংঙ্গেং নত্তবা য়াবা, লুহোংলবী মপী লৈশাবীদা মিংঙ্গেং নত্তবা য়েংহনবা ধর্ম্ম কায়হনবা, মপুন্নোইবা নিংবী মপুন্নোইবা লৈবী মপীগী সতীধর্ম্ম থুগাইবিবা মীশক অদুদা বৈতরণী তুরেল্দা তাহনবা অমাবা নংই॥ ২৩॥

হে গরুড় নঙোম্বা ঐনা হৌজিক তাকখিবশিং অদু, অমম্বং শাস্ত্রনা য়াদবা কয়ামুক ওইবা কর্ম্মমু তৌবিবা অমদি শাস্ত্রনা যাসি তৌগদবনি হায়না তাকলিবা থবক্তা তৌদবা অদুগুম্বা অপংবা মীশকশিং অদুনা বৈতরণীগী অমাবা ফংই॥ ২৪॥

অসিগুম্বা পাপচেনবশিংনা যমগী শাংলবা অমদি অমাবনা থল্লবা লম্বেলশিংবু লান্দুনা যমালয়দা য়োই, মকমতুদা যমগী য়াথংদগী যমদূতশিং লাক্নুনা অমুকহন্না বৈতরণী তুরেলদা থাদে।
॥ ২৫॥

হে গরুড় নরক কুণ্ড পুম্নমক্কী কুণ্ড কুম্মাখোইনা অখোইবনি, মখোইশিং অদুদগীসু অমুক বৈতরণী তুরেলনা অখোইবনি। মরম অসিদগী পাপচেনবশিংবু তুরেল অসিদা থাদতুনা অমাবা পীরিবনি॥ ২৬॥

ক্ষুধা গৌর্যদি নো দত্তা নোর্ধ্বদেহক্রিয়াঃ কৃতাঃ।
তস্যাং ভুক্ত্বা মহদ্দুঃখং যান্তি বৃক্ষং তটোদ্ভবম্ ॥ ২৭ ॥
কূটসাক্ষ্য প্রদাতারঃ কূটধর্ম্ম পরায়ণাঃ ॥
ছলেনার্জ্জন সংসক্তাশ্চার্য্যবৃত্ত্যা চ জীবনঃ ॥ ২৮ ॥
ছেদয়ন্ত্যতিবৃক্ষাংশ্চ বনারামবিভঞ্জকাঃ।
ব্রতং তীর্থ পরিত্যজ্য বিধবাশীলনাশকাঃ ॥ ২৯ ॥
ভর্ত্তারং দূষয়েন্নারী পরং মনসি ধারয়েৎ।
ইত্যাদ্যাঃ শাল্মলী বৃক্ষে ভুঞ্জতে বহুতাড়নম্ ॥ ৩০ ॥

---

শন অমূবীবু দান তৌদবা মীশক, অমদি শিয়গা তৌবা হৌনবা পিণ্ডাদানচি'ব ঔর্ধ্বদৈহিক ক্রিয়ামচিংবমু তৌদবা মীশক অদু বৈতরণী তুরেলদা কয়ামুক ওইবা অয়াবা ফংলবা মতুংদা বৈতরণী তুরেলগী মপান্দা হৌয়িবা সেমর বৃক্ষগী মথাদা চত্নবা মথল কয়াগী অয়াবা ফংই ॥ ২৭ ॥

মীনয়া সাক্ষী পীরুবা ( ওইরুবা ), বেদ শাস্ত্রদা য়াদবা, ধর্ম্মগী মরীদা অকায়বা লম্বী চৎপা, মীতোন্দা মীনমন্থনা লন ফানবা, হুয়ান-চিন্থিন্থনা মবুক থনবা হোৎনবশিংদু বৈতরণীদা তাই ॥ ২৮ ॥

পৃথিবীদা হৌবা অচৌ অচৌবা উবু য়াম্থৎপা, হৈকোল-লৈকোল অমলবু মাংহনবা, ব্রত তৌদবা, তীর্থ চত্তবা, বিধবা হায়বদি লুখ্রাবী নুপীশিংগী ধর্ম্ম মাংহনবা মীশক অদো শোয়-দনবক বৈতরণী তুরেলদা অয়াবা ফংই ॥ ২৯ ॥

[illegible]বী নুপী অহুনা মপুবোইববুনা দোষ থবা পীশিন্দুনা থৌওইগ্রবা অতোপ্পা নুপাবু মপুকনিংদা পাম্বা ( থনবা ) নুপী অমদি নুপানমু মাগী মমণীবু ( নুপীবু ) থাদোক্নপা অতে'গী

তাড়নাৎ পতিতান্দূতাঃ ক্ষিপন্তি নরকেষু তান্।
পতন্তি তেষু যে পাপাস্তানহং কথয়ামি তে॥ ৩১॥
নাস্তিকা ভিন্নমর্য্যাদাঃ কদর্যা বিষয়াত্মিকাঃ।
দাম্ভিকাশ্চ কৃতঘ্নাশ্চ তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৩২॥
কূপানাং চ তড়াগানাং বাপীনাং দেবসদ্মনাম্।
প্রজাগৃহাণাং ভেত্তারস্তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৩৩॥

---

মুপীবু খল্লবদি মখোই অহ বৈতরণী মপান্দা হোবা সেমর পান্দীগী মখ দা চক্তুনা মথল কয়াগী অরাবা ফংই॥ ৩০॥

মখোই অদু যমগী দূতনা ফু-চৈবনা লৈমাইদা তুম্না লৈ, অদুদগী নরক কুণ্ডদা ইদৈ, অদুদা পাপচেনবা ফত্তবা কর্ম্ম তৌবা মখোইশিং অদুনা মাথি মাগী মতিকচাবা দগু ফংলিবশিং অদু নত্তোন্দা হায়গে মদু পুন্নমক হে গরুড় নংনা নিংখিনা তাও॥ ৩১॥

ঈশ্বর থাজদবা, ঈশ্বরগী মরিদা পুক্নিং চংদবা নাস্তিক ওইবা, অহন-লমন গুরুজন, মপা মপুশিংনা চৎনরম্ব শ নৈগগী ওইবা মান্-মর্য্যাদাশু থ দোকপা, সংসারগী বিষয় ভোক্তা দূপ-তুনা মশাগী, মতু-মচাগীতা মথনব, মীগী হায়বা য়েংদবা, জাপন তৌবা, মীগী উপকার তৌগে নিংদবা, মীনা উপকার তৌবি-রকপবুসু শীংখাদবা মীশকশিং অদু নরক্তা তাই॥ ৩২॥

পুখ্রী, কুহা, খুাইগী ওইবা অচৌবা পুখ্রী, দেবমন্দির (লাইশং) অমদি মীগী যমুম মকৈবু থুগাই থোকাইদুনা মাংহন্নবা ফত্তবা মীশকশিং অদু নরকতা তাই॥ ৩৩॥

বিসৃজ্যাশ্নন্তি যে দারাংশ্চিশুনভৃত্যাংস্তথা গুরূন্।
উৎসৃজ্য পিতৃদেবেজ্যাং তেবৈ নরক গামিনঃ॥ ৩৪ ॥
শিবং শিবাং হরিং সূর্য্যং গণেশং সদ্‌গুরূং বুধম্।
ন পূজয়ন্তি যে মন্দাস্তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৩৫ ॥
শঙ্কুভিঃ সেতুভিঃ কাষ্ঠৈঃ পাষাণৈঃ কণ্টকৈস্তথা।
যে মার্গমুপরুন্ধন্তি তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৩৬ ॥
আরোপ্য দাসীং শয়নে বিপ্রো গচ্ছেদধোগতিম্।
প্রজামুৎপাদ্য শূদ্রায়াং ব্রাহ্মণ্যদেব হীয়তে॥ ৩৭ ॥

---

ইমুং মনুংগী অহল-লমন মমা-মপা, মতু-মচা, নোকর চাকরবুদি নিংখিনা পিজ-পীথক তোদনা মশাতা অথুব অহাও মথম মথেল চানবা তোৎনবা মীশক অমদি লাইশিংগী বিশে দেবতাশিংগী, মশাগী ইষ্টদেব ওইবা বিষ্ণু ভগবানচিংবদনি কংতনা মশাত চারগা লোইরে থন্দুনা চারিবা মহাক অদু নরকতা তাই॥ ৩৪ ॥

কনাগুম্বনা মহাদেববু, দুর্গাবু, বিষ্ণু ভগবানবু, গণেশ দেববু, সদ্‌গুরু হায়বদি গুরু মথম মতাবু, মহৈ রৈবা পণ্ডিতপু পূজা তৌদবা মথোইশিং অদু নরক তাই॥ ৩৫ ॥

কনাগুম্বনা মীওইবনচিংবা জীবশিংনা চৎনবা লম্বীদা খোংদা যোৎপী, উচুক, নুং, তিংথংনা মরম ওইদুনা লম্বী চৎপা য়াহন্দবা অমদি, হায়রিবা মকমশিং আসিদা জীববু অবাবা পীবশিং অদু নরকতা লোইদনা তাই॥ ৩৬ ॥

ব্রাহ্মণ ওইনা পোক্লগা শূদ্র নিত্তোলগা সক্লম ( তিন্নবা ) তৌরবদি ব্রাহ্মণ অদু নরক তাই, অদুগা শূদ্র নিত্তোল অদুদা মচা-মপা পোক্লবদি মাগী ব্রাহ্মণ ওইবা গুণ অদু মথেং তাই॥ ৩৭ ॥

ন নমস্কারযোজ্ঞো হি স কদাপি দ্বিজোঽধমঃ।
ন পূজয়ন্তি যে মূঢ়াস্তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৩৮ ॥
ব্রাহ্মণানাং চ কলহং গোযুদ্ধং কলহপ্রিয়াঃ ।
ন বর্জ্জয়ন্ত্যনুমোদন্তে তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৩৯ ॥
অনন্য শরণস্ত্রাণ মৃত্যুকালব্যতিক্রমম্।
যে প্রকুর্ব্বন্তি বিদ্বেষাত্তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৪০ ॥
যেপি গচ্ছন্তি কামান্ধা নরা নারীং রজস্বলাম্।
পর্ব্বস্বপ্সু দিবা শ্রাদ্ধে তে বৈ নরক গামিনঃ ॥ ৪১ ॥

---

অহুগুবা শূদ্র নিঙে'ল লৌবা ব্রাহ্মণ অদুদি মঙোন্দা খুরুমদা মতিক চাদ্রে, অমসুং লাইবু ব্রাহ্মণ মতিক মগুণ লৈববু খুরুমজবা পূজা তৌদ্রবশিং অদুসু নরকতা শোয়দনমক তাই। ॥ ৩৮ ॥

খৎন চৈনববু শাম্বা অমসুং ব্রাহ্মণ মশেন খৎনবা অমদি, শন বাইনববু খামজবা, মহৃদা নুঙাইবা পোকতুনা কুম্মে য়ে-লিবশিং অদু নরকতা তাই ॥ ৩৯ ॥

মপুন্নোইবা নত্তনা কনাদসু চ জকম লৈত্রবী মুপীবু, মাগী ঋতুকালগী মতমদা মতমচানা পেলহন্দ্রবা মপুন্নোইবা, অমদি মপুন্নোইবা নিংবী মুপীবু ঋতুগী মতমদা পেলহনদ্রবদি, ঋতুগী মতম লংহোকশ্রবদি মপুন্নোইবদু নরকতা তাই ॥ ৪০ ॥

কামগী মৈচাক্সা ঙাওদুনা মমিৎ তাংলবা ওইদুনা ঋতুগী মতমদা ( ঋতু ওইরিবৈদা ) তিন্নবা, অমসুং পর্ব্বনচিংব দিন হায়রবদি চতুর্দ্দশী, অষ্টমী, অমাবস্যা, পূর্ণিমানচিংবা তিথিদা, অহল-লম্মনগী শ্রাদ্ধদিনদা, ঊশিংদা, মুংথিন্দ মুপীগা সংভোগ ( তিন্নবা ) তৌরবদি মখোই অদু শোয়দনমক নরকতা তাই। ॥ ৪১ ॥

যে শরীরং মলং বহ্নৌ প্রক্ষিপন্তি জলেপি চ।
আরামে পথি গোষ্ঠেবা তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪২॥
শাস্ত্রাণাং যে চ কর্ত্তারঃ শরাণাং ধনুষাং তথা।
বিক্রেতারশ্চ যে তেষাং তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৩॥
চর্ম্ম বিক্রায়ণো বেশ্যাঃ কেশবিক্রয়কাঃ স্ত্রিয়ঃ।
বিষবিক্রায়ণঃ সর্ব্বে তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৪॥
অনাথং নানুকম্পন্তি যে সতাং দ্বেষকারকাঃ।
বিনাপরাধং দণ্ডন্তি তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৫॥
আশয়া সমনুপ্রাপ্তান্ ব্রাহ্মণানথিনো গৃহে।
ন ভোজয়তি পাকোপি তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৬॥

---

অহুগুম মীশক অঙনা মশাগী কত্তুবা অমোৎপা, ঈশিং (খী মু , । 'বদা, ঈশিং'দা, লৈকোন্দ, লম্বীদা, শঙোম্মা শিন্তোক হন্দোকপা তৌরবা মী অদু শোয়দনমক নরক তাই॥ ৪২॥

থুজু খুংলাই শাবা লীরু' তেন শারা মীনা মানা শারিবা থুজু খু'লাই অদু মমল লৌদুনা য়ো'ল্লবদি নরক তাই॥ ৪৩॥

শাদগী ঌউঁ লৌরগা য়ো'ল্লবা, মশাবু মমল লৌদুনা য়োল্লিবী নূপী (বেশ্যা), মশম য়োল্লিবী ন্ত্রগা শমগী ললোনবী নূপী, হু য়োনবা নিপা মখোই অসি নরকত শোয়দনা তাই॥ ৪৪॥

অতুগুবা মীশক অচুনা য়োকপী থাকপিনবা লৈজত্রবা মীশক, অতোনবা মীশক, লাইরবা মীদা থৌজান লৈত্রবা অমন্নং অকবা সধু ও'বা মীশকপু য়েক্কব্রবা, মরাল লৈজত্রবা মীবু দণ্ড পীবা অদুগুম মীশক অদু নরক তাই॥ ৪৫॥

মপুক লাম্বা, মুম মুম থুদিংই অরাবা কোক্লবা নিজরিবা ব্রাহ্মণদা চানবা চাকনচিংবা পোৎ লৈন-লৈনা দান তৌত্রবা মীশকতু শোয়দনমক নরকতা তাই॥ ৪৬॥

সর্ব্বভূতেষবিশ্চস্তাস্তথা তেষু বিনির্দ্দয়াঃ।
সর্ব্বভূতেষু জিহ্মা যে তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৭॥
নিয়মান্নমুপাদায় যে পশ্চাদজিতেন্দ্রিয়াঃ।
বিঘ্ন পয়ন্তি তানভুয়স্তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৮॥
অধ্যাত্মবিদ্যাদাতারং নৈব মন্যন্তি যে গুরুম্॥
তথা পুরাণ বক্তারং তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৪৯॥
মিত্রদোহকরা যে চ প্রীতিচ্ছেদকরাশ্চ যে।
আশাচ্ছেদকরা যে চ তে বৈ নরক গামিনঃ॥ ৫০॥

---

কনাগুম্বী মকমদা থাজবা থমত্রবা অমস্তং মীপুম খুদিংদা মু·শিহৈত্রবা পুকচেল চেনবা অমস্তং মরৈ মরা ভৌবা পুকচেল না মাগী ওইবা মীশক, ফত্রবা মহাক অদু শোয়দনা চৈয়াক কল্লবা যংগী নরক কোমদা শোয়দনমক তাই॥ ৪৭॥

চরাহেনবনচিংবা ব্রত ভৌরুরগা ইন্দ্রিগী সংযম ভৌবা গুম-লকতবনা (পুক্রিং হকচাং শাকশিনবা ঙমদবনা) মহুবু ব্রতবা-চিংবা তৌরম্ববু থাদোকপা মীশক অদু নরকতা তাই॥ ৪৮॥

মীশক অদুনা অধ্যাত্মবিদ্যা (ইশাগী ওইবা ঈশ্বর ক'নবা লম্বী) তাকপিরিবা গুরুবু অমসুং বেদ পুরাণ শাস্ত্রগী অর্থ তাকপিদুনা জ্ঞা'ন পীবিরিবা ব্রাহ্মণবু অর্চ্চা পূজা অমদি পেন্নবা ভৌত্রবা মীশক অদু নরক তাই॥ ৪৯॥

মীশক অদুনা মরুপ হাংপা হায়বদি মরুপকি মকমদা লোনম্বা লমচৎ চৎপা, অমগা অমগা মুংশিনা চান্ন চিন্ননা লৈজববু থুগাইবা, কন'গুম্বগা হায়নখিবগী অরেপ্পা থমত্রবা মীশক অদু শোয়দমমক নরক কুণ্ডদা তাই॥ ৫০॥

বিবাহং দেবযাত্রাং চ তীর্থসার্থান্বিলুম্পতি।
স বসেন্নরকে ঘোরে তস্মান্নাবর্ত্তনং পুনঃ ॥ ৫১ ॥
অগ্নিং দত্ত্বা মহাপাপী গৃহে গ্রামে তথা বনে।
স নীতো যমদূতৈশ্চ বহ্নিকুণ্ডেষু পচ্যতে ॥ ৫২ ॥
অগ্নিনা দগ্ধগাত্রোঽসৌ যদা ছায়াং প্রযাচতে।
নীয়তে চ যদা দূতৈরসিপত্রবনান্তরে ॥ ৫৩ ॥
খড়্গতালৈশ্চ তৎপত্রৈর্গাত্রচ্ছেদো যদা ভবেৎ।
তদোচুঃ শীতলচ্ছায়াং সুখনিদ্রাং কুরুষ্ব ভোঃ ॥ ৫৪ ॥
পানীয়ং পাতুমিচ্ছন্বৈ তৃষ্ণার্তো যদি যাচতে।
পানার্থং তৈলমত্যুষ্ণং তদা দূতৈ প্রদীয়তে ॥ ৫৫ ॥

---

কনাগুম্বগী লুহোংবা কৈহোংবা, লাই সেংখোক লোংশন তৌবদা থুগাইবা অমসুং অপন পীবা, তীর্থ চংপা মীদা লুট তৌবা মীদি মপোক্নমগী ময়াম চিংবা মুন্দুনা অরাবা পীবা মহাক অতোপা অরিবসী মশক যংলবা নরকতা চাই, অমসুং অদুগুম্বা নরক অতুদগী অমুক হন্নকপা মতমদ্রে ॥ ৫১ ॥

কনাগুম্বা ময়ুম মৈ থাবা, খুলংদা, বন্দা মৈ থাবা মীশক অদু যমদূতশিংনা পুরগা মৈগী কুণ্ডদা লংথৈ ॥ ৫২ ॥

মতম অদু মশাগী মৈশানা বারক্লুনা উরুম লাংবা অপ্নিংবা মকম থিরক্লবদা যমদূতশিংনা মাবু অসিপত্র কৌবা মনানা থাংগুম্বা থোংবা মনা পানবা উগী বন্দা পুক্লুনা চংলি ॥ ৫৩ ॥

মতমদুদা উদগী কেল্লকপা থাংগুম্বা উনানা পাপীদুগী মশাদা যাম্থং-তুপথংলক্লবা মতমদা যমদূতশিংনা হায়, হে অপংবা নংনা ইনবা উরুম অসিদা সুথাইনা তুমলো ॥ ৫৪ ॥

মতমদুদা ঈশিং থোরাংবনা থাওমত্রুনা ঈশিং নিরক্লবদা যমদূতশিংনা শাবগা থাওবু থক্লবগীদমক পী ॥ ৫৫ ॥

পীয়তাং ভুজ্যতাং পানমন্নমূচুস্তদেতি তে।
পীতমাত্রেণ তেনৈব দগ্ধাস্তানিপতন্তি তে ॥ ৫৬ ॥
কথঞ্চিৎ পুনরুত্থায় প্রলপন্তি সুদীনবৎ।
বিবশা উচ্ছ্বসন্তশ্চ তে বক্তুমপিনাশকন্ ॥ ৫৭ ॥
ইত্যেবং বহুশস্তার্ক্ষ্য যাতনাঃ পাপিনাং স্মৃতাঃ।
কিমেতৈর্বিস্তরাৎ প্রোক্তৈঃ সর্ব্বশাস্ত্রেষু ভাসিতৈঃ ॥ ৫৮ ॥
এবং বৈক্লিশ্যমানাস্তে নরা নার্য্যঃ সহস্রশঃ।
পচ্যন্তে নরকে ঘোরে যাবদাভুতসংপ্লবম্ ॥ ৫৯ ॥

---

মতমদুদা যমদূতশিংনা পাপী অদুদা হায়রকই, থোরাংলিবদু কোয়বা ঈশিং অসি থকলো লাংলিবাদু কোম্বা, চাকচিংবা চানবা পোং অসি চারে হায়রবদু তারগা ঈশিংশুম উহনা থাও অশাবদু থকলুবদগী গর্ভ মনুংদা চাকপা মৈচাক্তু থাংবা ছেমদুনা পৃথ্বীদা বাম্বদুনা তাই ॥ ৫৬ ॥

অদুম অদুম ওইনমক য়াম্না বানা হৌগৎলগা য়াম্না তোল্লবংশুম লাও-খোংনা কপই অমসুং তৌফম থংদ্রদুনা সুংশা শরথবেৎ থবেৎ হোম্লুনা অরাবা থাংই অমসুং কৱিগুবা বাহৈ অমসুং যমগী দূতশিং অদুদা হ'য়ুতবা উমদে ॥ ৫৭ ॥

হে গরুড় মতৌ অসুম্না পাপীশিংবু যমগী যাতনা ( যমগী অরাবা পীববু ) শান্নাক্না হায়রি, মসিদু হয় কয় হায়রুবগী করি কায়রগনি, মসিমক্তা শাস্ত্র পুরানক্তা অদুমক হায়রিবনি।
॥ ৫৮ ॥

মতৌ অসুম্না নুপা নুপী নিশিং নিশিংনা কপ লওদুনা প্রলয়গী মতম লোইত্রিবা ফাওবা অকিবগী মশক কনবা নরকতা অরাবা থাংদুনা লৈ ॥ ৫৯ ॥

তস্যাক্ষয়ং ফলং ভুক্ত্বা তত্রৈবোনপদ্যতে পুনঃ।
যমাজ্ঞয়া মহীং প্রাপ্য ভবন্তি স্থাবরাদয়ঃ॥ ৬০ ॥
বৃক্ষগুল্মলতাবল্লীগিরয়শ্চ তৃণানি চ
স্থাবরা ইতি বিখ্যাতো মহামোহসমাবৃতাঃ॥ ৬১ ॥
কীটাশ্চ পশবশ্চৈব পক্ষিণশ্চ জলেচরাঃ।
চতুরাশীতি লক্ষেষু কথিতা দেহযোনয়ঃ॥ ৬২ ॥

---

অতুগুবা পাপ কর্ম্মরী অমাং অতা নৈত্রবা ফলবু চাতুনা অকিরণী মশক ওইনুবা নরক অতুদা নৈরমুগা, প্রলমুগী মতুংদা যমরাজগী য়াথংদগী পৃথিবীদা লাকতুনা উপাবী উরীনাচিংবগী মপোক্তা পোকনৈ ॥ ৬০ ॥

উপাবী গুল্ম কৌবা মশা লোংবা উরিগী জাং, মশা কয়া লোংনবা লতা কৌবা উরী, বল্লী কৌবা উরীমচা, চীঙ্গ্‌, নাপী-শীংবী হংয়বসি মহামোহ হায়বদি তুমলিবগুম মশানা কয়িমত্তা খংপ্রবা, পংথবগুবা অজ্ঞান্না তিন্দুনা কয়িমত্তা খংদনা নৈবা অমসুং মূর্ছা ওইবা (য়াম্নতুনা নৈবা) মওংগুম নৈববু স্থাবর হায়রগা খংনৈ হায়বদি লেংনওংংবা ঙমবা ঙমজদবা হিংবদি হিংবা হায়না খংনৈ ॥ ৬১ ॥

তীল, শা, উচেক অমসুং ঈশিংদা নৈবা জীবনচিংবা পুম্নমক অসিসু মমা লাক্ষ মরিফুমরিগী মচা হায়না খংনৈ, হায়বদি মতুগী মসুং চল্লি, জগৎ অসিদা নৈরিবা পুম্নমক অসি মচা লাক্ষ মরিফুমরিগী মচা ডাক্তনি ॥ ৬২ ॥

এতাঃ সর্ব্বাঃ পরিভ্রম্য ততো যান্তি মনুষ্যতাম্।
মানুষেষু শ্বয়াকেষু জায়ন্তে নরকাগতাঃ ॥
তত্রাপি পাপ চিহ্নৈস্তে ভবন্তি বহুদুঃখিতাঃ ॥ ৬৩ ॥
গলৎকুষ্ঠাশ্চ জন্মান্ধা মহারোগসমাকুলাঃ ।
ভবন্ত্যেবং নরা নার্য্যঃ পাপচিহ্নোপলক্ষিতাঃ ॥ ৬৪ ॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে নরকপ্রদপাপচিহ্ন
নিরূপণো নাম চতুর্থোঽধ্যায়ঃ ॥

---

অসিগুম্বা মপোকশিং অসিদা চং চংদুনা পোকলুরগা খ্বাইদগী অরোইবা ওইনা মীওইবগী মপোক্তা অমুক কংলকই. অদুমকপু মীওইনমক পোল্লবস্থ নরকতগী অহানবা লাকলিবা মহাক অদুনা চণ্ডালগী মপোক ওইনা পোকই, মতুমকন্থ নরকতা খুদম ওইনা য়াম্না অবা-অনা কংবা মওংদা য়ানা মপোক অদু লোইনবা থাংই ॥ ৬৩ ॥

মশাদা পাপ লৈবগী খুদম ওইবা মরম অদুদগী অদুগুম্বা মুপা মুপী অদুমা লাইথুং থুংবা, অংচোবা পকপা, কুষ্ঠী থুংবা অমদি মপোক্কী ওইবা গর্ভদগী তাংলবা মমিৎ অমম্থুং লায়েংবদা য়ারবা অকিবা কংলবা লাইনা নাবা ওইনা পোকই ॥ ৬৪ ॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুর'ণগী সারোদ্ধারগী ওইবা নরক ভাবদগী ওইবা পাপচিহ্নশু হায়বা কৌবা মরিত্তবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

# অথ পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ—

যেন যেন চ পাপেন যদ্যচ্চিহ্নং প্রজায়তে।
যাং যাং যোনিং চ গচ্ছন্তি তন্মে কথয় কেশব॥ ১॥

শ্রীভগবানুবাচ—

যৈঃ পাপৈর্যান্তি যাং যোনিং পাপিনো নরকাগতাঃ।
যেন পাপেন যচ্চিহ্নং জায়তে মম তচ্ছৃণু॥ ২॥
ব্রহ্মহা ক্ষয়রোগী স্যাৎ গোঘ্নঃ স্যাৎ কুব্জকো জড়ঃ।
কন্যাঘাতী ভবেৎ কুষ্ঠী ত্রয়শ্চাণ্ডাল যোনিষু॥ ৩॥

---

গরুড়না হায়:— হে ভগবন্ কেশব অদুম অদুবা পাপ তৌবা জীবনা অদুম অদুবা চিহ্ন (খুদম) ওইদুনা পোকপা, অমদি মখোইদুনা করম করমবা মপোক্তা পোকপগে হায়বদু ননাই ঐঙোন্দা পুন্নমক শন্দোক্না তাকপিয়ু॥ ১॥

শ্রীভগবান্না হায়:— হে গরুড় নরকতগী লাক্লগা অদুগুম্বা পাপচেনবা জীব অদুনা অদুম অদুবা মপোক্তা পোকই মাগী খুদমনা অ'সনি হায়বদু ঐ হায়গে তাও॥ ২॥

ব্রাহ্মণ হৎপা জীবনা ক্ষয়রোগ (যক্ষ্মা কৌবা) লোকথু'বা ওইনা পোকই, শল হাৎপা জীবনা মনম পোনবী কুজী হায়বদু ওইনা পোকই, অমসুং মুর্খ (অপংবা) জ্ঞান লৈতবা ওই, মচানুপী কন্যা হাৎপনা কুষ্ঠী ওৎই, অহুমক অসি চণ্ডালগী মপোক্তা তাক্তা পোক্লগা ওইগনবা খুদমনি॥ ৩॥

স্ত্রীঘাতী গর্ভপাতী চ পুলিন্দো রোগবান্ ভবেৎ ।
অগম্যাগমনাৎ ষংঢো দুশ্চর্ম্মা গুরুতল্পগঃ ॥ ৪ ॥
মাংসভোক্তাতিরক্তাঙ্গঃ শ্যাবদন্তস্তু মদ্যপঃ ।
অভক্ষ্যভক্ষ্যকো লৌল্যাদব্রাহ্মণঃ মহোদরঃ ॥ ৫ ॥
অদত্ত্বা মিষ্টমশ্নাতি স ভবেৎ গলগণ্ডবান্ ।
শ্রাদ্ধেঽন্নমশুচি দত্ত্বা চিত্রকুষ্ঠী প্রজায়তে ॥ ৬ ॥

---

নুপী হাৎপা, গর্ভ য়াংহনবা (মচা থৈথবা) মহাকতুনা পুলিন্দ কোবা হাওগী জাৎ ওইনা পোকই অমসুং মশা অহু অনাবনা খুজুমচনবা ওই, ভিন্নবা য়া'দবী নুপী ভিন্নবনা নপুংসক হায়বদি নুপা ওইনা পোকলগা নুপাগী শক্তি অমদি খুদম লৈতবা ওইনা পোকই, গুরুগী নুপী য়েংবনা উনশাগী লাইনা কন্তবা তোবা ওইনা পোকই ॥ ৪ ॥

শা চাবা মীনা মশাহু ভাংশং ভাংবা ওই, য়ু থকপা মীনা ময়া অহু যোৎলি অমদি মুই, চাবা য়াদবা, চিঙ্গাকনি চিঙ্গাক নথে থংদবা পংচাদা চাবা মীদি (ব্রাহ্মণদি) ঈশিংগী লায়না মপুক কংথৎপা ওই ॥ ৫ ॥

কনাগুম্বা অমত্তবু পীজদবা মতোমতা চানিংঙ্গনা অহাও অহাওবা চিঙ্গাক মতোমতা চাবা মহাক্কো গলগণ্ড কোবা খোয়ী চাওখোকপা লায়না নাই, শ্রাদ্ধগী অমাংবা চেংনচিংবা লোবা চাবা মীশকতুনা চিত্রকুষ্ঠী কোবা মকুৎ মফুৎ তোবা লাই-য়েকপগুম্না লাংবা কুষ্ঠী মথল অহু থুংবা মীশক ওইনা পোক-ছুনা বানা লেপ্পি ॥ ৬ ॥

গুরোর্গর্ব্বেণাবমানাদপস্মারী ভবেন্নরঃ।
নিন্দকো বেদশাস্ত্রাণাং পাণ্ডুরোগী ভবেৎ ধ্রুবম্॥ ৭॥
কূটসাক্ষী ভবেন্মূকঃ কাণঃ স্যাৎ পংক্তিভেদকঃ।
অনোষ্ঠঃ স্যাদ্বিবাহঘ্নো জন্মান্ধঃ পুস্তকং হরেৎ॥ ৮॥
গোব্রাহ্মণপদাঘাতাৎ খঞ্জঃ পঙ্গুশ্চ জায়তে।
গদগদোঽনৃতবাদী স্যাত্তচ্ছ্রোতা বধিরো ভবেৎ॥ ৯॥
গরদঃ স্যাজ্জড়োন্মত্তঃ খল্বাটোঽগ্নি প্রদায়কঃ।
দুর্ভগঃ পলবিক্রেতা রোগবান্ পরমাংসঃ ভুক্॥ ১০॥

---

নাপন্না থুমহৎখিঙ্গনা গুরু কাওববু য়েংদবা মাইথীবা পীবা মহাক অঙ্গুনা ম্নগীরোগ (শারৈ হোবা) মীশক ওইনা পোকই, বেদ শাস্ত্র পুরাণবু নিন্দা তৌবা, লৌদবা থাজদবা মীশক অঙ্গুনা পাণ্ডুরোগ কৌবা কুহু কুমেন ফোলাওননা ঙৌখোকপা ঈ থাংদবা কুহু ওইনা পোকই॥ ৭॥

মীনম্বা, ওন তৈনবা, অরানবা রাহৈনা সাক্ষী পীরুবা মহাকতুনা লোন খোক্তবা ওইনা পোকই৽ মথক মথা থংদনা চৎপা, খকসি থাসি নাইদবা মীশকনা মমিৎতাংবা ওইনা পোকই, মীপী লুহোং-কৈহোংববু থুগাইবা মীশকনা মচিথাল কায়বা ওইনা পোকই, লাইরিক হুরানবা মীনা মপোক্কী মমিৎ তাংনা পোকই ॥ ৮॥

শল ব্রাহ্মণদা খোংপাকনা কাওবা মীশক্তি মখোং তেকপা ওইনা পোকই, ওইদবা মীনম্বা তাংখনা বা ঙাংখোকপা তমদবনা মথৈ নিরুা মতং মতং ঙাংবা ওইনা পোকই, মহুবু তাবা হায়বদি মীনম্বা ওইদববু লৌবা য়াবনা মনা পংনা পোকই॥ ৯॥

মীবু হু পীজহুনা হাৎলুবা মীশকনা করিমত্তা থংদনা অককপা চেঙনা নৈতবা অমদি অঙাওবা ওইনা পোকলৈ, মীপী মহুম

হীনজাতৌ প্রজায়েত রত্নানামপহারকঃ।
কুনখী স্বর্ণহর্ত্তা স্যাদ্ধাতুমাত্রহরোঽধনঃ॥ ১১॥
অন্নহর্ত্তা ভবেদাখুঃশলভো ধান্যহারকঃ।
চাতকো জলহর্ত্তা স্যাদ্বিষ হর্ত্তাং চ বৃশ্চিকঃ॥ ১২॥
শাকং পত্রং শিখী হৃত্বা শুভান্ গধাশ্চ্ছুন্দরী।
মধুদংশঃ পলং গৃধ্রো লবণংচ পিপীলিকা॥ ১৩॥
তাম্বূল ফলপুষ্পাদি হর্ত্তাং স্যাদ্বানরো বনে।
উপানত্তৃণকার্পাস হর্ত্তা স্যাম্মেষ যোনিষু॥ ১৪॥

---

মৈ থাক্লবা মীনা কোকী লায়না চেনবা অমদি কোকাংবা ওই, শা মতুম য়েনবা মীনা মরাইবক থীবা ওই, অতেপ্পমী শহুম চাবা মহ ক্তো মশাদ তিজেল লায়চেনবা মীশক ওইনা পোকই ॥১০

মনি রত্ন হুয়ানবা মীশকনা অতোনবা জাতিদা পোকই, স্না হুবা মীনা খুজিন লায়পুম তোবা. খুজিনগী লায়না তোবা ওই. ধাতু ( স্না লুপা পিত্তলাই ) নচিংবা হুবা মীনা লায়রবা ওইনা পোকই ॥ ১১ ॥

চানবা চিঞ্জাক হুবা মীনা উচি ওইনা পোকই, ফৌ হুয়ানবা মীনা কৌজেং, কৌজুম, নৈরানবী ওই, ঈশিং হুয়ানবনা নোংপোবী ওইনা পোকই, হুনা খুৎলাই ওইনা মীবু জীবযু হাৎপা মীশক্না বৃশ্চিক ওইনা পোকলৈ ॥ ১২ ॥

ইনশাং-নাপী মনা-মশী হুয়ানবনা বাহোং ওইনা পোকই, অকে অমৌগী পোৎ, মনম মুংশিবা পোৎশক হুরুবনা উত্তিন ওইনা পোকই, খোইহী হুরুবনা হয়িং, ককচেং অচৌবা হয়িং-খোই ওইনা পোকই ; শাঙা হুবনা লাংজা ওইনা পোকই, থুম হুবা মীনা ককচেং ওইনা পোকই ॥ ১৩ ॥

পানমনা, উটৈ, লৈনচিংবা হুরুবনা মনগী য়োং ওই ;

যশ্চ রৌদ্রোপজীবী চ মার্গে সার্থান্বিলুম্পতি।
মৃগয়াব্যসনীং যস্তু ছাগঃ স্যাদ্ব্যাধবেশ্মনি ॥ ১৫ ॥
যো মৃতো বিষপানেন কৃষ্ণসর্পো ভবেদ্গিরৌ।
নিরঙ্কুশস্বভাবঃ স্যাৎ কুঞ্জরো নির্জ্জনে বনে ॥ ১৬ ॥
বৈশ্বদেবমকর্ত্তারঃ সর্ব্বভক্ষ্যাশ্চ যে দ্বিজাঃ।
অপরোক্ষিতভোক্তারো ব্যাঘ্রাঃ স্যুর্নির্জ্জনে বনে ॥ ১৭ ॥
গায়ত্রীং ন স্মরেদ্যস্তু যো ন সন্ধ্যামুপাসতে।
অন্তর্দুষ্টো বহিঃ সাধুঃ স ভবেৎ ব্রাহ্মণো বকঃ ॥ ১৮ ॥

---

থোংউম, লশিং, ই-নচি'বা নাপী-শী বী হুক্রুবনা মাওগী মপোক ওইনা পোকই ॥ ১৪ ॥

ডাকু ডাকাতি ওইদুনা জীবিকা হিংনবা হোৎনগ্নিবা মীনা অমদি লম্বীচৎপা তীর্থনচিংবা লমকোইবা মীগী মপোং মচৈ মুন্দুনা লৌবা মীশক অদুদি, শা ভা হাত্তুনা মোনবা মীগী মযুমদা হামেং ওইনা পোকই ॥ ১৫ ॥

হু থকতুনা আত্মহত্যা হায়বদি মগ্নাই শিজরকপা মীশক অদুদি চীংদা লৈবা লিল অমুবা ওইনা পোকই. অমসুং অহন লম্মনবু উম্দিং থওইদদুনা মানা মানা মনিং তম্বা অহন লম্মনগী বা লৌদবা থকসি থাসি নাইদবা মীতাদুনা মী তাদবা বন্দা শামুগী মপোক ওইনা পোকই ॥ ১৬ ॥

অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ অদুনা বৈশ্বদেব পূজা তৌদ্রবা অমদি শূদ্রনচিংবা জাতি অতৈনা থোংবা থাকপা পোৎচৈ চাগ্নবা মহাক অদুদি মী তাদবা বন্দা কৈগী মপোক ওইনা পোকই ॥ ১৭ ॥

অদুগুম্বা মীশকতুনা গায়ত্রী জপ তৌদ্রবা. সন্ধ্যা তর্পণ তৌদ্রবা, অমদি মপান্থোংদনা অকবা মীশক মীওই ওইনা উহল্লগা

অযাজ্যযাজকো বিপ্রঃ স ভবেৎ গ্রামসূকরঃ।
খরো বৈ বহুযাজিত্বাৎ কাকো নির্মন্ত্রভোজনাৎ ॥ ১৯ ॥
পাত্রে বিদ্যামদাতা চ বলবোর্দ্দো ভবেৎ দ্বিজঃ।
গুরুসেবামকর্তা চ শিষ্যঃ স্যাদ্ গোখরঃ পশুঃ ॥ ২০ ॥
গুরুং হুংকৃত্য তুংকৃত্য বিপ্রং নির্জ্জিত্য বাদতঃ।
অরং যে নির্জ্জলে দেশে জায়তে ব্রহ্মরাক্ষসঃ ॥ ২১ ॥
প্রতিশ্রুতং দ্বিজে দানমদত্ত্বা জম্বুকো ভবেৎ।
সতামসংকারকরঃ ফেংকারোঽগ্নিমুখো ভবেৎ ॥ ২২ ॥

---

মতুংদদি য়াম্না ফত্ত-ফত্তবা থবক্তা তৌবা ব্রাহ্মণ অদুদি উয়ে ক্নী মপোক ওইনা পোকই ॥ ১৮ ॥

যজ্ঞ তৌবগী অধিকার নৈতবা শূদ্রনচিংববু যজ্ঞ তৌহনবা ব্রাহ্মণ অদুদি খুনগী মতুংদা লৈবা ওক্নী মপোক ওইনা পোকই। যজ্ঞ তৌবা মতিক চাই চাদে থংদনা মী খুদিংবু যজ্ঞ পংতৌতা তৌহনবা ব্রাহ্মণ অদুনা গংধ ওইনা পোকই, বার্তন ফংদনা চাবা থকপা চৎলিবা মহাক অদুনা কাক ওইনা পোকই ॥১৯॥

অমবা মতিকচাবা পক্কবাবু বিদ্যা তম্বিত্রবা মহাক্কুদি শল ওইনা পোকই, গুরুগী সেবা তৌদ্রবা শিষ্য অদুনা শল অমসুং গাধা ওই ॥ ২০ ॥

গুরুদা নমহৎপা, নং মং হায়না উশিৎ থওইদনা ঙাংবা, চিন্দা পাওদাননা গুরুপা থংনবা ওয়বা উপায় তৌদুনা গুরুবু মাইথীবা পীবা শিষ্যদুদি ব্রহ্মরাক্ষস ওইনা জললদা লৈ ॥২১॥

ব্রাহ্মণদা দান তৌগনি হায়রগা তৌদ্রবা মহাকতুনা লমহুই ওই, অমবা সাধুজনবু থীনা চৈ-থাংবা মীশক্নুনা, মচিন্দগী মৈ হৌরকপগুম্না লাওবা খোংবদা ভানিংদবা হুই অমদি কৈশালনচিংবা ওই ॥ ২২ ॥

মিত্রধ্রুগ্‌ গিরিগৃধ্রঃ স্যাদ্‌গুলুকঃ ক্রয়বঞ্চনাৎ।
বর্ণাশ্রমপরীবাদাৎ কপোতো জায়তে বনে॥ ২৩ ॥
আশাচ্ছেদকরো যস্তু স্নেহচ্ছেদকরস্তু যঃ।
যো দ্বেষাৎ স্ত্রী পরিত্যাগী চক্রবাকশ্চিরং ভবেৎ॥ ২৪ ॥
মাতৃ পিতৃ গুরুদ্বেষী ভগিনী ভ্রাতৃবৈর কৃৎ।
গর্ভে যোসৌ বিনষ্টঃ স্যাত্যাবদ্‌যোনি সহস্রশঃ॥ ২৫ ॥
শ্বশ্রূগালিপ্রদা নারী নিত্যং কলহ কারিণী।
সা জলৌকা চ যুকা স্যাদ্ভর্ত্তারং ভৎর্স য়েচ্ছয়া॥ ২৬ ॥

---

মরুপ হাংপা (মরুপকী মফমদা ওইদবা লমচৎ, অরানবা থবক অমদি থাজবা মাংহনবনচিংবা) মীনা চাংযান্দা নৈবা লাংজা ওই, মীতোন্দা য়োল্হে কপ্রগা ঠগ তোন্নুনা অমুক লৌশিনবা মীনা মকু ওইনা পোকই, বর্ণাশ্রমগী নিন্দা তৌবা হায়বদি জাতি বিজাতিগী মর্য়াদা থমলিবা বাযেলবু নিন্দা তৌবা মীশক্না থুগ্র ওইনা পোকনৈ ॥ ২৩ ॥

কনাগুম্বগী তোকল্লিবা আশাবু থুগাইবা, কনাগুম্বগী নুংশিবা প্রেমবু থথৎলিবা অমদি মশাগী নুপীবু মপূকনিংদা য়েক্লবগুম থম্নুনা থাদোকশিল্লিবা মহাক অদো চাক্কুথলোং ওইনা পোকনৈ ॥ ২৪ ॥

মমা মপা অমদি গুরুগী মফমদা য়েক্লবা, মচিন মনাও, মচে মচনগী মফমদা য়েক্লিবা মহাক অদু মপোক লিশিং অমা চুপ্প, পোকপা তুমদনা গর্ভগী মনুংদা গর্ভপাত ওইনা হেক হেক যাংই ॥ ২৫ ॥

মনেম মকুবু উশিৎ থওইদবা বাহৈনা তাংবা চৈবা, লমচৎ ব্যবহার য়াওদবী নুপী, মতম পুম্নমক্তা থৎনচৈনবত্তা পাম্বী

স্বপতিং চ পরিত্যজ্য পরপুংসানুবর্ত্তিনী।
বল্গুলী গৃহগোধা স্যাদ্বিমুখী বাহথসর্পিণী ॥ ২৭॥
যঃ স্বগোত্রোপঘাতী চ স্বগোত্রস্ত্রী নিষেবণাৎ।
তরক্ষুঃ শল্লকো ভূত্বা ঋক্ষযোনিষু জায়তে ॥ ২৮ ॥
তাপসী গমনাৎ কামী ভবেন্মরুপিশাচকঃ।
অপ্রাপ্তযৌবনাসঙ্গাৎ ভবেদজগরো বনে ॥ ২৯ ॥
গুরুদারাভিলাষী চ কৃকলাসো ভবেন্নরঃ।
রাজ্ঞীং গত্বা ভবেদুষ্ট্রো মিত্রপত্নীং চ গর্দ্দভঃ ॥ ৩০ ॥

---

মুপীগুদি ঈশিংদা তিনফা ওইনা পোকলৈ, মপুরোইববু মানা ওয়বতা হোৎনরুনা মপুরোইবদা থমকা ভৌরিবী মহাক্চুদি হীক ওইনা পোকলৈ ॥ ২৬ ॥

মপুরোইববু থাদোক্চুনা অংতোপ্পা মুপাগা মরী থমলিবী অমুগুবী ওকত্রবী মুপী অদুদি চুব, লমহুই (বল্গুলী) অমদি মথৈ মকোক অনিমক্তা মকোক পানবা লিন ওই ॥ ২৭॥

অদুগুম্বা মুপা অদুনা মশাগী গোত্রবু থওইদনুনা মশানা গোত্র মানবী মুপীবু হায়বদি য়েক শপাই গোত্র মানবা মশাগী মরীমতা ওইবী মুপীবু তিন্নবা অমদি লৌরবদি শওম অমদি লাইরেনগী মপোকতা পোকই ॥ ২৮॥

লাইনিংবী তপস্বিনীগী মফমদা বলাৎকার শিজিন্নদুনা মথা পোলহনবা হায়বদি লাইনিংবী মুপীদা মানা অঙম তান্দুনা তিন্নবা মীশক অদুদি "পিশাচ" হায়বা মপোক জন্তু ওইদুনা পোক্তনা মপুনশি চুপ্পা মথোক কারকপগী মুঙাইবা থাংদবী মুপীগা তিন্নবৈ অমম্তুং জঙ্গলদ লাইরেন ওন্দুনা পোকলৈ ॥ ২৯ ॥

গুরুগী মুপীদা আশা তৌবা, অমম্তুং লমচৎ নত্তবা চৎপা মীশক্না মুমিৎয়ুংবী চুম ওইরৈ, নিংথৌগী মুপীদা মিথয়েং নত্তবা

শুদ্রগোবিড্‌বরাহঃ বৃষঃ স্যাৎ বৃষলীপতিঃ।
মহাকামী ভবেত্তস্তু স্যাদশ্বঃ কামলম্পটঃ॥ ৩১॥

মৃতস্যৈকাদশাহস্তু ভুঞ্জানঃ শ্বা বিজায়তে।
লভেদ্দেবলকো বিপ্রো যোনিং কুক্কুট সংজ্ঞিকাম্‌॥ ৩২॥

দ্রব্যার্থ দেবতা পূজাং যঃ করোতি দ্বিজাধমঃ।
স বৈ দেবলকো নাম হব্যকব্যেষু গর্হিতঃ॥ ৩৩॥

---

য়েংবা মীনা উট ওইনা পোকই, মক্লপকী সুপী য়েংবনা গাধা ওইনা পোকই॥ ৩০॥

সুপা মশেল তিন্নবনা অমাংবা চাবা ফত্রবা ওক ওইনা পোকই, ক্ষত্রিয় বৈশ্য ব্রাহ্মণ বর্ণ অহুমনা হন্থবা জাতি শূদ্রানীদা তিন্নবনা শন ওইনা পোকলে, অমসুং কামক্রীড়াদা লম্পট ওইবা (মশাদা অপেনবা লৈতবা) অয়াংমাদ য়েংদবা মীশকনা শগোল ওইনা পোকই॥ ৩১॥

অহল-লম্মন অমদি শাগৈগী শিবগী তন্নামাথোইনি শুবদা চারি থকদিবা চয়া হেক্রবা মীশক অচু হুই ওইনা পোকই, হায়রবদি ব্রাহ্মণগীনা তন্নানি মুম মাংলগা শুন্নামাথোইনিদা, ক্ষত্রিয়গী তন্নানিথোইনি মাংলগা তন্নাহমদোইদা শ্রাদ্ধ দিনগী মুমিত্তা শ্রাদ্ধ লোইত্রিত্তৈ মমুংদা চারিবা মীশক হুই ওই, পোৎ পাম্বদগী পূজা তৌরিবা "দেবলক ব্রাহ্মণ" য়েনগী মপোক ওইনা পোকলে॥ ৩২॥

লন পাম্বদগী লাইবু পূজা সেথানচিংবা তৌরিবা অয়ুক্তবা অতোনবা ব্রাহ্মণগী মমিং "দেবলক" কৌই, মহাক অচৌদি যজ্ঞদা পিতৃ শ্রাদ্ধদা ময়ম তৌবদা মতিক চাত্রবনি॥ ৩৩॥

মহাপাতকজান্ ঘোরান্নরকান্ প্রাপ্য দারুণান্।
কর্ম্মক্ষয়ে প্রজায়ন্তে মহাপাতকিনস্ত্বিহ ॥ ৩৪ ॥
খরোষ্ট্রমহিষীণাং হি ব্রহ্মহা যোনিমৃচ্ছতি।
বৃকশ্বানশৃগালানাং সুরাপা যান্তি যোনিষু॥ ৩৫ ॥
কৃমিকীট পতঙ্গত্বং স্বর্ণস্তেয়ী সমাপ্নুয়াৎ।
তৃণগুল্মলতাত্বং চ ক্রমশো গুরুতল্পগঃ॥ ৩৬ ॥
পরস্য যোষিতং হৃত্বান্যাসাপহরণেন চ॥
ব্রহ্মস্বহরণাচ্চৈব জায়ন্তে ব্রহ্মরাক্ষসাঃ॥ ৩৭ ॥

---

অসিগুম্বা ব্রাহ্মণ অসিদি মানা ফোজব পাপ অচুমক্তনা কংজবা অকিবগী মশক ওইরবা নরক্তা তারুরগা মর্ত্তলোক অসিদা অমুক লাকতুনা মথক্তা হায়গ্রিবা মপোক "ম্লেন" অমু ওইনা পোকলৈ ॥ ৩৪ ॥

ব্রাহ্মণ হাৎপা, জীব হাৎপা মীশকনা নরকী অরাবরু মতম কুইনা কংলুরগা গাধা, উট, ইরোই ওইনা পোকলৈ, অমুম্বা মরাই কাবা যু থকপা মীশক্না কৈশাল, হুই, লমহুইগী মপোক্তা পোকলৈ ॥ ৩৫ ॥

সনা হরানবা মীশক্না হন, ভীল, থৈরাম্বী ওইনা পোকলৈ, গুরুগী মুপীদা মিৎয়েং নত্তবা য়েংবনা নাপী. উয়ীমশা য়াম্না লোংবা গুল্ম কৌবা জাৎ, উয়ী, অচৌবা মশা লোংদবা মরী শাংনা চৎপা লতা কৌবা জাৎ ওইনা পোকলৈ॥ ৩৬ ॥

অতোপ্পা মীগী মুপীবু নত্তবা মিৎয়েং য়েংবা, অতোপ্পগী মরল মথুম হরানবা অমদি ব্রাহ্মণগী মরল মথুমু মাংহনবা মীশক অচুদি ব্রহ্মরাক্ষস হায়বচু ওই ॥ ৩৭ ॥

ব্রহ্মস্বং প্রণয়াৎ ভুংক্তে দহত্যাসপ্তমং কুলম্।
বলাৎকারেণ চৌর্য্যেণ দহত্যাচন্দ্রতারকম্॥ ৩৮॥
লোহচূর্ণাশ্মচূর্ণে চ বিষং চ জরয়েন্নরঃ।
ব্রহ্মস্বং ত্রিষু লোকেষু কঃপুমাঞ্জরয়িষ্যতি॥ ৩৯॥
ব্রহ্মস্বরসপুষ্টানি বাহনানি বলানি চ।
যুদ্ধকালে বিশীর্য্যন্তে সৈকতাঃ সেতবো যথা॥ ৪০॥
দেবদ্রব্যোপভোগেন ব্রহ্মস্বহরণেন চ।
কুলান্যকুলতাং যান্তি ব্রাহ্মণাতিক্রমেণ চ॥ ৪১॥

---

লৌথুপদে লৌকোই তৌদ্রুনা ব্রাহ্মণবু মুংশিনদ্রুনা থাজহল্লগা ব্রাহ্মণগী মরল চাথোকলিবা মীশক অহুদি পুরোন ভরেৎ নরক তাই, অদুগা বলাৎকারনা নমদুনা অর্থ হরাম্দুনা ব্রাহ্মণগী মরল লৌরবদি মাগী শাগৈ অহু থা থবাম্মিচাক্পা থোকলিবমচৈ নরকতা তাই॥ ৩৮॥

য়োৎপু কুপহনবা ঙমই, তুমহনবা ঙমই, নু বু তুমহনবা ঙমই, হবুম মহ ময়াই চমহনবা ঙমই. অদুবু ব্রাহ্মণগী মরলবু মাংহনবুবগী দোষ অদুবুদি মাংহনবা ঙবা কনাম্ব মরোল অহুম অসিদা লৈখিদরি॥ ৩৯॥

ব্রাহ্মণগী মপোৎ মরন হরুমগা য়োক থাকলিবা মচা মশুনচিংবা অদু নালগী মতমদা শগোল শামু রথ দোলাই অমদি থোংমী লানমী পুরুমক তুমতুম অমদি লৈদোইনা শাবা পনগুম্বা (থোংগুম্বা) মাংই॥ ৪০॥

লাইগী মপোৎ মচৈ লোমা চারবা, ব্রাহ্মণগী মপোৎমরল হরাম্বা, ব্রাহ্মণদু মাইথীবা পীরুবদগী অচৌ অচৌবা শাগৈদা পোকপা, ভোবগুবা, শক্তি লৈবা কয়া মাং তাকখি॥ ৪১॥

স্বমাশ্রিতং পরিত্যজ্য বেদশাস্ত্রপরায়ণম্ ।
অন্যেভ্যো দীয়তেদানং কথ্যতেঽয়মতিক্রমঃ ॥ ৪২ ॥
ব্রাহ্মণাতিক্রমো নাস্তি বিপ্রে বেদবিবর্জ্জিতে।
জ্বলন্তমগ্নিমুৎসৃজ্য নহি ভস্মনি হুয়তে ॥ ৪৩ ॥
অতিক্রমে কৃতে তার্ক্ষ্য ভুক্ত্বা চ নরকান্ ক্রমাৎ ।
জন্মান্ধঃ সন্দারিদ্রঃ স্যান্ন দাতা কিন্তু যাচকঃ ॥ ৪৪ ॥
স্বদত্তাং পরদত্তাং বা যো হরেচ্চ বসুন্ধরাম্ ।
ষষ্টিবর্ষসহস্রাণি বিষ্ঠায়াং জায়তে কৃমিঃ ॥ ৪৫ ॥

---

বেদ শাস্ত্র কনা খংহৈন্নুনন্নু, মনাক্তা চংজয়িবা, মরুম থুপ্তুনা লৈরিবা ব্রাহ্মণবু হন্দোক্লয়গা অতোপ্পদা দান তৌরিবা মহাক খন্থুবু "অতিক্রম" কৌই ॥ ৪২ ॥

অন্থুগা মশাক্না মরুম থুপ্তুনা লৈজয়বন্নু বেদ শাস্ত্র হৈহবা ব্রাহ্মণবু থাদোকপদি অতিক্রম কৌদে, মরমদি মৈচাক কনা চাকলিবা মৈদা হোম তৌবা নগুনা উত্তদি কনানন্নু হোম তৌনদে, অন্থুনা বেদহৈবা ব্রাহ্মণতবু অর্চ্চা পূজা দায়চিংবা তৌগদবনি ॥ ৪৩ ॥

হে গরুড় মরম অসিদগী শাস্ত্র খংবা পণ্ডিত ওইবা ব্রাহ্মণবু থোওইদবা, পূজা তৌদবা, দান তৌদবা মীশক অন্থুদি নরক্তা মথং মথং লৈরুরগা মপোক্লো ওইনা গর্ভদগী মমিত্তাংবা লাইয়বা ওই, অমম্নুং দান তৌরবা মীশক অন্থুদি ভীক্ষা নিবা মী ওইবদি মশানা ভাবনি ॥ ৪৪ ॥

কনাগুম্বনা কংপা. দান তৌবা ব্রাহ্মণগী লম ইংখোলন-চিংবন্নু হয়াল্লিবা মীশক অন্থুদি চহি লিশিং হুম্ফুতারা চুপনা অমাংবা কত্তবা চাবা হল ওই ॥ ৪৫ ॥

স্বয়মেব চ যো দত্ত্বা স্বয়মেবাপকর্ষতি।
স পাপী নরকং যাতি যাবদাভূতসংপ্লবম্ ॥ ৪৬ ॥
দত্ত্বা বৃত্তিং ভূমিদানং যত্নতঃ পরিপালয়েৎ।
ন রক্ষতি হরেদ্যস্তু স পঙ্গুঃ শ্বাঽভিজায়তে ॥ ৪৭ ॥
বিপ্রস্য বৃত্তিকরণে লক্ষধেনুফলং ভবেৎ।
বিপ্রস্য বৃত্তিহরণান্মর্কটঃশ্বা কপির্ভবেৎ ॥ ৪৮ ॥
এবমাদীনি চিহ্নানি যোনয়শ্চ খগেশ্বর।
স্বকর্ম্মবিহিতা লোকে দৃশ্যন্তেঽত্র শরীরিণাম ॥ ৪৯ ॥

---

মশানা ব্রাহ্মণদা দান তৌথোকপ্রবা পোৎ-চৈবু মশানা অমুক লৌশিনবা হুরানবা মীশকতু'দ প্রলয় ম্নোবা কাওবগী মতম চুপনা নরক তাই ॥ ৪৬ ॥

ব্রাহ্মণদা জীবিকা ওইনবা (হিংনবা) পীবা বৃত্তি হায়বদি সনা লুপানচিংবা অমদি লম-তু লৈপাক দান তৌগনি অমসুং মহবু মাংদনবসু ঙাকনি, মাদু ঙাকপগী মহুত্তা মাংহনবা মীশক অচুদি মথো'ঙেকপা ওই অমসুং হুইনি মপোক ওইনা পোকই ॥ ৪৭ ॥

ব্রাহ্মণগী হিংনবা বৃত্তি সনা লুপানচিবা পীবা মীশকুদি শনবী লক্ষা অমা দান তৌবগী ফল ফংই. ব্রাহ্মণগী বৃত্তিবু মাংহন্নবা মীশক অচুদি য়োং অমদি হুই ওইনা পোকই ॥ ৪৮ ॥

হে গরুড় নরকী অরবযু ফংলূবগা মর্ত্তলোক অসিদা লাকতুনা ককচা'বু ফংলিবা পাপচেবা জীবশিংনা চণ্ডাল- ভীল, হুই, ওরুচিংবগী মপোক্তা পোকপে অমসুং মিত্তাংবা, নাপংবা খো'ঙেকপা অসিনচিংবা খুদমশিং অসি ওইনা পোকই ॥ ৪৯ ॥

এবং দুষ্কর্ম্ম কর্তারো ভুক্ত্বা নিরয় যাতনাম্।
জায়ন্তে পাপশেষেণ প্রোক্তাস্বেতাসু যোনিষু ॥ ৫০ ॥
ততো জন্মসহস্রেষু প্রাপ্য তির্য্যক্ শরীরতাম্।
দুঃখানি ভারবহনোদ্ভবাদীনি লভন্তি তে ॥ ৫১ ॥
পক্ষিদুঃখস্ততো ভুক্ত্বা বৃষ্টিশীতাতপোদ্ভবম্।
মানুষং লভতে পশ্চাৎ সমীভূতে শুভাশুভে ॥ ৫২ ॥
স্ত্রীপুংসোস্তু প্রসঙ্গেন ভূত্বা গর্ভে ক্রমাদসৌ।
গর্ভাদিমরণান্তং চ প্রাপ্য দুঃখং ম্রিয়েৎ পুনঃ ॥ ৫৩ ॥

---

মতৌ অসুম্না: কত্তবা থবক তৌবা পাপচেনবশিংনা নরকী অৱাবা কংলুরগা লেংহৌরিব পাপ থরছু লোইনবগী দমক মহৈলোক অসিদা লাকগা মথকী হৈ ওকনচিংবগী মপোকতা অমুক পোকলৈ ॥ ৫০ ॥

মতুদগী চহি লিশিং কয়ামরুম মপোক লিংশিং কয়ামরুম শা-শনগী মপোক্তা পোকনা অৱাবা কোকথোং পুথনা পাপ অছু লোইনবা মতম কয়ামুক লেপ্পুনা লৈ ॥ ৫১ ॥

মনুষ্য শাগী মপোক কয়া পোকলুরগা নোংজু-নুংশা অয়িং অশাগী অৱাবা কংলিবা থাংলিবা উ-চকশিংগী মপোক কংলৈ, মতাংচুদা মশান তৌজবা কর্ম্মগী অফবা-ফত্তবগী চাংনা মান্নবা মতুংদা য়াম্না ৱান মীওইবগী মপোক্তা পোকপা কংলৈ ॥৫২॥

অদুগুম্বা মীওইবগী মপোক অদুদসু মানা মানা ওইগদবা মওং হ য়বদি নুপা নুপীগী নশক লৌরগা গর্ভদা চংই, অমসুং গর্ভ অদুদগী হৌরছনা হিংলিঙৈ মতম অদুকী মথৈ অদু অয়া অনা কয়ামুক থাংলম্লগা মাগী মাগী কংজগদবা মপুনশিংগী মতমদু ওরগা অমুক শিথি ॥ ৫৩ ॥

সমুৎপত্তির্বিনাশশ্চ জায়তে সর্ব্বদেহিনাম্ ।
এবং প্রবর্ত্তিতং চক্রং ভূতগ্রামে চতুর্ব্বিধে ॥ ৫৪ ॥
ঘটীযন্ত্রং যথা মর্ত্ত্যা ভ্রমন্তি মম মায়য়া ।
ভূমৌ কদাচিন্নরকে কর্ম্মপাশ সমাবৃতাঃ ॥ ৫৫ ॥
অদত্তদানাচ্চ ভবেদ্দরিদ্রো দরিদ্রভাবাচ্চ
করোতি পাপম্ ।
পাপপ্রভাবান্নরকে প্রয়াতি পুনর্দ্দরিদ্রঃ
পুনরেব পাপী ॥ ৫৬ ॥

---

হে গরুড় পোকপা অমদি শিবা হায়বসি হকচাং পারবা কাংবুতদা ওই, অসিগুবা পোকপা শিবগী চক্র অসি জরায়ুদগী (নাওয়োমদগী) পোকপা, মরুদগী পোকপা, মধা মপা য়াওদনা ময়মাই পোকপা, অতিয়াদগী পোকপা অসিগুবা মথল মখিগী থরাই পারবশিং অসিদা ওই ॥ ৫৪ ॥

থরাই পারবা পুরমক অসি চপ্পু শাবগী যন্ত্র (খুৎলাই) গী মতৌগুম লৈরুনা লৈ, অহগা মশানা তৌজখিবা কর্ম্মগী মহৈনা খুহমচন্দুনা করিগুবদা পৃথিবীদা পোকলৈ. করিগুবদনা নরকতা চৎলি ॥ ৫৫ ॥

মীওইবনা দান তৌদ্রবদি লাইরবা ওই, লাইরববদি পাপ তৌই, পাপকি মহৈদগী (প্রভাবতগী) নরকতা চৎলি, অমস্তুং অমুক হন্না লাইরবা ওই, মহুদগী অমুকন্থ পাপচেনবা ওই । ॥ ৫৬ ॥

অবশ্যমেব ভোক্তব্যং কৃতং কর্ম্ম শুভাশুভম্ ।
নাভুক্তং ক্ষীয়তে কর্ম্ম কল্পকোটিশতৈরপি ॥ ৫৭॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে পাপচিহ্ন নিরূপণো নাম পঞ্চমোঽধ্যায়ঃ।

---

অফবা কর্ম্মস্ত্র কণ্ডবা কর্ম্মস্ত্র, তৌক্লরিবা কর্ম্ম অদুগী মহৈদি শোয়দনা হৈ, লেয়া মাংদে, মদু শোয়দনবক ফংগনি, করিদগী তৌপ্রবা থবকী মহৈ হায়বসি চহি বল্প কোটি চাম হৈদ্রেনস্থ মাংথিবা মরৈত্রে, মদুবু চংদনা হায়বদি ফংদনা করিগুম্বদা লোইথিবা মাংথিবা হৈদ্রে ॥ ৫৭ ॥

মতাং অসিদা গরুড় পুরাণ সারোদ্ধারগী মচুংদা পাপকি থুদম হায়বা মমিংনা ওইবা মঙাশুবা অধ্যায় লোইরে ।

---

## অথ ষষ্ঠেঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচ

কথমুৎপদ্যতে মাতুর্জঠরে নরকাগতঃ।
গর্ভাদি দুঃখং যৎ ভুংক্তে তন্মে কথয় কেশব ॥ ১ ॥

---

গরুড়না হায়—

হে ভগবন্ নরককী লাকপা জীবনা মমাগী গর্ভদা কমদৌনা চংবগে অমসুং মতৌ করম তৌনা গর্ভদচিংবদা অবাবা ফংবগে মদু পুম্নমক ঐঙোন্দা তাকপিয়ু ॥ ১ ॥

বিষ্ণুরুবাচ -

স্ত্রীপুংসোস্তু প্রসঙ্গেন নিরুদ্ধে শুক্রশোণতে।
যথায়ং জায়তে মর্ত্ত্যস্তথা বক্ষ্যাম্যহং তব॥ ২॥
ঋতুমধ্যে হি পাপানাং দেহোৎপত্তিঃ প্রজায়তে।
ইন্দ্রস্য ব্রহ্মহত্যাস্তি যস্মিংস্তস্মিন্দিনত্রয়ে॥ ৩॥
প্রথমেহহনি চাণ্ডালী দ্বিতীয়ে ব্রহ্মঘাতিনী।
তৃতীয়ে রজকী হেতা নরকাগতমাতরঃ॥ ৪॥

---

শ্রীবিষ্ণুভগবাননা হায়ঃ -

হে গরুড় নুপী অমদি নুপা অনিনা তিন্নবদা, নুপীগী গর্ভদা নুপাগী বীর্য্য ( কথী ) নুপীগী রক্ত ( ঈ ) অনি অসি পূন্না লৈরুই অদুগুম্বা রক্ত-বীর্য্য অনিনা তিন্নবগা মথবাই পানবা ওইরকপগী মরম পূন্নমক ঐ হায়গে তাও॥ ২॥

ঋতু ওইরিবৈগী মুমিৎ হুমনিগী মনুংদা পাপচেনবশিং অদুগী হকচাং ওই, ঋতু হায়বসিনা ইন্দ্রদেব ( স্বরারেন ) না ব্রাহ্মণ হাৎলুবদগী পাপ অদুনি, ইন্দ্রনা বিশ্বরূপ কৌবা ব্রাহ্মণবু হাৎলুবগী ব্রহ্মহত্যাগী দোষ ফংখি, মতম অদুদা ইন্দ্রনা পাপ অদুদগী নাহোন্নবগীদমক পাপ অদুবু শরুক মরি খোক্লগা উদা অমা, পৃথ্বীদা অমা, ঈশিংদা অমা, নুপীদা অমা পীখি, মদুগী মহুত্তা মাগী মাগী বর অমমম পীখি [ মদু শ্রীমদ্ভাগবতগী ষষ্ঠ স্কন্ধগী মাপনশুবা অধ্যায়গী শ্লোক মাপন শুবনা হায়রি ] অদুগুম্বা ব্রহ্মহত্যাগী পাপ অদু নুপীশিংদা রজ [ ঈ ] গী মশক ওইনা থা খুদিংগী মুমিৎ হুমানি হুমনি উঠিবসিনি॥ ৩॥

অদুগুম্বা মুমিৎ হুমনি অদুগী অহানবা মুমিৎ অদুনা চণ্ডাল নিতোলগা মান্নৈ, অনিশুবা মুমিৎ অদুনা ব্রাহ্মণ হাৎপী, অহুম

কর্ম্মণা দৈবনেত্রেণ জন্তুর্দ্দেহোপপত্তয়ে।
স্ত্রিয়াঃ প্রবিষ্ট উদরে পুংসোরেতঃ কণাশ্রয়ঃ॥ ৫॥
কললং ত্বেকরাত্রেণ পঞ্চরাত্রেণ বুদ্বুদম্।
দশাহেন তু কর্কন্ধুঃ পেশ্যণ্ডং বা ততঃ পরম্॥ ৬॥
মাসেন তু শিরোদ্বাভ্যাং বাহ্বঙ্গাদ্যঙ্গবিগ্রহঃ।
নখলোমাস্থিচর্ম্মাণি লিঙ্গচ্ছিদ্রোদ্ভবস্ত্রিভিঃ॥ ৭॥
চতুর্ভির্ধাতবঃ সপ্ত পঞ্চভিঃ ক্ষুত্তৃড়ুদ্ভবঃ।
ষড়্ভির্জরায়ুণা বীতঃ কুক্ষৌ ভ্রাম্যতি দক্ষিণে॥ ৮॥

---

শুবা সুমিৎনা থোবী নিঙোলগুম মাংই, অমুম্না নুমিৎ হৌবনি অসি নরকতগী লাকলিবা পাপী শিংনা চংই ॥ ৪ ॥

ঈশ্বরগী থৌইনশিন্দগী মা মাগী কর্ম্মগী কল মতুংইন্না জীবনা হকচাং ফংনবগীদমক নুপা মুপীগী ঈ অমদি বীর্য্যগী মপান তাংনা ঈগা বীর্য্যগদা তোংতনা মনাগী গর্ভদা চংই। ৫ ॥

অহিং অমদদি ঈগা বীর্য্যগা তিন্নবতমক ওই অমম্লুং অহিং মঙাদদি কোজোলগী মতৌ ওইরে, অহিং তরাদদি বোড়োই অমগুম্না মতুম তারে, অমম্লুং য়েংবদা মতুংশিদদি শহুম অমগুম মতুম তারকলে ॥ ৬ ॥

থা অমা কাপ্পদি কোক পারে, থা অনিদদি পাম্বোম অমি খোংনচিংবা হকচাংগী শরুক পারে, থা অহুমদদি খুজিন, তু, শরু, উনশা অমদি হকচাংগী অথুপ্পা লিজনচিংবা অহোবা বার (খোং) পারে ॥ ৭ ॥

থা মরিদা উন তোং ঈ-নচি বা থ'তু তরেৎ, থ মঙাদা অরাম থৌরাংবা থংলে, থা তরুক্তা জরায়ু কোবা কুম্মোমনা য়োমহুনা মথাগী পুকী য়েৎথংবা শরুক্তা চৎলি ॥ ৮ ॥

মাতুর্জগ্ধান্নপানৈস্তৈরেধদ্ধাতুরসংমতে।
শেতে বিন্মূত্রয়োর্গর্ত্তে স জন্তুর্জন্তু সম্ভবে॥ ৯॥
কৃমিভিঃ ক্ষত সর্ব্বাঙ্গঃ সৌকুমার্য্যাৎ প্রতিক্ষণম্।
মুর্ছামাপ্নোত্যুরুক্লেশস্তত্রত্যৈঃ ক্ষুধিতৈর্মুহুঃ॥ ১০॥
কটুতীক্ষ্ণোষ্ণলবণরুক্ষাম্লাদি ভিরুল্বণৈঃ।
মাতৃভুক্তৈরুপস্পৃষ্টঃ সর্ব্বাঙ্গোত্থিতবেদনঃ।
উল্বেন সংবৃতস্তস্মিন্নন্ত্রৈশ্চ বহিরাবৃতঃ॥ ১১॥
আস্তে কৃত্বা শিরঃ কুক্ষৌ ভুগ্নপৃষ্ঠশিরোধরঃ।
অকল্পঃ স্বাঙ্গচেষ্টায়াংশকুন্ত ইব পঞ্জরে॥ ১২॥

---

জীব অহুনা মমানা চারক থক্লকপা চিঞ্জাক অহুগী মহাও রস অহু কংহুনা নোংম নোংমগী চংওথংলক্নুনা, থীংমুংগী ডুংনকম ওইরবা ভুকচয়বা জীবগী পোক্লকম অহুদা তিন কাংশুম্না হিপ্লুনা লৈ॥ ৯॥

জীব অহুগী নৌরবা মশা অহুদা, মমাগী গর্ভ মমুংদা লৈবা মপূক লাম্নবা তীলশিংনা চীকপনা মতম থুডিংদা যাম্মা য়াংনা থাংহনা লৈ অমসুং মহুদা হম্না হম্না বাহুহনা লৈ॥ ১০॥

মমানা চারক থক্লকপা পোংশিংগী মমুংদা অথাবা, অককপা, অয়াকপা, অশাবা, অশিনবা, অথৈবা মহাও কয়াগী রসনা ফংলকপদা নৌরবা হকচাং অহুনা থাংবা শুমদনা য়াবা বায়বহু ওই অমসুং থা ভরেৎ শুরকপলগী মশাদা জ্ঞান লৈরকলহুনা মপোক কয়াদা তৌখিবা কর্ম্মবু নিংশিংহুনা সংসারদা থোক্লগা বাক্লপদবহু কিবনা (মতাং অসিদা ভগবৎ ভক্তশিংদি হরিবু স্তুতি তৌই হায়না শ্রীমদ্ভাগবতনা বর্ণন তৌই) য়ানা লৈ॥ ১১॥

মমাগী মবুক মমুংদা মকোক অহ লুকথহুনা, মরেংবায়া য়াংথহুনা মশা থুপচিন্দুনা পিক্লবা চিন্নবা মমাগী গর্ভমুংদা

তত্র লব্ধস্মৃতি দৈবাৎ কর্ম্ম জন্ম শতোদ্ভবম্ ।
স্মরন্ দীর্ঘমনুচ্ছ্বাসং শর্ম্ম কিং নাম বিন্দতে ॥ ১৩ ॥
নাথমান ঋষিভীতঃ সপ্তবধ্রিঃ কৃতাঞ্জলিঃ ।
স্তুবীত তং বিক্লবয়া বাচা যেনোদরেঽর্পিতঃ ॥ ১৪ ॥
আরভ্য সপ্তমান্মাসাল্লব্ধবোধোপি বেপিতঃ ।
নৈকত্রাস্তে সূতিবাতৈর্বিষ্ঠা ভূরিব সোদরঃ ॥ ১৫ ॥

---

মশা অদু মরমাই লেং ওৎচবা কাওবা অমদি হায়-হয়া লৈজবা ঙমবদা মওংদা, শরূ পোরাং মসুংদা জীবনা য়াম্না বানা লৈ ॥ ১২ ॥

মতম অদুদা মমাগী গর্ভদা লৈনা লৈনা ঈশ্বরগী খুজিন্দগী মাগী মশাদা নিংশিংবগী শক্তি অমা লাকতুনা মপোক কয়ামুক মমাংদা ওইখিবা অদুদা তৌখিবা পাপ কর্ম্ম শিংবু নিংশিংলকই. মহুগী অরাবনা শুংশায়গী ফুইনা ফুইনা হোন্দুনা, করিগুম্বা মওংগী সুগাইবা হায়বদু অমত্তা লৈতনা য়াম্না বানা থাংতুনা লৈ ॥ ১৩ ॥

থাজু তরেৎনা পুন্নবা, হকচাংগী স্বভাব ওইবা অকি অথংনা তিল্লবা, হকচাংগী অমদি আত্মাগী তত্ত্ব খংনবা মুনি ঋষিগী মতৌগুম জীব অদুনা মানা সংসারদা থোক্লগা কংলুপদবা অরাবশিংদু থল্লবদা ভাবান্দা মথুং লোয়হনা তনিক তনিকপা ৱাহৈনা স্তুতি তৌই ॥ ১৪ ॥

থা তরেৎতগী তরা ফাওবগী মসুং অসিদা প্রস্তুতি মারুৎ কৌবা পোকলমদাইগী সুংশিৎনা মশাদা য়বদা মশাদু অমরোমদা অমুক অমরোমদা অমুক হায়-হমদুনা, লেংদনা লৈজবা ঙমদনা অমোৎপা অমাংবা মকয়গী তীলগুম্না বানা পোকপগী মতম

জীব উবাচঃ—

শ্রীপতিং জগদাধারমশুভক্ষয়কারকম্ ॥
ব্রজামি শরণং বিষ্ণুং শরণাগতবৎসলম্ ॥ ১৬ ॥
ত্বন্মায়া মোহিতো দেহে তথা পুত্রকলত্রকে।
অহং মমাভিমানেন গতোঽহং নাথ সংসৃতিম্ ॥ ১৭ ॥
কৃতং পরিজনস্যার্থং ময়া কর্ম্ম শুভাশুভম্।
একাকী তেন দগ্ধোঽহং গতাস্তে ফলভোগিনঃ ॥ ১৮ ॥
যদি যোন্যাঃ প্রমুচ্যেঽহং তৎস্মরিষ্য পদং তব।
তমুপায়ং করিষ্যামি যেন মুক্তিং ব্রজাম্যহম্ ॥ ১৯ ॥

---

ঙাইহুনা লৈ। (শ্রীহরিদা স্তুতি তৌরিবশিং অসিদি শ্রীহরিগী মনাই ওক ওইবাশিংত্তনি অতৈদি তৌদে) ॥ ১৫ ॥

জীবনা হায়খি :—

হে লক্ষ্মীগী মবুঙো, জগৎকি চংজকম ওইবা জগৎপু পুবিরিবা, ফত্তবা পুন্নমকপু মাংহনহিরিবা, চংজবা পুন্নমকপু ঙাকপিরিবা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্গী চরন্দা ননাইনা চংজরি ॥ ১৬ ॥

হে ভগবন্ ননাই ঐদি ইবুংঙো নংগী মায়ানা শুমহত্তুনা মপোগী শর্ভমচুংদা মচাগী মশক ওইবা, ঐগী হায়বা মাপল অসিনা মরম ওইহুনা হন্দোক হন্জিন নাইবা সংসারগী চক্র অসিদা তাহুনা লৈরে ॥ ১৭ ॥

ঐনা ইচা ইশু, শাগৈ-নাতৈগীদমক অফব থবক করা ফত্তবা থবক কয়া তৌখি, মহুগী ফলাফলদি মখোই পুন্নমকনা চাখি অদুগা মখোইদি তোঙান' লৈপ্রগ' ঐ ইতোমতা ফত্তবা থবকী মহৈ অদুগী মৈনা চাক্তুনা লৈরে ॥ ১৮ ॥

হে ভগবন্ ঐনা কংলিবা মপোক অসিদগী হেক লানবদা

বিণ্মূত্রকূপে পতিতো দগ্ধোঽহং জঠরাগ্নিনা।
ইচ্ছন্নিতো বিবসিতুং কদা নিয়ন্তিতে বহিঃ ॥ ২০ ॥
যেনেদৃশং মে বিজ্ঞানং দত্তং দীনদয়ালুনা।
তমেব শরণং যামি পুনর্মে মাঽস্তু সংসৃতিঃ। ২১ ॥
ন চ নির্গন্তুমিচ্ছামি বহির্গর্ভাৎ কদাচন ॥
যত্র যাতস্য মে পাপকর্ম্মণা দুর্গতির্ভবেৎ ॥ ২২ ॥
তস্মাদত্র মহৎদুঃখস্থিতোঽপি বিগতক্লমঃ।
উদ্ধরিষ্যামি সংসারাদাত্মানং তে পদাশ্রয়ঃ ॥ ২৩ ।

---

ঐনা নংবুত নিংশিংজনুনা নৈগনি অমম্লুং অরানবা খুবম হায়বদু কংনব। উপায় অহুতা খিজগনি ॥ ১৯ ॥

হৌজিক ঐহাক অসি অমাং অশোয় কত্ত-হৌদিগী কুহা গুবা মফম ইম'গী মপুক মনু' অসিদা পুক্ৰী মৈনা চাকতুনা লৈরে, হে ভগবন্ ঐ থুমমক মপাল খোকচনিংলে, ইবুঙো নংনা কৈদৌঙৈ ননাইবু গর্ভসিদগী মপালদা পুথোকপিগদগে ॥ ২০ ॥

ইবুংঙো নংনা ননাইদা নহানমুক্ৰী মপোক নিংশিংবা গুবা জ্ঞান অসি পীনবিরি, অদুনা ঐনা ইবুংঙো নঙোন্দা চংজর মরমদি অসিগুম্বা মায়াগী সংসার হন্দোক হজিল তৌবা অনিদগী লাম্থোকপা ওবহনবিয়ু ॥ ২১ ॥

হে ভগবান্ মসি পুম্মকসি খল্লবদা ননাই ঐগী পুক্নিংশি অরেম্মা লৈতবগুমনা; অমুকন্থ ঐনা গর্ভদগী মপাল খোক্লগা ঐনা তৌখিবা পাপ কর্ম্মগী ফল অদু চাক্লনি খনবদগী অমুকন্থ গর্ভ অসিদগী মপাল খোকচনিংদরে ॥ ২২ ॥

ঐনা গর্ভদগী মপান খোক্লবদি মথল কয়াগী অরাবন্থ নংলুরনি অদুগা অরাবশিং অহৃভগঃ মায়োকনবনা ইবুংঙো নংগী শ্রীচরণদু নিংশিংজবা, শ্রীচরন্দা চংজবা হায়বদুন্থ ওম্লমোই অদুনা

শ্রীভগবানুবাচ :—

এবং কৃতমতির্গর্ভে দশমাস্যঃ স্তুবন্নৃষিঃ।
সদ্যঃ ক্ষিপত্যবাচীনং প্রসূত্যৈ সূতিমারুতঃ ॥ ২৪ ॥
তেনাবসৃষ্টঃ সহসা কৃত্বাহবাক্ শির আতুরঃ।
বিনিষ্ক্রামতি কৃচ্ছ্রেণ নিরুচ্ছ্বাসো হতস্মৃতিঃ ॥ ২৫ ॥
পতিতো ভুবি বিন্মূত্রে বিষ্ঠাভূরিব চেষ্টতে।
রোরূয়তি গতে জ্ঞানে বিপরীতাং গতিং গতঃ ॥ ২৬ ॥

---

অসিগুম্বা গর্ভগী অৱাবা অসিদা লৈদুনসু মসি থল্লবা তৌদনা সংসার অসিদগী লাম্নবা লম্বী থীজরগে মকম অসিদা অন্নমক লৈজরগে, করিদগী হায়বদা মকম অসিদদি ইবুংঙো নংগী চরণগী আশ্রয় কংজরি অমসুং ইবুঙো নংনা পীনবিবা জ্ঞান অসিনা মরম ওইদুনা সংসার লাম্নবা লম্বীবু তাক্করগে ॥ ২৩ ॥

শ্রীভগবান্না হায় :—

হে গরুড় মতৌ অসুম তৌনা গর্ভদা লৈদুনা জীবনা অখোইবা বুদ্ধি ওইরিবা থা তরাগী ঋষিগী মশক ওইবা অঙাং অদুনা ঐবু স্তুতি তৌই, মতম অসিদা গর্ভগী প্রসূতি মারুত কৌবা মুংশিংবা মহাকপু মকোক্না মথা ওন্না গর্ভগী মপান্দা ইস্থরকই ॥ ২৪ ॥

অদুগুম প্রসূতি বায়ুনা থাহোৌদনা মকোকনা মথা ওন্দুনা ইস্থরকলবা অঙাংদুনা য়াথনথিবনা মুংশা শ্বর হোনবা কাওব শুমদনা শ্বর থিংদুনা পৃথিবীদা তারবদা মাখি হাম্নগী গর্ভদা লৈরিবৈদা ওইরবা লিংশিংবা থুদিং শুম্লবা ঈশ্বরনা পীবা বুদ্ধি অদু মাংথি ॥ ২৫ ॥

অদুম্না পৃথিবীদা তারবদা অমাং অশোয় ( খী যুং ) দা হিপ্লুনা অমাংবদা লৈবা তিনগী মতৌগুম ক্রং ক্রং ওন্দুনা থাখী হাম্নগী

গর্ভেব্যাধৌ শ্মশানে চ পুরাণে যা মতির্ভবেৎ।
সা যদি স্থিরতাং যাতি কো ন মুচ্যেত বন্ধনাৎ ॥ ২৭ ॥
যদা গর্ভাদ্বহির্যান্তি কর্ম্মভোগাদনন্তরম্ ।
তদৈব বৈষ্ণবী মায়া মোহয়ত্যেব পুরুষম্ ॥ ২৮ ॥
স তদা মায়য়া স্পৃষ্টো নকিঞ্চিদ্বদতেঽবশঃ।
শৈশবাদিভবং দুঃখং পরাধীনতয়াঽশ্নুতে ॥ ২৯ ॥
পরচ্ছন্দ ন বিদুষা পুষ্যমাণো জনেন সঃ ।
অনভিপ্রেতমাপন্নঃ প্রত্যাখ্যাতু মনীশ্বরঃ ॥ ৩০ ॥

---

খংবা ওম্বা জ্ঞান মাংগ্রবদা ওন্ন তৈনবা মওংদা হায়বদি করিস্থু খ দ্রবী মওং ওইনা ম্রান্না কন্না কন্না কপ্তুনা লৈ ॥ ২৬ ॥

হে গরুড় অচুগুবা বুদ্ধি অচুবু মীওইবনা গর্ভদা লৈরিঙৈদা শশ্মানগী মফমদা, অনাবনা খুত্থুম চন্নবা মফমদা, বেদ পুরাণ তারিঙৈ মতমদা খল্লি, খল্লিবা বাখল অচুগুম্বা মতম পুন্নমক্তা খনবা ঙম্লবদি সংসার অসিদগী লালোইদবা কনা লৈবগে ॥২৭॥

মানা মানা ভৌজবা কর্মগী ভোগ চাবা লোইরবা তুংদা জীবাত্মানা গর্ভদগী মপান্দা থোরকই, মতম অদুদা দৈবী মায়া (বৈষ্ণবী মায়া) না পুনশিন্দুনা করিস্থু খংহন্দনা থমই ॥২৮॥

মতম অদুদা মহাক অদো মায়ানা শুমহৎনা করিমত্তা খংবা ঙমদবা, ঙাংবা ঙমদবা হায়বদু ওইদুনা অঙাং ওইরিঙৈগী মতম্বু পরাধিন ওইনা হায়বদি মীনা মথাপোম্না লেপ্লি ॥ ২৯ ॥

মতম অদুদা অঙাং ওইবগী অপ্নাববু খংবিদবা মীওইবশিংনা মাবু য়োক-থাকপিদুনা, মানা পামজবা ওদুগা ওন্নতৈনবা হায়বদি মবুক মুঙাইত্তুনা কপ্পগা মপুক লাম্নবনি থম্না পীজ-পিথক তৌবা, লামদুনা কপ্পগনা মবুক মুঙাইত্রমাগে খন্দুনা হোৎনবা অসিনা-

শায়িতোঽশুচিপর্য্যঙ্কে জন্তুস্বেদজদূষিতে ॥
নেশঃ কণ্ডুয়নেঽগানামাসনোত্থান চেষ্টনে ॥ ৩১ ॥
তুন্দত্যামত্বচে দংশা মশকা মৎকুণাদয়ঃ।
রুদন্তং বিগতজ্ঞানং কৃময়ঃ কৃমিকং যথা ॥ ৩২ ॥
ইত্যেবং শৈশবং ভুক্ত্বা দুঃখং পৌগণ্ডমেব চ।
ততো যৌবনমাসাদ্য যাতি সম্পদমাসুরীম্ ॥ ৩৩ ॥
তদা দুর্ব্যসনাসক্তো নীচসঙ্গপরায়ণঃ।
শাস্ত্রসৎপুরুষাণাং চ দ্বেষ্টা স্যাৎ কামলম্পটঃ ॥ ৩৪ ॥

---

চিংবা জীবনা নিংবগী ওয়াতৈরবদা হোৎনবিবা, অসুম্না মানদি করিমত্তা হায়রবা ঙমদবা মওংদা খাংহুনা লৈ ॥ ৩০ ॥

কাং মানাচিংবগী মরক্তা লেংজবা কমু দা শুহৌহুনা মহুনা চীকপগী অরাবা কংই, মতুনা মশাবু কণ্ডবা ঙমদনা অমদি কমুং অহুদগী হৌগৎ কাংখৎচবা ঙমদনা অরবা খাংহুনা লৈ ॥৩১॥

অহণ্ডবা কমুং অহুদা মতৌ অসুম্না জ্ঞান লৈত্রবা জীব অহুনা কপ্পা কপ্পা মশাগী খোৎ-লৌরবা উনশা অহুদা কাং, তুমিৎ মানচিংবনা চীক্নুনা অচৌবা ভীম্না তিন মচাবু চীকপা অহুগুম্না লৈ ॥ ৩২ ॥

মতৌ অসুম্না অঙাং ওইরিবগী অরাবরু খাংনা খাংনা পৌগণ্ডগী অবস্থা য়োরে, মতুগী মতুংদা মথোক কায়কপা মতম যৌরবদা আসুরী সম্পত্তিনা হায়বদি মরাইকাবা পোৎ মরাই-কাবা থবক্তা পুকনিং চংহুনা মতুদা তাওহনা মতম পুবদা মথোই কাবা ওইহুনা লৈ ॥ ৩৩ ॥

অহুগুবা মথোক্কাবা মতমদদি শস্ত্র-কস্তুবা লমচৎ শ জৎ তমলকহুনা কণ্ডবা সঙ্গতা তৌহুনা. বেদ শাস্ত্রয়, মতিক মগুণ

দৃষ্ট্বা স্ত্রিয়ং দেবমায়াং তদ্ভাবৈরজিতেন্দ্রিয়ঃ।
প্রলোভিতঃ পতত্যন্ধে তমস্যগ্নৌ পতঙ্গবৎ ॥ ৩৫ ॥
কুরঙ্গমাতঙ্গপতঙ্গভৃঙ্গমীনা হতাঃ পঞ্চভিরেব পঞ্চ।
একঃ প্রমাদী স কথং ন হন্যতে যঃ সেবতে পঞ্চভিরেব পঞ্চ ॥ ৩৬ ॥
অলব্ধাভীপ্সিতোঽজ্ঞানাদিদ্ধমন্যুঃ শুচাৰ্পিতঃ ॥
সহদেহেন মানেন বর্দ্ধমানেন মন্যুনা ॥ ৩৭ ॥

---

লৈবা মী, অকবা অচুবা তাংবা ভোবদু য়েরুদুনা নিংদা ভোঙুনা অপাবা শুংশিবদা কা হেনবা ওইদুনা মতম লেন্দুনা লৈ ॥ ৩৪ ॥

ঈশ্বরগী মায়াগী মশক ওইরবা অদুগুবা নুপী হায়বদুবু হেক উরুবদা মহাক্তী বাখল পুকখল ইন্দ্রিয় পুম্নমক শুমহৎখিদুনা মশাগী ইন্দ্রিয়বু খুদুমচনবা ঙম্নতবনা মহৈদা মৈরাবীনা মৈদা ভোবগুম্না অঙকপা অকিবগী মশক ওইবা অমম্বদা তাদুনা লৈ ॥৩৫॥

হে গরুড় তাও :—শজিনে, শামুনে মৈরাবীনে, খোইমুনে অমমং তানে মতা অসি মশাগী ইন্দ্রিয় অমতংগী পেম্নবা হোৎনবদা অরাবা নংই, অশিবা নংই, মখোই অসিনা মশা মথন্তুনা তপথ-দবদগী মশাগী ইন্দ্রিয় মঙানা (মিৎ, নাকো', নাতোন, লৈ উনশাগী) বিষয় মতাবু চানবা হে'ৎনবদা (মিৎকি উনিংবা উনবা, নাকো'গী তানিংবা তাবনচিংবা) পেম্নবা হোৎনবদা মথরাই থাই, অরাবা অশিবা নংই মপুনশি অরেহদা মা ই ॥ ৩৬ ॥

জীবনা মখেক কারকপগী মতম য়োৗরক্লবদা মশাগী মপুক্তিং তাবা পোৎপু ফংদ্রবদা, মশাদা জ্ঞান লৈতবনা মরম ওইদুনা অশাওবা হেনগৎলকই, অমসুং মদুগীদমক খন্দুনতা লৈ, মদুমক্তি মা মাগী মশানা নেংম নোংমগী চাওখৎলকপগী মতুংইন্না অদু-গুবা অশাওবা অদুসু নে'ম নো'মগী হেনগৎলকই ॥ ৩৭ ॥

করোতি বিগ্রহং কামী কামিধংত্তায় চাত্মনঃ।
বলাধিকৈঃ স হন্যেত গজৈরন্যৈর্গজো যথা ॥ ৩৮ ॥
এবং যো বিষয়াসক্ত্যা নরত্বমতিদুর্লভম্।
বৃথা নাশয়তে মূঢ়স্তস্মাৎ পাপতরো হি কঃ॥ ৩৯ ॥
জাতীশতেষু লভতে ভুবি মানুষত্বং তত্রাপি
দুর্লভতরং খলু ভোদ্বিজত্বম্।
যস্তন্ন পালয়তি লালয়তীন্দ্রিয়াণি তস্যামৃত
ক্ষরতি হস্তগতং প্রমাদাৎ ॥ ৪০ ॥

---

অদুগীতুংদা কাম (অপাম্বা) অচুনা মমিৎতাংবা ওইদুনা। মলাগী অপাম্বগী মৈচাক মুংনবা হোৎনবদা, অভোঙ্গা মাগুম্বা কামী অমগা থৎনু-চৈনবা থোংবুকলে, মতমদুদা অতোঙ্গা কামী অতুনা কনবা রেঙ্গমদুনা মংবু ফুই হাৎলি, করিগী মতোংগুম্বা শামু লংবা অমনা শামু লংবা অমবু তৌবগুম্না ॥ ৩৮ ॥

মতৌ অসুম তৌনা বিষয় ভোগ তৌবদ পেন্দবা ওইবদগী কংদুমদ্রবা মীওইবগী মপোক অংসিবু অরেমদা মাংহল্লি, মশিদগী হেন্না পাপ চেনবা কনা অমা লৈব্রিবগে ॥ ৩৯ ॥

অসিগুম্বা পৃথ্বি অসিদা পোক্লরিবা জীব মথল চাম চামদগী মীওইনা পোকপা হায়বসিনা থোইনা কদুমদ্রবনি, মশিদগীসু ব্রাহ্মণ ওইনা পোকপা হায়বসিনা অমুকসু লুরবা ফংবদা বাল্লবা মপোকনি, মতৌ অসুম্বা অদুগুম্বা মশক্লা মীওইনা পোকপবু ফংলগা অফবা লম্বীদা চৎপা ডুমদ্রবা অমদি ইন্দ্রিয় খিবিক্কী বিষয় চংনবা হোৎনবদ মপূকনিং চংদুনা লৈরবদি, মখুত্তা লাক্লবা অমৃতবু ডাঁওবদগী লৈপাক্লা হৈদোকচবগুম্বনি ॥ ৪০ ॥

তত্তস্তাং বৃদ্ধতাং প্রাপ্য মহাব্যাধিসমাকুলঃ।
মৃত্যুং প্রাপ্য মহদ্দুঃখং নরকং যাতি পূর্ব্ববৎ ॥ ৪১ ॥
এবং গতাগতৈঃ কর্ম্মপাশৈর্ব্বদ্ধাশ্চ পাপিনঃ।
কদাপি ন বিরজ্যন্তে মম মায়াবিমোহিতাঃ॥৪২॥
ইতি তে কথিতং তার্ক্ষ্য পাপিনাং নারকি গতিঃ।
অন্ত্যেষ্টি কর্ম্মহীনানাং কিংভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি॥ ৪৩ ॥

ইতি শ্রীগরুড়পুরাণে সারোদ্ধারে পাপিজন্মাদি দুঃখ
নিরূপণো নাম ষষ্ঠোঽধ্যায়ঃ॥

---

মথোক কারকপদগী মথং মথং তপ্না তপ্ন হন্দুরকপা মতমদা মথল মথলগী অনা অয়েকনা খুত্থম চল্লকই, মমৈথংদা শিরবা মতমদদি হ'নগী মতৌগুম্না নরক্তা তাই ॥ ৪১ ॥

মতৌ অসুম্না ঐগী মায়ানা শুমহৎতুনা মানা মানা তৌজরুবা কর্ম্ম'গী মহৈনা পুম্নূনা, সংসারগী হন্দোক হল্লিলগী হায়বদি অমুক পোকপা অমুক শিবা হায়বা চক্র অসিদা তাত্নুনা করিংগুমদা সংসারবু বৈরাগ্য ওইবা হায়বদি সংসারবু পামদবা থাদোকপা হায়ংক্কু ওইবা ঙমদে ॥ ৪২ ॥

হে গরুড় ঐনা ন'ঙোন্দা নরক্তা তাবা পাপীশিংগী কংগনবা গতি ( লমথেন ) অহু হায়রে, অমসুং অন্ত্যেষ্টি কৌবা মীনা শিরবা ভুংদা পিণ্ডদানচিংবা তৌবা হৌনবহু তৌদবশিংগী লমথেনবুসু হায়রক্র হৌজিক মসিগী মথাদা করি অমুক তানিংলিবগে ॥৪৩॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী মনুংদা পাপ চেনবশিংগী পোকপগী অরাবা হায়বা মরিংনা ওইবা তরুক শুবা অধ্যায় লোইরে ॥

## অথ সপ্তমোঽধ্যায়ঃ

সূত উবাচ

ইতি শ্রুত্বাতু গরুড়ঃ কম্পিতোঽশ্বত্থপত্রবৎ।
জনানামুপকারার্থং পুনঃ প্রপচ্ছ কেশবম্॥ ১ ॥

গরুড় উবাচ

কৃত্বা পাপানি মনুজাঃ প্রমাদাদ্বুদ্ধিতোপিবা।
ন যান্তি যাতনা যাম্যাঃ কেনোপায়েন কথ্যতাম্ ॥ ২ ॥
সংসারার্ণবমগ্নানং নরাণাং দীনচেতসাম্।
পাপোপহত বুদ্ধীনাং বিষয়োপহতাত্মনাম্॥ ৩ ॥
উদ্ধারার্থ বদ স্বামিন্ পুরাণার্থ বিনিশ্চয়ম্।
উপায়ং যেন মনুজাঃ সদ্গতিং যান্তি মাধব॥ ৪ ॥

---

সূত মুনিনা হায়ঃ- হে শৌনকচিংবা ঋষিশা মতৌ অসুম তৌনা গরুড়ন পাপকী লাম্বলবু তাক্লরগা মশাগী মাখোংনাং মনাদা মুংশিংনা য়েরবদা ভনিক ভনিকপগুম নিক্লদুনা মীওইবগী ফনবগীদমক কেশব ভগবান্দা হংজখি ॥ ১ ॥

গরুড়না হয়ঃ—হে ভগবন্ মীওইবনা অজ্ঞ'ন ভাদবদগী ওইরবসু নত্রগা মশানা খংনা, পুকনিং চংনা তৌখিবা পাপ অদুদগী ওইরবসু যমগী অবাবা ফংদনবা করিগুম্বা উপায় লৈরবদি মঙু তাকপিয়ু ॥ ২ ॥

সমুদ্রগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা লুপলবা, অমসুং পাপকি থবকনা মশাগী বুদ্ধি মাংলবা, ইন্দ্রিয়গী বিষয় চারবদগী মপুকনিং মোৎলব অদুগুম্বা অভোনবা থমোই ওইবা মীশকশিংগী লানবিরবগী উপায়বু পুরাণ শাস্ত্রনা হায়বা অয়েক্পা উপায়দুসু

শ্রীভগবানুবাচ

সাধু পৃষ্টং ত্বয়া তার্ক্ষ্য মানুষাণাং হিতায়বৈ।
শৃণুষ্বাবহিতো ভূত্বা সর্ব্বং তে কথয়াম্যহম্॥ ৫॥
দুর্গতিঃ কথিতা পূর্ব্বমপুত্রাণাং চ পাপিনাম্।
পুত্রিণাং ধার্ম্মিকাণাং তু ন কদাচিৎ খগেশ্বর॥ ৬॥
পুত্র জন্মাবরোধঃ স্যাৎ যদি কেনাপি কর্ম্মণ।
তদা কেনাপ্যুপায়েন পুত্রোৎপত্তিং প্রসাধয়েৎ॥৭॥
হরিবংশ কথাং শ্রুত্বাশতচণ্ডী বিধানতঃ।
ভক্ত্যা শ্রীশিবমারাধ্য পুত্রমুৎপাদয়েৎ সুধীঃ॥ ৮॥

ঐত্তোন্দা নংবা তাকপিয়ু, হে মাধব মহুনা মীওইবশিংগী অথোইবা লম্বেল (গতি) ফংজহৌরগনি অসুম্না গরুড়না শ্রীভগবান্দা হায়জখি॥ ৩॥ ৪॥

শ্রীভগবাল্না হায়খি হে গরুড় নংনা মীওইবশিংগী কান্নবগী দময় হংলিবসি য়াম্না ফবনি, মহাকপী মশকনি নংনা নিংথিনা তারো মহুগী উপায় পুম্নমক ঐ মথং মথং হায়রগে॥ ৫॥

অহানবদা মচানুপী দুখ। পোক্তবা পাপচেনবশিং অহুগী ফংগদবা লম্বেলদু হায়রিবা অহুগুম্না মচাপোকপা ধর্ম্মচেনবশিং অদুদি মহু ওইরোই॥ ৬॥

করিগুম্বা ফগুবা থবক অমা তৌরুবগী মহৈনা (পাপনা) মচা পোকপগী শক্তি মাংখিহুনা মচা লৈত্রবদি মহু করিগুম্বা উপায় অমা খিদুনা করম তৌরগা মচা কায়বদু ফংগদগে হায়বা উপায় অহুমক শিজিন্নহুনা মচা পোকপা হায়বা অহুমক ওইনবা হোৎনগদবনি॥ ৭॥

হরিবংশ পুরাণগী ৱারী তাদুন', অমদি শতচণ্ডীগী বিধিগী মতুংইন্না, অমদি ভক্তিগা লোইননা শিববু পূজা অর্চ্চা আরাধন তৌদুনা, মচা ফংনবা বিধান কয়া শিজিন্নহুনা মচা থায় হায়বদু লৈনবা হোৎনগদবনি॥ ৮॥

পুন্নাম্নো নরকাদ্যস্মাৎ পিতরং ত্রায়তে সুতঃ।
তস্মাৎ পুত্র ইতি প্রোক্তঃ স্বয়মেব স্বয়ম্ভুবা ॥ ৯ ॥
একোপি পুত্রো ধর্ম্মাত্মা সর্ব্বং তারয়তে কুলম্।
পুত্রেণ লোকাঞ্জয়তি শ্রুতিরেষা সনাতনী ॥ ১০ ॥
ইতি বেদৈরপি প্রোক্তং পুত্রমাহাত্ম্যমুত্তমম্।
তস্মাৎ পুত্রমুখং দৃষ্ট্বা মুচ্যতে পৈতৃকাদৃণাৎ ॥ ১১ ॥
পৌত্রস্য স্পর্শনান্মর্ত্ত্যোমুচ্যতে চ ঋণত্রয়াৎ।
লোকানন্ত্যেদ্দিবঃ প্রাপ্তিঃ পুত্র পৌত্রপ্রপৌত্রকৈঃ ॥ ১২ ॥

---

করিগীদমকনো হায়রবদা মচা মপা হৌরবসিনা "পুং" কৌবা নরক তাপদবদগী মচানুপা পোকপা হায়বসিতনা মপাবু কল্লি নরক তাহনদে, মরম অসিদগী ব্রহ্মা হশামক্না মচানুপা হায়বা অসিবু "পুত্র" অস্রম্না কৌরম্মবনি ॥ ৯ ॥

করিগুম্বদা ধর্ম্ম চৎবা মচানুপা অমত্তং হেক পোকচবদা মচুগী কলনা শাগে অচুম্বা নরকশিংগী কল্লবনি, মচানুপা পোকপনা হিংলিঙ্গেগী মতম্দসু অহুগুম্বা লোক অদুবু জয় তৌরবনি, অসুম্না বেদনা শ্রুতিনা মতম পুম্নমক্তা হায়দুনা লাওহনা লাক্লবনি অদুনা মচানুপা পোকপদনা সংসারবু লাম্মিরবনি ॥ ১০ ॥

অসুম্না মচা মপা ধার হায়বসিগী ( মাহাত্ম্য ) গাপবু বেদ ফাওবনা অসুম্না ইরম্মবনি, মরম অসিদগী মচাগী মাইথোংবু হেক উবদা পিতৃঋণ কৌবা ইপা ইপুগী লম্মমগী কোক্লবনি ॥ ১১ ॥

মশুপুপাবু ফংহুনা হেক শোক্লবা ফংলবা মহাক্তুনি লম্মন অহনবদগী লায়রবদি লাইগী লম্মন, ঋষিশিংগী লম্মন, ইপা ইপুগী লম্মমগী কোক্লবনি, অদুনা মচানুপা মশুনুপা, গুপাবু ফংজরবদি লোক কয়ামুকপু লাম্লে তুনা স্বর্গ লোক ফংই ॥ ১২ ॥

ব্রহ্মাঢ়োপুত্রো নয়তি সংগৃহ্যাত্মধো নয়েৎ ॥
এবং জ্ঞাত্বা খগশ্রেষ্ঠ হীনজাতিসুতাংস্ত্যজেৎ ॥ ১৩ ॥
সবর্ণেভ্যঃ সবর্ণাসু যে পুত্রা ঔরসাঃ খগ ॥
ত এব শ্রাদ্ধদানেন পিতৄণাং স্বর্গহেতবঃ ॥ ১৪ ॥
শ্রাদ্ধেন পুত্রদত্তেন স্বর্যাতীতি কিমুচ্যতে ॥
প্রেতো হি পরদত্তেন গতঃ স্বর্গমথো শৃণু ॥ ১৫ ॥

---

ব্রহ্মবিবাহনচিংবনা বিবাহ তৌরবা বর্ণমায়ব' মুপীমা পোকপা মচানা মপাবু স্বর্গ কাহল্লি, অদুগা উপপত্নী হায়বদি অকোয়বী মুপী মমা লপানা ভাক লেম্নবা য়ুমদা থমলিবী মুপী বিবাহদি তৌরিবীমা পোকপা মচানা মরক্তা মপাবু ভাহল্লি, মরম অসিদনী হে গরুড় হন্নবা জাতিনচিংবনী মচা হায়বদি জ্ঞান তৌনা থংনা থাদোকদবনি হায়বদি অচুগুম্বা মচা পোক্তনবা অদুগুম্বা বিবাহ মতৌমু তৌরোইদবনি ॥ ১৩ ॥

মরম অসিনা হে গরুড় জাতি মাম্নবী মুপীগী গর্ভদা জাতি ম'রবা মুপানা পোকপা মচাবু "ঔরস পুত্র" কৌই, অসিগুম্বা ঔরস পুত্র অসিনা মপা মপুগী শ্রাদ্ধ দায়চিংবগী থবক্তা পিতৃলোক হায়বদি ইপা ইপুশিংনা স্বর্গ কাবা ঙমই ॥ ১৪ ॥

মচা হায়বা অসিনা শ্রাদ্ধ দায়চিংবা তৌবনা মপানা স্বর্গ কংই হায়বসিদা হে গরুড় করি চিংনকম লৈবগে. মচানা মপাগী শ্রাদ্ধ দায়চিংবা তৌবদি থম্ থমথো কনাগুম্বা মরি তকলৈ লৈতদবা অতোপ্পা কনাগুম্বনা তৌবা শ্রাদ্ধদগীমু প্রেত অমা স্বর্গ কংখি মহুগী বারীমু লিগে তাও ॥ ১৫ ॥

অত্রৈবোদাহরিষ্যেহেমিতিহাসং পুরাতনম্ ॥
ঊর্দ্ধদৈহিকদানস্য পরং মাহাত্ম্য সূচকম্ ॥ ১৬ ॥
পুরা ত্রেতাযুগে তার্ক্ষ্য রাজাসাদ্বভ্রুবাহনঃ ॥
মহোদয়ে পুরেরম্যে ধর্ম্মনিষ্ঠো মহাবলঃ ॥ ১৭ ॥
যজ্বা দানপতিঃ শ্রীমান্ ব্রহ্মণ্যঃ সাধুবৎসলঃ ॥
শীলাচার গুণোপেতো দয়াদাক্ষিণ্য সংযুতঃ ॥ ১৮ ॥
পালয়ামাস ধর্ম্মেণ প্রজাঃ পুত্রানি বৌরসান্ ॥
ক্ষাত্রধর্ম্মরতো নিত্যং স দণ্ড্যান্দণ্ডয়ন্নৃপঃ ॥ ১৯ ॥

---

ঐসা হৌজিক মশিগী বিষয়দা মথাংদৈগী কুইরবা লিরবা ইতিহাস অমা পুরংগী মশক ওইনা হায়রগ মচ ঔর্দ্ধ্বদৈহিক দান — শিরাদ্ধ তৌবা হৌনবা দানগী অথোইবা মগুণবু ঐ। হায়রগে গরুড় নং তাবো ॥ ১৬ ॥

হে গরুড় মমাংদৈদা ত্রেতা যুগতা রাজা কজরবা মহোদয় কৌবা খুনং অমদা ধর্ম্মচেম্লবা মপাঙ্গলদু রাজা কজরবা বভ্রুবাহন কৌবা লিংখৌ অমা লৈরম্মী ॥ ১৭ ॥

মহাক অচু মতম পুম্নমক যজ্ঞ তৌদুনা, দানচিংবা তৌবা, মরম লৈবা অমদি ব্রাহ্মণবু নুংনা তৌজবা, অফবা মীবু নুংনা চান্না তৌবা, লমচৎ ফজবা, শাজৎ লীচৎ চুম্না চৎপা মগুণ চেনবা, মীবু ঙাকপীবা অমদি হৈশিংলবা লিংখৌ অমনি ॥ ১৮ ॥

ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্ম ওইবা লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংলবা, ধর্ম্ম কায়দনা প্রজাবু মচাগী মতোগুম্না যোকথাকপা অমদি মরাল লৈবা মীবুনা মতিক চাবা দণ্ড পীদুনা লৈবাক ঙাকপা লিংখৌনি ॥ ১৯ ॥

স কদাচিন্মহাবাহুঃ সসৈন্যো মৃগয়াং গতঃ ॥
বনং বিবেশ গহনং নানা বৃক্ষসমাম্বিতম ॥ ২০ ॥
নানা মৃগগণাকীর্ণং নানা পক্ষিনিনাদিতম ॥
বনমধ্যে তদারাজা মৃগং দূরাদপশ্যত ॥ ২১ ॥
তেন বিদ্ধো মৃগাস্তীব্রবাণেন সুদৃঢ়েন চ ॥
বাণমাদায় তং তস্য বনেঽদর্শন মেয়িবান্ ॥ ২২
কক্ষেণ রুধিরাদ্রেণ স রাজাঽনুজগাম তম্ ॥
ততো মৃগপ্রসঙ্গেন বনমধ্যে বিবেশ সঃ ॥ ২৩ ॥

---

নোংথদি মপাখোম কালবা নিংথৌ অসিনা মাগী তেজোল পুথফুনা শিকার ভোমথগৌবক বন অমদা চংখি, বন অহু উমরায়া কুনা হৌবনা য়ায়া শুনবা চাওরবা বন অমা ওইরমই ॥ ২০ ॥

মথল মথ অয়াম্বা যন্দা নৈবা জীবশিংনা থল্লবা বন অথনি, মথল মথা য়াম্রবা উচেকশিংনা নিম খোংফুনা নৈবা বন্নি, মতম অফুদা নিংথৌ অফুনা অরাপ্পদা শজি অমা উখি ॥ ২১ ॥

শজি অদুবু হেক উবমতদা নিংথৌ অফুনা মাঙ্গি থৌরবা তেন অমা কাপখিফুনা তেন অফুনা শজিদা পাল্লুরে, অদুবু শজি অফুনা তেন অদু পুরফুনা চেনখিবনা থংহৌদনা মশক উখিদরে ॥ ২২ ॥

নিংথৌ অফুনা শজি অদুগী মশাদা তেমা থাবগী মাপী মথক্কা ভারিবা ঈ মরিক মরিকী খোদংল লীংনা অহুম অহুম চংখিবনা অতোপ্পা (জঙ্গল) বন অমদা অমুক থুংলুরে ॥ ২৩ ॥

ক্ষুৎক্ষামকণ্ঠী নৃপতিঃ শ্রমসতাপ মূর্চ্ছিতঃ ॥
জলাশয়ং সমাসাদ্য সাশ্চ এববগাহত ॥ ২৪ ॥
পপৌ তদুদকং শীতং পদ্মগন্ধাদিবাসিতম্ ॥
ততোঽবতীর্য্য সলিলাদ্বিশ্রমো বভ্রুবাহনঃ ॥ ২৫ ॥
দদর্শ ন্যগ্রোধতরুং শীতচ্ছায়ং মনোহরম্ ॥
মহাবিটপবিস্তীর্ণ পক্ষি সঙ্ঘ নিনাদিতম্ ॥ ২৬ ॥
বনস্য তস্য সর্ব্বস্য মহাকেতুমিব স্থিতম্ ॥
মূলং তস্য সমাসাদ্য নিষসাদ মহীপতিঃ ॥ ২৭ ॥

---

মতম অদুদা মবুক লাম্লগা নিংথৌনা খৌনাও কাওবা থক-থক কংবনা য়াম্না থানা লাকপনা ঈশিং নৈবা পুখ্রি পাংকুম্বা কজরবা ঈশিং তুংবা মকম অমা উবা ফংদুনা মকম অদুদা থিন্দনা চংখি ॥ ২৪ ॥

ববগী মসুংদা চংলগা বভ্রুবাহন নিংথৌনা কজরবা ইংলবা থম্বালগী মনম্বা চুববা ঈশিং অদু থুজোক থম্না থকুনা চোকথরবা হকচাং অদু তেকথংনবা মকমদুদগী থরদং অমুক লাক্লগা পোখাখি ॥ ২৫ ॥

মকম অদুদা পুকনিংহরবা চাওরবা, ইংলবা উরুম পীবা বট পাম্বী অমা হৌবা উরে, মাগী মশানা পাক্লা শন্না মাইকৈ মরিদা শন্দোকলি, মাগী মশাদা তোংদুনা উচেকশিংনা নিল খোংলি ॥ ২৬ ॥

বট পাম্বী অদুগী মশানা পাক-শন্না হৌবা অদুনা বন অদু শিন্দুংবগুম উরি. নিংথৌনা উপাম্বী অদুগী মখাদা চংদুনা ফমথরে ॥ ২৭ ॥

অথ প্রেতং দদর্শাসৌ ক্ষুত্তৃড্ভ্যাং ব্যাকুলেন্দ্রিয়ম্ ॥
উৎকচং মলিনং কুব্জং নির্মাংসং ভীমদর্শনম্ ॥ ২৮ ॥
তং দৃষ্ট্বা বিকৃতং ঘোরং বিস্মিতোবভ্রুবাহনঃ ॥
প্রেতোঽপি দৃষ্ট্বা তং ঘোরামটবীমাগতং নৃপম্ ॥ ২৯ ॥
সমুৎসুকমনা ভূত্বা তস্যান্তিকমুপাগতঃ ॥
অব্রবীত্তু তদা তার্ক্ষ্য প্রেতরাজো নৃপং বচঃ ॥ ৩০ ॥
প্রেতভাবো ময়া ত্যক্তঃ প্রাপ্তোঽস্মি পরমাং গতিম্ ॥
ত্বৎ সংযোগান্মহাবাহো জাতো ধন্যতরোঽস্ম্যহম্ ॥ ৩১ ॥

---

মতম অদুদা য়ুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা, মশম চপ-চপ য়ুংলবা, মোংলবা হকচাং, শরাম খোয়াংবনা য়াম্বা অমদি মশাক্ক শক্ত মপুনশুম্বা শদোং য়াওরবা মক্তুং কংলবা. মনম পোল্লবা প্রেত অমা ফমহৌনা লৈবা মতৌ অদু নিংথৌ বভ্রুবাহননা উরম্মই ॥ ২৮ ॥

বভ্রুবাহন নিংথৌনা মাবু উরগা য়াম্না ঙকুম্মই. অদুগা প্রেত অদুনস্থ মপ মল্ল চাওরবা নিংথৌ অদুনা অদুক শুরুবা বন অদুদা লাকপা অদু উরগা খোইদোক্লা ঙকুম্মই ॥ ২৯ ॥

প্রেতরাজ অদুনা য়াম্না নুংশাইহনা। শুকথবহুনা অরাবগী মতৌগা লোইননা নিংথৌ অদুগী মনাক্তা চংলক্লুনা নিংথৌ অদুদা হায়রকখি ॥ ৩০ ॥

হে পাথোম কল্লবা নিংথৌ ! নংবু উজবদগী নংগা তিন্নজবা অসিদগী ঐহাক প্রেত ওইরবা অদু কোকলে প্রেত ওইদরে, অংথোইবা মপোক অমা ওইরে হায়বা য়ারে, নংবু উজবদগী ঐহাক অসি ধন্য ওইরে মঙল ওইদরে ॥ ৩১ ॥

রাজোবাচঃ—

কৃষ্ণবর্ণকরালাস্ত প্রেতত্বং ঘোরদর্শনম্ ॥
কেনকর্ম্মবিপাকেন প্রাপ্তং তে বহ্বমঙ্গলম্ ॥ ৩২ ॥
প্রেতত্বকারণং তাত ব্রূহি সর্ব্বমশেষতঃ ॥
কোঽসি ত্বং কেন দানেন প্রেতত্বং তে বিনশ্যতি ॥ ৩৩ ॥

প্রেত উবাচঃ—

কথয়ামি নৃপশ্রেষ্ঠ সর্ব্বমেবাদিতস্তব ॥
প্রেতত্ব কারণম্ শ্রুত্বা দয়াং কর্ত্তুমর্হসি ॥ ৩৪ ॥

---

নিংথৌনা হায় :- হে কুচুমুয়বা, অকিবগী মশক কংলবা মাইথোং ওইরবা প্রেত ! য়েংবদ অকিবগী মশক ওইরবা অমদি অমঙ্গলগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা প্রেতকী মপোক অসি কংলুরিবদি, নংনা করি করম্বা কম্ববা থবক তৌরবদগী কংলিবনো ॥ ৩২ ॥

হে ইচিন ইনাওগুম্বা প্রেত ! নংনা প্রেত ওইখিবগী মরম অচু হৌবদগী লোইবা কাওবা ঐথোক্না হায়ু, নহাক কনানো কনা ওইনা পোকপদগী প্রেত ওইখ্রিবনো,অমদি করি দান তৌরগা নংগী প্রেতগী মপোক অসি থাদোক্না অরানবা হায়বদু ওইগদবগে ঐথোক্না হায়ু ॥ ৩৩ ॥

প্রেতনা হায় :— হে নিংথৌ অথোইবা ! ঐনা ঐগী প্রেত ওইখিবগী বাকয় অসি মকোক্কী লোয়না কাওবা ঐথোক্না হায়জগে, তোইঙুবতুং নংনা ঐগী প্রেত ওইখিবগী মরম তায়গা ঐহু চানবিয়ু ঐথোক্না দয়া তৌবিয়ু, মতুংদা ঐনা প্রেত ওইনা নৈরিবসিদগী থানবা হায়বদু ওইজগে ॥ ৩৪ ॥

বৈদশং নাম নগরং সর্ব্ব সম্পৎ সমন্বিতম্ ॥
নানাজন পকাকীর্ণ নানারত্নসমাকুলম্ ॥ ৩৫ ॥
হর্ম্যপ্রাসাদ শোভাঢ্যং নানাধর্ম্ম সমন্বিতম্ ॥
তত্রাহং ন্যবসং তাত দেবার্চ্চনরতঃ সদা ॥ ৩৬ ॥
বৈশ্যো জাত্যা সুদেবোহহং নাম্না বিদিতমস্তু তে ॥
হব্যেন তর্পিতা দেবাঃ কব্যেন পিতরস্তথা ॥ ৩৭ ॥
বিবিধৈর্দানযোগৈশ্চ বিপ্রাঃ সন্তর্পিতা ময়া ॥
দানান্ধ কৃপণেভ্যশ্চ দত্তমন্নমনেকধা ॥ ৩৮ ॥

---

হে রাজন্ বৈদশ কৌবা খুনং অমা লৈরমই, খুনং অদু সম্পত্তি পুম্নমক্না তিনবা রাস্ত-পানবা ওইরম্মই, মকম অদুদা মেশ কয়াদগী মী লাক্নুনা লৈরমই, মথল মথা কয়াগী মনি রত্ননা তিনবা ওইরমই ॥ ৩৫ ॥

মাইকৈ মরিদা ফুরা দলানবা থম্না লৈরমই, চাওর-চাওরবা মণ্ডির কয়ানা ডান্নমই, মণ্ডিরদুদা শ্রোত, স্মার্ত্তনা চংবা ধর্ম্ম চৎপা মীশক কয়ামুক লৈরমই, অদুগুম্বা খুনংদুদা এনা ঈশ্বরবু লাইবু পূজা অর্চ্চা তৌদুনা মতম পুম্নমক্না লৈরমই ॥ ৩৬ ॥

জাতিদি এহাক বৈশ্যনি অদুগা ঈমিংনা সুদেব কৌরমই, এনা হোম তৌদুনা দেবতা শিংবু পেনহল্লমই অমসুং অন্ন (চাকনচিংবা চানবা পোৎ) না পিতৃলোকশিংবুসু পেনহনখি ॥ ৩৭ ॥

অদুগা মথল কয়াগী দানা ব্রাহ্মণশিংবু হরাওহনখি পেনহনখি, অমসুং অতোনবা মীশিং অমদি লাইরবশিংদা চানবা পোৎ চাকচিংবা পীদুনা মখোই পুম্নমক অনিবু পেনহনখিরনি ॥ ৩৮ ॥

তৎসর্ব্বং নিষ্ফলং রাজন্মম দৈবাদুপাগতম্‌ ॥
যথা মে নিষ্ফলং জাতং সুকৃতং তদ্বদামিতে ॥ ৩৯ ॥
মম বৈ সন্ততির্নাস্তি ন সুহৃন্ন চ বান্ধবঃ ॥
ন চ মিত্রং হি মে তাদৃগ্‌ যঃ কুর্য্যাদৌর্দ্ধদেহিকম্‌ ॥ ৪০ ॥
যস্য ন স্যান্মহারাজ শ্রাদ্ধং মাসিকষোড়শম্‌ ॥
প্রেতত্বং সুস্থিরং তস্য দত্তৈঃ শ্রাদ্ধশতৈরপি ॥ ৪১ ॥
ত্বমৌর্দ্ধদেহিকং কৃত্বা মামুদ্ধর মহীপতে ॥
বর্ণানাঞ্চৈব সর্ব্বেষাং রাজা বন্ধুরিহোচ্যতে ॥ ৪২ ॥

---

হে রাজন অহুম ওইনমক ঐনা তৌজবিবা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক অদু লোংদম্বনা হৌজিক্কি অরেম্বা ওইতনখ্রে, ঐনা তৌজবিবা ধর্ম্ম পুম্নমক্কী ফল মাংখ্রিবশিগী মরম পুম্নমক ঐ নত্তোন্দা হায়রগে ॥ ৩৯ ॥

ঐহাক ইচা অমত্তস্ম পোকখিদে, অমস্নং ইচল-ইনাওহ মরুপ মপাং অমত্তস্ম লৈখিদে, ঐগীদমক ঔর্দ্ধদেহিক ক্রিয়া হায়রবদি শিরগা পিণ্ডদানচিংবা পীবিনবা মরীমত্তা অমত্তস্ম ঐগী লৈজখিদ্রে ॥ ৪০ ॥

মরম অসিদগী হে নিংথৌ মী মহাক অদুগী মাসিক শ্রাদ্ধ অমদি ষোড়দান থা, থাগী শ্রাদ্ধ অমদি দান ১৬ ওইবা সোয়াৎ ১দি দান ১৩ পু তৌরবদা মীশক অদুদি শ্রাদ্ধ চায শোন্দুবস্ম মানা প্রেতগী মপোক্কগী লানবা ছমদে, মতম কুইনা লেংদনা প্রেত ওইতুনা লৈ ॥ ৪১ ॥

মরম অসিদগী হে নিংথৌ নহাক্না ঐগী ঔর্দ্ধদেহিক ক্রিয়াবু হায়রবদি শিরগা তৌপদবা পিণ্ডদানচিংবা থবক তৌবিদুনা নংনা ঐবু লানহনবিয়ু, করিদগী সংসার অসিদা নিংথৌ হায়রবসিদি পুম্নমক্কি বন্ধু, বান্ধব হায়রবা অহনি, মশিমক অচুবনি ॥৪১॥

মাং ত্বং তারয় রাজেন্দ্র মণিরত্নং দদামি তে।
যথা মে সদ্গতির্ভূয়াৎ প্রেতযোনিশ্চ গচ্ছতি ॥ ৪৩ ॥
যথা কার্য্য ত্বয়া বীর মম চেদিচ্ছসি প্রিয়ম্।
ক্ষুধাতৃষাদিভির্দুঃখৈঃ প্রেতত্বং দুঃসহং মম ॥ ৪৪ ॥
স্বাদূদকফলং চাস্তি বনেঽস্মিন্ শীতলং শিবম্।
ন প্রাপ্নোতি ক্ষুধার্তোঽহং তৃষার্তো ন জলং কচিৎ ॥ ৪৫ ॥
যদি মোহ ভবেদ্রাজন্বিধির্নারায়ণো মহান্।
তদগ্রে বেদমন্ত্রৈশ্চ ক্রিয়া সবৌর্ধ্বদৈহিকী ॥ ৪৬ ॥

---

অচুনা হে নিংথৌ নংনা ঐবু লানথল্ল, ঐনা নংগীদমক মনি রত্ন পীগনি, নংনা ঐগীদমক তৌবিবা অচুনা ঐনা প্রেত যোনিসিদগী লাক্লগনি ॥ ৪৩ ॥

হে অকনবা নিংথৌ নংনা ঐগী পামজবা থবক অসি তৌবিগে নিংলবদি তৌবিয়ো, অসুবা প্রেতকী মপোক অসিদা লৈবা অমদি অরাম থৌরাংবা থাংচুনা লৈবসি ঐহোন্দা থাংওমদবা হায়বচু ওইরে য়ম্না রায়ে, থাংবা ওয়্ কয়ে ॥ ৪৪ ॥

বন অসিদা ফজরবা ইংলবা ঈশিং লৈ, চানবা উহৈ মাহৈসু পকথম্না লৈ অচুবু পূক লায়বা ঐহোন্দি মশি লৈদা। লৈনা লায়বা মতমসিদা ঐনা চাজবা ফংদে অমসুং থৌরাংলবা মতমদা ঈশিং অসি থকচবা ফংদে প্রেতগী দেহদি দেহ পাদ্দে ফুংশিংকি মশকনি অচুনা কবিগুম্বা থবক অমত্তা মশানা তৌজবা ঙমদে ॥ ৪৫ ॥

মরম অসিনা হে নিংথৌ ঐগীদমক মতিক চাওয়বা "নারায়ন বলি" গী বিধিনা বেদগী মন্ত্র থীচুনা ঔর্ধ্বদৈহিক ক্রিয়া কৌবা, মীনা শিরবা মতুংদা তৌনরিবা পিণ্ডদানচিংবচু নিংথৌ নংনা তৌবিয়ু ॥ ৪৬ ॥

তদা নশ্যতি মে নূনং প্রেতত্বং নাত্র সংশয়ঃ ।
বেদ মন্ত্রাস্তপো দানং দয়া সর্ব্বত্র জন্তুষু ॥ ৪৭ ॥

সচ্ছাস্ত্রশ্রবণং বিষ্ণোঃ পূজা সজ্জন সঙ্গতিঃ ।
প্রেতযোনি বিনাশায় ভবন্তীতি ময়া শ্রুতম্ ॥ ৪৮ ॥

অতো বক্ষ্যামি তে বিষ্ণুপূজং প্রেতত্বনাশিনীম্ ।
সুবর্ণদ্বয়মানীয় সুবর্ণন্যায় সঞ্চিতম্ ।
তস্য নারায়ণস্যৈকাম্প্রতিমাম্ভূপকল্পয়েৎ ॥ ৪৯ ॥

পীতবস্ত্রযুগচ্ছন্নাং সর্ব্বাভরণ ভূষিতাম্ ।
স্নাপিতাং বিবিধৈস্তোয়ৈরধিবাস্য যজেত্ততঃ ॥ ৫০ ॥

---

অদু ওইরবদি লেপ্পক প্রেত ওইরিবসি লানগনি মশিদা চিনবা নৈতে, করিদগী বেদগী মন্ত্র, তপ, দান, জীবদু ঙাকপিবা, মু শিবগা লোইননা চানবিবা হায়বসি জীবগী লাম্নবগী মশক্নি ॥৪৭॥

অমবা লপ্লেন তাকপা অমদি বিষ্ণু ভগবানগী পুজা তৌবা অমদি অমবা মী দাধূজনশিংগা সঙ্গ তৌজবা হায়বসিনা প্রেতকী মপোক মাংহনবা ঙম্বা সধন অমনি হায়না তাজখি ॥৪৮॥

মরম অসিনা হে নিংথৌ প্রেতকী মপোকপু মাংহনবা ঙম্বা শ্রীবিষ্ণুগী পুজাবু ঐ নত্তৌন্দা হায়গে:—স্থ'য় তৌড়না য়েংবদা অয়ানবা য়াওবা, অচুম্বা ধর্ম্ম কায়দনা তানবা লন ওইবা সনা মাসা অনিনা (শন অমনা) বিষ্ণুগী প্রতিমা (মূর্ত্তি) অমা শাবগনি ॥৪৯॥

মূর্ত্তি অদুদা নাপু মানবা কি (স্না কিপে) অমা শেৎ, অমা ইন, কি অনি খোনগনি অমসুং ঙমজবা অলঙ্কার খোনগনি অমাদা তীর্থগী ঈশিংনা স্নান তৌগনি অদুগা সিংহাসন নিংথিবা অমদা লেংশিনগা পূজা তৌগনি ॥৫০॥

পূর্ব্বেতু শ্রীধরং ন্যস্য দক্ষিণে মধুসূদনম্ ।
পশ্চিমে বামনং দেবমুত্তরে চ গদাধরম্ ॥ ৫১ ॥
মধ্যে পিতামহং চৈব তথা দেবং মহেশ্বরম্ ।
পূজয়েচ্চ বিধানেন গন্ধপুষ্পাদিভিঃ পৃথক্ ॥ ৫২ ॥
ততঃ প্রদক্ষিণী কৃত্য বহ্নৌ সন্তর্প্য দেবতাঃ ।
ঘৃতেন দধ্না ক্ষীরেণ বিশ্বেদেবাংশ্চ তর্পয়েৎ ॥ ৫৩ ॥
ততঃ স্নাতো বিনীতাত্মা যজমানঃ সমাহিতঃ ।
নারায়ণাগ্রে বিধিবৎস্বাং ক্রিয়ামৌর্দ্ধ্বদেহিকাম্ ॥৫৪॥
আরভেত যথাশাস্ত্রং ক্রোধলোভ বিবর্জ্জিতঃ ।
কুর্য্যাচ্ছ্রাদ্ধানি সর্ব্বাণি বৃষস্যোৎসর্জ্জনং তথা ॥৫৫॥

---

মূর্ত্তি অদুগী নোংপোক্তা শ্রীধর ভগবানগী লৈংশিনকম থমগনি, মখাখংবা শরুক্তা মধুসূদন, নোংচুপ্তা বামনদেব, অরাংদা গদ ধরগী লেংশিনকম আসন থমগনি ॥৫১॥

ময়াইদনা ব্রহ্মা অমদি মহেশ্বরগী লৈংশিনকম থম্নপা তোঙান তোঙানা লৈ চন্দন, ধূপ থাংবৈনচিংবা পোৎশকশিংনা নিয়মগী মতুংইন্না পূজা তৌগনি ॥৫২॥

পূজা লোইরবদা মূর্ত্তিশিংবু পুন্না পরিক্রমা ( কোইবা ) তৌরগা মৈদা লাইশিংগী হোম তৌরগা ঘী, শঙোম অফবা অমদি শঙোম অনৌবনা বিশ্বেদেবাশিংগী তর্পণ তৌগনি ॥৫৩॥

মতুদগী যজমান অদুনা ইরু থাইথরগা য়াম্না নোঙবা মওংদা য়াম্না তপথনা ভাব তানা শ্রীনারায়নগী মাংদা নিয়ম চুম্না ঔর্দ্ধ্বদেহিক ক্রিয়াবু তৌগনি ॥৫৪॥

শাস্ত্রনা তাকলিবা নিয়মগী মতুংইন্না হৌগনি, মতমদুদা শাওবা, কা হেম্না অপাবা পোকপা থদোক্তুনা তৌবা হৌনবা শ্রাদ্ধ খুদিংমক শোনগনি অদুগা বৃষোৎসর্গ ক্রিয়াবু ( শল কাও থাববু ) তৌগনি ॥৫৫॥

ততঃ পদানি বিপ্রেভ্যো দত্ত্বাচৈব ত্রয়োদশ
শয্যাদানং প্রদত্ত্বা চ ঘটং প্রেতস্য নির্ব্বপেৎ ॥৫৬॥

রাজোবাচ :—

কথং প্রেতঘটং কুর্য্যাদ্দদ্যাৎকেন বিধানতঃ।
ব্রূহি সর্ব্বানুকম্পার্থং ঘটং প্রেতবিমুক্তিদম্ ॥৫৭॥

প্রেতোবাচ :—

সাধু পৃষ্টং মহারাজ কথয়ামি নিবোধ তে।
প্রেতত্বং ন ভবেত্তেন দানেন সুদৃঢ়েন চ ॥৫৮॥
দানং প্রেতঘটং নাম সর্ব্বাশুভ বিনাশনম্।
দুর্লভং সর্ব্বলোকানাং দুর্গতিক্ষয়কারকম্ ॥৫৯॥

---

থবকশিং অসি তৌরবা মতুংদা ব্রাহ্মণ তরাহুমদোইদা "পদ দান" তৌগনি, অমসুং "শয্যা দান" তৌরগা প্রেতকীদমক "ঘট দান" অমা তৌগনি ॥৫৬॥

নিংথৌনা হংখি :—হে প্রেত ! পুম্নমক্কী কান্নবা ওইবা, প্রেতকী মপোকতগী লান্নবগী মশক ওইবা, অদুগুম্বা "ঘট দান" অদুবু করম্না নিয়মনা তৌগদগে করম্না পীগদগে হায়বদুগী মরম নহাক্না ঐঙোন্দা হায়বিয়ু ॥৫৭॥

প্রেতনা হায় :—হে নিংথৌ নহাক্না হংলিবদু য়াম্না ফরে, অদুগুম্বা ঘট অদুবু নিংথিনা দান নতৌরবদি প্রেতকী মপোক অদু ওইদ্রে অদুগুম্বা ঘট দ ন তৌবগী নিয়ম অদু নিংথিনা থংনবগী-দমক ঐ নঙোন্দা হায়গে ॥৫৮॥

প্রেতকীদমক ঘট দান তৌবা হায়বদি ফত্তবা পুম্নমক মাংনবগী মশকনি, অমসুং মদু কংওমত্রবা অমনি, অমদি মতুনা মীওইবা লোকী দুর্গতি হায়বদি ফত্তবা লৈবেনদা চংকদবসু মাংহনবনি ॥৫৯॥

সংতপ্ত হাটকময়ন্তু ঘটং বিধায় ব্রহ্মেশকেশবযুতং সহ লোকপালৈঃ।
ক্ষারাজ্যপূর্ণবিবরং প্রণিপত্য ভক্ত্যাবিপ্রায়দেহি তব দান শতৈঃ কিমন্যৈঃ ॥৬০॥
ব্রহ্মা মধ্যে তথা বিষ্ণুঃ শঙ্করঃ শঙ্করোঽব্যয়ঃ।
প্রাচ্যাদিষু চ তৎকণ্ঠে লোকপালান্ ক্রমেণতু ॥৬১॥
সম্পূজ্য বিধিবৎ রাজন্ধূপৈঃ কুসুমচন্দনৈঃ।
ততো দুগ্ধাজ্য সহিতং ঘটং দেয়ং হিরণ্ময়ম্ ॥৬২॥
সর্ব্বদানাধিকং চৈতন্মহাপাতকনাশনম্।

---

নিংথিনা তংদোক্লবা সনানা ঘট অমা শারো, মহুদা লোকপাল কোবা লাইশিংগা লোইননা ব্রহ্মা, শিব, বিষ্ণুগী আবাহন কোয়ো (কোরো) অহৃশা চফু অহুদা শঙোব অনৌবগা যাগা থম্মা হ প্লগা ভ'ক্তগা লোইগনা খুরুমজনা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমদা দান তোগনি, অহম্মা তৌব্রবা দান অছুদি নংনা দান চাম চাম তৌবদগী হেল্লবনি, মশি প্রেতগী মুক্তিগী দমকদি অথোইবা দান্নি ॥৬০॥

ঘট অসিগী ময়াইদা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, গনেশ, মহাদেব অমদি নোংপোক্তগী মথং মথং লাৎলগা লোকপালশিংবু ঘট অদুগী ১ণ্ডকশম মপাদা থমদুনা লাৎকনি ॥৬১॥

হে নিংথৌ চৈন মন্দন ধুপনচিংবনা নিয়মগী মতুংইন্না পূজা তৌরগা অহুগুম্বা শদোম ঘোনা থল্লবা স্নাগী চফুদু ব্রাহ্মণদা দান তৌগদবনি ॥৬২॥

হে নিংথৌ অসুম্বা দান অসি অয়াম্বা দানশিংদগী অথোইবনি, মহাপাতক কৌবা পাপ অদু কাওবা যাংহনবা ওইনি মরম অসিদগী হে নিংথৌ প্রেতগী মপোক্তগা লায়বগীদমক অসিগুম্বা

কর্ত্তব্যং শ্রদ্ধয়া রাজন্ প্রেতত্ব বিনিবৃত্তয়ে ॥৬২॥
শ্রীভগবানুবাচ :—
এবং সম্ভলতস্তস্য প্রেতেন সহ কাশ্যপ।
সেনা জগামানুপদং হস্তশ্চরথ সংকুলা ॥৬৪॥
ততো বলে সমায়াতে দত্ত্বা রাজ্ঞে মহামণিম্।
নমস্কৃত্য পুনঃ প্রার্থ্য প্রেতোঽদর্শনমেয়িবান্ ॥৬৫॥
তস্মাদ্বনাদ্বিনিক্রম্য রাজাপি স্বপুরং যযৌ।
ততঃ স্বপুরমাসাদ্য তৎসর্ব্বং প্রেতভাষিতম্ ॥৬৬॥
চকার বিধিবৎপাক্ষিন্নৌর্ধ্বদেহিকজং বিধম্।
তস্য পুণ্যপ্রদানেন প্রেতো মুক্তং দিবং যযৌ ॥৬৭॥

---

ঘট দান ফসি শ্রদ্ধাগা ( থাজবা অমদি পূকনিং চংবগা ) লোইননা তৌগদবনি ॥৬৩॥

শ্রীভগবাননা হায় :—হে গরুড়, নিংথৌ অদুনা অদুগুম্বা প্রেত অদগা অশম্বা বা ঙাংনরিবদা, শামু শগোল অমদি লোলাইন-চি বগা লোইননা নিংথৌগী তেঙোল অদু মকমদুদা থুংলরে ॥৬৪॥

অদুগী তুংদা তেঙ্গোলনা থুংলরবদা প্রেত অদুনা নিংথৌ অদুদা মগুণ লৈরবা মনিবু পীরগা নিংথৌবু হায়জ চচ্চদুনা ( প্রার্থনা তৌদুনা ) খুরুমগা মাংখ্রে উথিদরে ॥৬৫॥

প্রেত চৎলবা তুংদা নিংথৌ অদুসু বন অদু থাদোক্লমদুনা মাগী কোন্নুংদা হল্লকলে, কোন্নুং হেক য়োবগা প্রেতনা হায়খিবা পূমনক তৌখি ॥৬৬॥

হে গরুড় নিংথৌনা প্রেত অদুগীদমক ঔর্ধ্বদেহিক ক্রিয়ানা মরম ওইদুনা যাম্না চাওনা প্রেতনা হায়বদুমক তৌখি, নিংথৌনা তৌবা পূণ্যগী মহৈনা প্রেত অদুসু প্রেতগী মগোত্তগী লাইদুনা স্বর্গ কংখি ॥৬৭॥

শ্রাদ্ধেন পরদত্তেন গতঃ প্রেতোপি সম্পতিম্ ।
কিং পুনঃ পুত্রদত্তেন পিতা যাতীতি চাদ্ভুতম্ ॥৬৮॥
ইতিহাসমিমং পুণ্যং শৃনোতি শ্রাবয়েচ্চ যঃ ।
নতো প্রেতত্বমায়াতঃ পাপাচারয়তাবপি ॥৬৯॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে বভ্রুবাহন
প্রেত সংস্কারো নাম সপ্তমোঽধ্যায়ঃ ॥৭॥

---

অতোপ্পা কয়িন্থু মরী লৈনদবা অথবা শ্রাদ্ধ কর্ম্ম তৌবিবদগী প্রেত অহৌবা স্বর্গ কংবা অরানবা কারবত্থু ওইরবদা মচানা মপাগীদমক শ্রাদ্ধ কম্মনচিংবা ঔর্দ্ধদেহিক ক্রিয়া তৌরবদা মপানা স্বর্গবু কংই হায়বসিদা করি অমূক চিংনবিগাদৌ লৈবগে ॥৬৮॥

হে গরুড় অসিগুম্বা পুণ্যগী মশক ওইবা ইতিহাস অসিবু তাভরবা অমদি অতোপ্পদা তাহন্নবা অমু ওইরবাদ তাবিবা অমদি তাহন্নিবা অনিমক্ত পাপাচারী হায়বদি কয়ামুক ওইবা পাপ তৌদ্রুনমু নরক তাবা হায়বত্মদ তৌররোই যমগী যাতনা অবাবা ফংদনবা উপায়দ অসিতনি ॥৬৯॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী মফুংদা বভ্রুবাহন অমদি প্রেতনা তাংনবা মতাংদা বভ্রুবাহননা তৌবা প্রেতগী সংস্কার কৌবা তরেৎশুবা অধ্যায় লোইরে ॥

---

## অথ অষ্টমোঽধ্যায়ঃ

গরুড় উবাচঃ-

আমুষ্মিকিং ক্রিয়া সর্ব্বাং বদ সুকৃতিনাং মম।
কর্ত্তব্যা সা যথা পুত্রৈস্তথা চ কথয় প্রভো ॥১॥

শ্রীভগবানুবাচঃ-

সাধু পৃষ্টং ত্বয়া তার্ক্ষ্যমানুষাণাং হিতায় বৈ।
ধার্ম্মিকার্হংচ যৎকৃতং তৎ সর্ব্বং কথয়ামি তে ॥২॥

সুকৃতী বার্ধকে দৃষ্টা শরীরং ব্যাধি সংযুতম্।
প্রতিকূলান্ গ্রহাশ্চৈব প্রাণ ঘোষস্যচাশ্রুতিম্ ॥৩॥

---

গরুড়না হায় :—হে প্রভো পরলোকী সম্বন্ধ ওইবা হায়বদি শিরগা কংজুগদবা, অকবা মীশক্লা কংলগদবা মাগী মাগী মচা'না তৌজবা য়াবা কর্ম্মশিং অদু অমুক ভাকপিরো ॥১॥

ভগবান বিষ্ণুনা হায় :—হে গরুড় নংনা মীওইবগী কান্ন-নবগীদমক হংলিবসি য়াম্না ফবা য়ানি, মরম অসিনা ধর্ম্মচেনব-শিংনা তৌবা য়াবা, মতিক চাবা কর্ম্মশিংবু ঐনা নঙোন্দা হায়রগে ॥২॥

পুন্সচেনবা মীনা মশাগী চহি য়ামশিন্নকতুনা অমাম্বা খুত্থম চম্লবা মতমমতুদা মচা অমদি মতুনমচু মশাগী অপাম্বা মওং তাক্লকপা ভাইহুনা লৈরবদা হায়বদি মচা মতুনমচু হায়বা ইরক্তুবা, সম্মান তৌরক্তুবদা ঐগী মতম লোইরে হায়বনি মশানা খংগদবনি ॥৩॥

তদা স্বমরণং জ্ঞাত্বা নির্ভয়ঃ স্যাদতন্দ্রিতঃ।
অজ্ঞাতজ্ঞাতপাপানাং প্রায়শ্চিত্তং সমাচরেৎ ॥৪॥
যদা স্যাদাতুরঃ কালাত্তদা স্নানং সমারভেৎ।
পূজনং কারয়েদ্বিষ্ণোঃ শালগ্রামস্বরূপিণঃ ॥৫॥
অর্চ্চয়েদগন্ধ পুষ্পৈশ্চ কুঙ্কুমৈস্তুলসীদলৈঃ।
ধূপৈর্দীপৈশ্চ নৈবেদ্যৈর্বহুভির্মোদকাদিভিঃ ॥৬॥
দত্ত্বা চ দক্ষিণাং বিপ্রান্নৈবেদ্যান্যেব ভোজয়েৎ।
অষ্টাক্ষরং জপেন্মন্ত্রং দ্বাদশাক্ষর মেব চ ॥৭॥

---

মতম ৈমসি মোশিল্লকুবদি ঐগী মৃত্যুগী ( শিবগী ) মতম্ম লাকলে খন্দুনা মাম্না ভপথনা পুকনিং লৈত্তানা, মশানা খংনা তৌখিবা পাপ অমদি খংদনা তৌখিবা পাপশিংগী প্রায়শ্চিত্ত তৌরগদবনি ॥৪॥

অরোইবা মতম মোশিল্লকুবদা পুকনিং হকচাং শেংনা ইরুমাইথজরগা শালগ্রামগী মশক ওইরবা শ্রীবিষ্ণুবু পূজা তৌরগনি ॥৫॥

লৈ, চন্দন, তুলসী পত্র, ধূপ, থাংমৈ নৈবেদ্যনচিংবা মথল কয়াগী মোদক কয়ানা ভগবানবু পূজা তৌগনি ॥৬॥

পূজা তৌবিরিবা ব্রাহ্মণবু দক্ষিণা তৌদুনা পেনহনগনি ( মশানা পূজা তৌবা মাবা মীশক ওইদুনা মশানা তৌজবনা ব্রাহ্মণ চংলমোই ) অদুগা প্রসাদি নৈবেদ্যনচিংথদু ব্রাহ্মণবু পীজ পীথক তৌদুনা পেনহনগনি, অদুগী তুংদা ভগবানগী অষ্টাক্ষর মন্ত্রগা দ্বাদশাক্ষর হায়রিবি মন্ত্রক নিপামা শাবা মন্ত্র "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায়" হায়বা, অমদি মন্ত্রক তরানিথোইমা শাবা "ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়ঃ" হায়বা মন্ত্র অনিবু জপ তৌগনি ॥৭॥

সংস্মরেচ্ছৃণুয়াচ্চৈব বিষ্ণোর্নাম শিবস্য চ।
হরের্নাম হরেৎপাপং নৃণাং শ্রবণ গোচরম্ ॥৮॥
রোগিণোন্তিকামসাস্ত শোচনীয়ং ন বান্ধবৈঃ।
স্মরনীয়ং পবিত্রং যে নাম ধ্যেয়ং মুহুর্মুহুঃ ॥৯॥
মৎস্যঃ কূর্ম্মো বরাহশ্চ নারসিংহশ্চ বামনঃ।
রামো রামশ্চ কৃষ্ণশ্চ বুদ্ধঃ কল্কী তথৈবচ ॥১০॥
এতানি শতনামানি স্মর্ত্তব্যানি সদা বুধৈঃ।
সমীপে রোগিণো ক্রূয়ুর্বান্ধবাস্তে প্রকীর্ত্তিতাঃ ॥১১॥

---

ভগবান বিষ্ণু অমদি শিবগী নাম মিংশিংগনি শোনগনি তাজগনি, শ্রীহরিগী নাম তাজবা হায়বসিনা মীওইবগী তৌজখিবা পাপ পুম্মকপু খুদক্তা মাংহল্লি ॥৮॥

-মতম অদুদা অমাবগী নাক্তা মরুপ-মপাং শাগৈ-মাত্তৈনা লাক্পা কম্নীরবগী মহক্তা ঐগী নামবু হন্না হন্না উৎচারণ তৌবা শোনবিরবনা তৌগদবা অকবা থবকনি ॥৯॥

শ্রীভগব'নগী অবতার ওইবা ম্যস্য, কূর্ম্ম, বরাহ, নৃসিংহ, বামন, পরশুরাম, শ্রীরাম, বলরাম শ্রীকৃষ্ণ, বুদ্ধ অমসুং কল্কীগী নামবু শোনগনি ॥১০॥

অসিদা মতমা জ্ঞান লৈবা পণ্ডিত ওইবা মীশিংম্য মথল চায চায়মা ওইবা ভগবানগী নামবু শোনগদবনি, অনাবগী মনাক্তা লাক্লিবা পুম্মক্না অচুপ্পা ভগবানগী নামবু শোনবিরিবা মথোই অচুম্বনা অনাবগী মরুপ-মপাং অশেংবা মরী-মতা অশেংবা হায়রম্লু কোই ॥১১॥

কৃষ্ণেতি মঙ্গলং নাম যস্য বাচি প্রবর্ত্ততে।
তস্য ভস্মী ভবন্ত্যাশু মহাপাতককোটয়ঃ ॥১২॥
ম্রিয়মাণো হরের্নাম গৃণনপুত্রোপচারিতম্।
অজামিলোপ্যগাদ্ধাম কিংপুনঃ শ্রদ্ধয়া গৃণন্ ॥১৩॥
হরির্হরতি পাপানি দুষ্টচিত্তৈরপি স্মৃতঃ।
অনিচ্ছয়াপি সংস্পৃষ্টো দহত্যেব হি পাবকঃ ॥১৪॥
হরের্নাম্নশ্চ যা শক্তিঃ পাপনির্হরণে দ্বিজ।
তাবৎ কর্ত্তুং সমর্থো ন পাতকং পাতকী জনঃ ॥১৫॥

---

"শ্রীকৃষ্ণ" হায়বা নাম মঙ্গলগী মশক ওইবা অসিনু অদুগুম্বা মীশক অদুনা শোঙরবদা তৌরবা মহাপাতকচিংবা কোটি অমগী পাপপু খুদক্তা উং ওইনা মাংখি ॥১২॥

শিরমদাই মতমদা মচাগী মমিং ওইবা হরিগী নামনু, মচাগী মমিং কৌবা ওইনা শোরখিবা, ব্রাহ্মণ মহাপাপী অজামিলনসু স্বর্গ কংলবদা পুকনিং থবাই হকচাং য়াওনা শেংলুরিবা মীশক্না স্বর্গ কংবনু কয়ি অমুক হায়রুগনি ॥১৩॥

শ্রীহরি ভগবান হায়বনিদি য়াম্না চানবিহৈবনি, হায়বদি ফজত্রবা মীশক্না কাওবদা মাগী নামতনু শোংলুরবদি মাগী মপাপশিংবু মাংহনবি, মতুমক্তি মৈ হায়রসগী শক্তিদি ইথং থংহোৎলনা, পায়গে শোক্তে নিংত্রবস্থু শোরক্লুবা পাক্লুংদা খুদক্তা মানা চাক্লবা মৈথে চাকই ॥১৪॥

হে গরুড় পাপশিংবু মাংহনবা তবা শ্রীহরিগী নামগী শক্তি হায়বসি অমুকী মতিক লৈরিবনি, মতুদি কনাগুম্বা পাপী অমনা মপূনশি অমদা য়াহুপ য়াবা পাপকী থবক অমু তৌবা ঙম্বা নত্তে ॥১৫॥

কিংকরেভ্যো যমঃ প্রাহানয়ধ্বং নাস্তিকং জনম্ ।
নৈবানয়ত ভো দূতা হরিনাম স্মরন্নরম্ ॥১৬॥

অচ্যুতং কেশবং রামনারায়ণং কৃষ্ণ দামোদরং বাসুদেবং হরিম্ ।
শ্রীধরংমাধবং গোপিকাবল্লভং জানকীনায়কং রামচন্দ্রং ভজে ॥১৭॥

কমল নয়ন বাসুদেব বিষ্ণো ধরণিধরাচ্যুত শঙ্খচক্রপাণে ।
ভবশরণমিতীরয়ন্তি যে বৈ ত্যজ ভট দূরতরেণ তান্ হি পাপান্ ॥১৮॥

---

মরম অসিদগী যমরাজনা মাগী দূতশিংদা অসুম্না হায়খ্রবনি, হে দূতশা ঐগী ইমাক্তা নবোরগা পুরকদবদি ঈশ্বর থাজদবা নাস্তিক মথৈতশি, শ্রীহরিগী মমাই হৈবা, মাগী মাব লোজবশিং-দুদি ঐগী নাক্তা পুরকনু॥১৬॥

অদুগা ঐহ্ অচ্যুত, কেশব, রাম, নারায়ন, কৃষ্ণ দামোদর, বাসুদেব, হরি, শ্রীধর, মাধব, গোপীকা বল্লভ, জানকীনায়ক অমসুং শ্রীরামচন্দ্রনচিংবা মাবশিং অসিনু ঐনা তক্না লোল্ল-রিবনি॥১৭॥

হে দূতশা অহৎগী হুপা অহমা, হে মিৎকা, থবাল মকা মানবা, হে বাসুদেব, হে বিষ্ণো, হে ধরণীধর, হে অচ্যুত, হে শঙ্খ চক্র পারবা ইবুঙো নহাক্না ঐংবাই খাইগী তাকুপিরিবা মপু ছায়বর্ ইবুঙো নহাক্নি; অমুনা পুম্নমক্তা থাশক্না ইবুঙো মাগী মাবদু শেংগদবদি যথোই মমুমদি থাবা থনবগদবনি ॥১৮॥

তানানয়ধ্বমসতো বিমুখান্মুকুন্দপাদারবিন্দমকরন্দরসাদজস্রম্।
নিষ্কিঞ্চনৈঃ পরমহংসকুলৈরসঙ্গৈর্জুষ্টাদ্গৃহে নিরয়বর্ত্মনি
বদ্ধতৃষ্ণান্ ॥১৯॥

জিহ্বা ন বক্তি ভগবদ্গুণনামধেয়ং চেতশ্চ ন স্মরতি
তচ্চরণারবিন্দম্।
কৃষ্ণায় নো নমতি যচ্ছির একদাপি তানানয়ধ্বমসতোঽকৃত
বিষ্ণুকৃত্যান্ ॥২০॥

তস্মাৎ সংকীর্ত্তনং বিষ্ণোর্জগন্মঙ্গলমংহসাম্।

---

হে দূতশা অসিগুম্বা মীশিং অসিবু দি ঐগী মাক্তা পুরকদনি মতুদি করব্রা মীশক পাপচেনবা, ইবুঙো মাগী ভক্তিরসপু পাম্নদবনা শ্রীভগবানগী চরণগী মকরন্দ রসদগী মথাই ওন্থোক্লবা মীশকশিং, অমদি মশানা তৌজবা পাপ অদুগুনা শিরগা নরকী লম্বী য়েংদবা য়াত্রবা, চত্তবা য়াররোইদবা অদুগুম্বা মীশক অদুতমু যম ঐগী মাক্তা নথোইনা পুরকদবনি ॥১৯॥

অদুগুম্বা পাপচেনবশিংগী লৈএংনা শ্রীহরি ভগবানগী গুণ অমদি নামগী উচ্চারণ তৌদ্রবা, অমদি পাপচেনবগী থমোই ইদা শ্রীহরিগী চরণারবিন্দবু নিংশিংদ্রবা অমসুং মাগী মকোক অদুনা শ্রীভগবানগীদমক অমুক্তং কাওবা নোনবা হায়বদু লৈত্রবা অমদি পাপচেনবদুনা শ্রীহরিগীদমক পেন্নবা করিগুম্বা থবক অমত্তমু তৌখিদ্রবা অদুগুম্বা করব্রা পাপচেনবা অদুতমু যম ঐগী ইমাক্তা পুরকউ ॥২০॥

মরম অসিদগী হে গরুড় শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী নাম সংকীর্ত্তন তৌবা হায়বসি জগৎকি মঙ্গলগী মশকনি অমসুং অসিগুম্বা হরিনাম

মহতামপি পক্ষীন্দ্র বিদ্ধ্যৈকান্তিক নিষ্কৃতিম্ ॥২১॥
প্রায়শ্চিত্তানি চীর্ণানি নারায়ণ পরাঙ্মুখম্ ।
ন নিষ্পুনন্তি দুর্ব্বুদ্ধিং সুরাকুম্ভমিবাপগাঃ ॥২২॥
কৃষ্ণনাম্না ন নরকং পশ্যান্তি গতকিল্বিষাঃ ।
যমং চ তদ্ভটাংশ্চৈব স্বপ্নেপি ন কদাচন ॥২৩॥
মাংসাস্থিরক্তব্যকায়ে বৈতরণ্যাং পতেন্ন সঃ ।
যোহন্তে দত্বাদ্দ্বিজেভ্যশ্চ নন্দ নন্দন গামিন ॥২৪॥

---

কীর্ত্তণ তোবা হায়বসি পাপ পুম্নমকপু মাংহম্নবা থাইদনী অথোইবা প্রায়শ্চিত্ত মথল অমনি হায়রবা নংনা থংউ ॥২১॥

কনাগুম্বনা মপাপ কোয়বা প্রায়শ্চিত্ত তৌপ্রবসু শ্রীনারায়ণবু তুংওইনরবা পুকচেল ফজ্রবা পাপচেনবদো মাগী মশাম্ব করিগুম্বা মতমদা অশেংবা অকথা হায়বম্বু ওইবা গুমদে, মচুমক্তি য়ু হাপ্লুবা পাত্রবু ঈশিংনা ফন য়াম্না চাম্থুনমু শেংদবগুম্বনি ॥২২॥

শ্রীভগবান কৃষ্ণগী নামবু শোজয়বদা পাপ পুম্নমক কোকচবা ওমই, অচুগুম্বা মীশক অচুদি যমং ফাওবদা নরকপু উরোই অমসুং যমবু যমদূতশিংবুসু উরোই ॥২৩॥

হে গরুড় অচুগুম্বা মীশক অচুনা শিরমদাইদা ব্রহ্মণদা শনবী দান তৌপ্রবা অমদি শ্রীনন্দন নন্দন কৃষ্ণগী নামবু তাজপ্রবদি, শদোং, শক্ল, ঈনা থল্লবা হকচাংগী মশক ওইরবী বৈতরণী তুরেলদা তায়রোই, অমসুং পোকপা শিবগী হন্দোক হন্জিল তৌরিবা সংসার অসিগী চক্রদগী নাম্দোকুনা শ্রীনন্দ নন্দন কৃষ্ণগী নাক য়ৌজবা অয়ানবা থুবন কংজবা হায়বম্ব ওইরি-বনি ॥ ২৪ ॥

অতঃ স্মরেন্মহাবিষ্ণোর্নাম পাপৌঘনাশনম্।
গীতা সহস্রনামানি পঠেদ্বা শৃণুয়াদপি ॥২৫॥
একাদশীব্রতং গীতা গঙ্গাবুতুলসাদলম্।
বিষ্ণোঃ পাদাম্বুনামানি মরণে মুক্তিদানি চ ॥২৬॥
ততঃ সঙ্কল্পয়েদন্নংসঘৃতং চ সকাঞ্চনম্।
সবৎসা ধেনবো দেয়াঃ শ্রোত্রিয়ায় দ্বিজাতয়ে ॥২৭॥
অন্তে জনো যদ্দদাতি স্বল্পং বা যদি বা বহু।
তদক্ষয়ং ভবেত্তার্ক্ষ্য যৎপুত্রশ্চানুমোদতে ॥২৮॥

---

মরম অসিদগী পাপ পুম্নমকপু মাংহন'বরবা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী নাম শোঞ্জবা অমদি শ্রীমদ্ভগবদগীতা, শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম স্তোত্রবু পাঠ তৌজবা নত্রগা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণবু পাঠ তৌহল্লগা তাজ-গদবনি ॥২৫॥

একাদসী ব্রত, ভগবদগীতা, গঙ্গাজল, তুলসী মঞ্জরী, শ্রীভগবানগী চরণামৃত, অমদি ভগবানগী নাম হায়বসি শিরমদাই ওইবশিংগী মুক্তি (অরানবা) পীনবগী মশকনি ॥২৬॥

মথক্তা হায়রিবা মুক্তি ফংনবগী লম্বীশিং অসি তৌরবা তুংদা কনাগুম্বা বেদপাঠ তৌবা ব্রাহ্মণ অমদা যী, সনা, চানবা চাক, মচাগা লোইনবী সনবীনচিংবসি দক্ষিণাগা লোইননা সঙ্কল্প তৌদুনা কৎকদবনি ॥২৭॥

হে গরুড় অরোইবা মতমদা মীওইবনা থিক্তং ওইরবসু য়াম্লবসু দান তৌজরবা অমসুং মপাগী শিবগীদমকনি হায়দুনা; মচানা "ইপাগীদমক দান অসি তৌজরগনি" হায়না তৌজরিবা দান অহু অমাং অতা লৈত্রবা মখেং তাত্রবনি ॥২৮॥

অন্তকালেতু সৎপুত্রঃ সর্ব্বদানানি দাপয়েৎ।
যত্তদর্থং সুতা লোকে প্রার্থ্যন্তে ধর্ম্মকোবিদৈঃ ॥২৯॥
ভূমিষ্ঠং পিতরং দৃষ্ট্বা অর্দ্ধোন্মীলিত লোচনম্।
পুত্রৈস্তৃষ্ণা ন কর্ত্তব্যা তদ্ধনে পূর্ব্বসঞ্চিতে ॥৩০॥
স তদ্দদাতি সৎপুত্রো যাবজ্জীবত্যসৌচিরম্।
অতিবাহস্তু তন্মার্গে দুঃখং ন লভতে যতঃ ॥৩১॥
আতুরে চোপরাগে চ দ্বয়ং দানং বিশিষ্যতে।

---

হে গরুড় অন্তগী মতমদা ( অরোইবা মতমদা ) অকবা মচানা মপাগী মথুক্তা সকল্প তৌহল্লুনা দান পুম্নমকপু তৌহনগনি, কহিনা হায়বদু ধর্ম্মচেনবশিংনা অরোইবা মতম অসিগীদমক য়েংদুনা সংসারদা মচা অকবা পোকচগে হায়না ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌনরিবনি ॥২৯॥

অরোইবা মতম অসি য়ৌরক্লদুনা মপানা কাংথোলদা হিপ্না য়ারক্লদুনা নৈপাক্তা ওনরুবা, অমদি চুবা পাংজবা ওমজরবা তথাই পাংলবা মিৎপু উরগা, মপানা কন্নিরৈদা তানবা লনশিং অদুবু থৌরাংবা, মিহৌবা থাদোকতুনা খবোই শেংনা মপাগীদমক পুণ্যগী মশক ওইবা দান পুম্নমকপু তৌগদবনি, মচুমক্কা মপাগী সংগতি ( অকবা লম্বেলদা চৎপা ) ওইগনবনি ॥৩০॥

অকবা মচানা অমুম্না মপাগীদমক দান কয়া তৌরবদা, মপা অদুনা শিরগা কংদুরিবা "অতিবাহিক শরীর" পিত্তনা য়ারবা হকচাং অদুনা শিরগা কংলিবা লোক অদুগী লম্বীদা অবাবা অমত্তমু কংদে ॥৩১॥

আতুর ( শিরমদাই ) মতমদা, অমদি হুবিং থাগী গ্রহন তৌবা মতমদা দান অসি অসিমু তৌজবনা থোইদোক্না পুণ্যগী

অতোঽবশ্যং প্রদাতব্যমষ্টদানং তিলাদিকম্ ॥৩২॥
তিলা লোহং হিরণ্যং চ কার্পাসো লবণং তথা।
সপ্তধান্যং ক্ষিতির্গাব একৈকং পাবনং স্মৃতম্ ॥৩৩॥
এতদষ্টমহাদানং মহাপাতক নাশনম্।
অন্তকালে প্রদাতব্যং শৃণু তস্য চ সংফলম্ ॥৩৪॥
মম স্বেদসমুদ্ভূতাঃ পবিত্রা স্ত্রিবিধাস্তিলাঃ।

---

মশকনি তৌগদবনি, মরম অসিদগী শিরমদাইদা থোইদিংনচিংবা দান নিপাল অসি তৌগদবা ওই ॥৩২॥

থোইদিং, য়োৎ, সনা, লশিং, থুম, পৃথ্বিদগী থোকপা চানবা
(১) (২) (৩) (৪) (৫) ফৌ, যব, গেহু, হবাই মুগ
(৬)
পোৎচম ভরেৎপু সপ্তধান্য নৈপাক অমত্তং শলবী মথোই অসি
ওইনা, শগোলহবাই চানা (৭) (৮)
দান তৌজন্নিবা দাতা অমুবু শেংহনবিবা হায়বদি পাপ পুম্নমক্কী লাম্থোকপিবা পবিত্র ওইহনবিবা পোৎশক চাক্তনি ॥৩৩॥

হায়রিবা পোৎশক নিপাল অসি অচৌ-অচৌবা পাপশিংবু থোকপিবা "মহাদান" হায়বত্থনি, মরম অসিদগী শিরমদা'ই মতমদা মহাদান নিপাল অসি তৌগদবনি, হৌজিক ঐ নচোম্বা মহাদানশিং অসি তৌবগী অকবা ফলশিং মতিক মগুণশিং অদু হায়গে নংনা নিংথিনা পুকনিং চংনা তাবো ॥৩৪॥

থোইদিং অমুবা, অংঙৌবা, শাপু মানবা থেংইদিং মচু অহুমগী মখল অহুম অসি ঐগী হমাংদগী পোকখিবনি অমত্তং মায়া পবিত্র ( অশেংবা ) ওইবনি, মরম অসিদগী থোইদিংবু

অসুরা দানবা দৈত্যাস্তৃপ্যন্তি তিলদানতঃ ॥৩৫॥
তিলাঃ শ্বেতাস্তথা কৃষ্ণা দানেন কপিলাস্তিলাঃ।
সংহরন্তি ত্রিধাপাপং বাত্মনঃ কায়সঞ্চিতম্ ॥৩৬॥
লোহদানং চ দাতব্যং ভুমিযুক্তেন পাণিনা।
যমসীমাং ন চাপ্নোতি ন গচ্ছেত্তস্য বর্ত্মনি ॥৩৭॥
কুঠারো মুসলো দণ্ডঃ খড়্গশ্চ ছুরিকা তথা।
শস্ত্রাণি যমহস্তে চ নিগ্রহে পাপকর্ম্মণাম্ ॥৩৮॥
যমায়ুধানাং সন্তুষ্ট্যৈ দানমেতদুদাহৃতম্।
তস্মাদ্দত্তাল্লোহদানং যমলোকে সুখাবহম্ ॥৩৯॥

---

দান তৌরবদি অসুর=হিংচাব, দানব, দৈত্য কৌবা হিংচা-
য়াইতবা মথল অহুম অসিনা য়াম্না পেল্লি ॥৩৫॥

অঙৌবা, অমুবা, নাপু মথল অহুমগী খোইদিং অসি দান
তৌবনা মীওইবনা, পুকনিংনা তৌখিবা পাপ, বাহৈনা তৌখিবা
পাপ, হকচাংনা তৌখিবা পাপ পুম্নমকপু কোকই ॥৩৬॥

লৈপাক মথক্তা খুৎ থম্লগা য়োৎপু দান তৌগদবনি, মশিনা
শিয়বা জীববু যমলোকতা পুদে অমস্তং যমগী শাংলবা বারবা
লম্বী অহুদা চত্তে, অহুগুবা যমগী অরাবশিং অহু য়োৎ দান
তৌরবা জীব অহুনা কংদে ॥৩৭॥

শীংজং, মুসল কৌবা খুৎলাই, থাংশাং, ছুরী কৌবা থাং
অতেনবা, খুৎলাইশিং অসিণা পাপচেনবশিংবু লাঙ্কনবা যমরাজগী
খুৎলাইনি ॥৩৮॥

অসিগুবা য়োৎকি দান অসি তৌরগা যমরাজগী খুৎলাইশিং
অসিগী থপেনবা ওই, অহুনা য়োৎ দান অসি তৌগদবনি, মশি
তৌরগা যমরাজগী খুৎলাইশিং অহুদগী অকিবা অবাবা কংদে ॥৩৯॥

উরণঃ শ্যামসূত্রশ্চ গুড়ামর্কোঽপ্যুডুম্বরঃ।
শেষবলো মহাদূতা লোহদানাৎ সুখপ্রদাঃ ॥৪০॥
শৃণু তার্ক্ষ্য পরং গুহ্যং দানানাং দানমুত্তমম্।
দত্তেন তেন তুষ্যন্তি ভূর্ভুবঃ স্বর্গবাসিনঃ ॥৪১
ব্রহ্মাদ্যা ঋষয়ো দেবা ধর্ম্মরাজ সভাসদঃ।
স্বর্ণদানেন সন্তুষ্টা ভবন্তি বরদায়কাঃ ॥৪২॥
তস্মাদ্দেয়ং স্বর্ণদানং প্রেতোদ্ধরণ হেতবে।
ন যাতি যমলোকং স স্বর্গতিং তাত গচ্ছতি ॥৪৩॥
চিরং বসেৎ সত্যলোকে ততো রাজা ভবেদিহ।

---

উরণ, শ্যামসূত্র, গুড়ামর্ক, উডুম্বর অমসুং শেষবল কৌবা মহাদূতশিং অসিনা, লোহ দান তৌরবদি যমলোকতা নুংঙাইবা পীগনি ॥ ৪০ ॥

হে গরুড় মন্না গুপনা লৈবা অমসুং দান তৌবা খুদিংমক যাবা অথোইবা দান ওইবা অদুগুম দান অসি তৌবনা পৃথিবী লৈবা, আকাশতা লৈবা, স্বর্গদা লৈবশিংমু পেনহল্লি ॥৪১॥

ব্রহ্মা মচি বা ঋষিশিং, লাইশিং, ধর্ম্মরাজগী সভাদা ফমলিবা পুরুষক অসি স্বর্ণদান তৌবনা যাম্না অপেনবা ওই, অমসুং মথোই অসিনি পেন্নবদি বর পীনবা তাকনি ॥৪২॥

মরম অসিনদগী প্রেতদু লাম্নবগীদমক সনাগী দান তৌগদবনি, মরমদি সনাগী দান তৌরবদি যমলোকতা চত্তে, স্বর্গলোকতা খোয়দনমক চংলি ॥৪৩॥

সনাগী দান তৌরবদি মতম কুইনা সত্যলোকতা লৈরগা হৌখিবা অদুক পোক্লবা মতংদা ধর্ম্মকেনবা, রাজা ওইবা লৈগনি

রূপাবান্ধাম্মিকে বাগ্মী শ্রীবানতুল বিক্রমঃ ॥৪৪॥

কার্পাসস্তু তু দানেন দূতেভ্যো ন ভয়ং ভবেৎ।
লবণং দীয়তে যচ্চ্যতেন নৈব ভয়ং যমাৎ ॥৪৫॥

অথ লবণকার্পাসতিলকাঞ্চন দানতঃ।
চিত্রগুপ্তাদয়স্তুষ্টা যমস্য পুরবাসিনঃ ॥৪৬॥

সপ্তধান্য প্রদানেন প্রীতো ধর্মধ্বজো ভবেৎ।
তুষ্টা ভবন্তি যেঽন্যেঽপি ত্রিষু দ্বারেষধিষ্ঠিতাঃ ॥৪৭॥

ব্রীহয়ো যবগোধূমা মুদ্গা মাষাঃপ্রিয়ংগবঃ।
চণকাঃ সপ্তমা জ্ঞেয়াঃ সপ্তধান্যমুদাহৃতম্ ॥৪৮॥

---

মরূপ মথুম যাম্না নৈব, ব স পাদবা, মশক মক্তৌ কজবা অমদি মত্তিক মগুপ নৈব, মপাজল কনবা মিংথৌ ওইবা পোকদৈ ॥৪৪॥

লশিং দান তৌবনা যমদূতশিংদগী অকিবা কংদে, থুম দান তৌবনা যমরাজনা পেনবীবনা যমরাজদগী আকবা কংদে ॥৪৫॥

থুম, লশিং, থোইদিং সনাগী দান তৌবনা যমরাজগী পুরদা লৈরিবা চিত্রগুপ্তনচিংবা পুরমক্না পেনবি ॥৪৬॥

অহুপা সপ্তধান্য কৌবা কৌ, যব গেহু, মুগ, ওইঁন, শগোল-হবাই চানা অসিবু দান তৌবনা ধর্মরাজনা পেনবি অমসুং অতোপ্পা যমপুরগী থোং অহুমক্তা লৈরিবা থারপাল থোং ঙাকপশিংসু পেনবী ॥৪৭॥

সপ্তধান্য কৌবদি কৌ, যব, গেহু, হবাই মুগ, হবাই ওইন, শগোলহবাই, হবাই চান। মথোই তরেৎ অসিবু সপ্তধান্য হায়বা কৌই ॥৪৮॥

গোচর্ম্মমাত্রং বসুধা দত্ত্বা পাত্রে বিধানতঃ।
পুনাতি ব্রহ্মহত্যা যা দৃষ্টমেতন্মুনীশ্বরৈঃ ॥৪৯॥
ন ব্রতেভ্যো ন তীর্থেভ্যো নান্যদ্দানাদ্বিনশ্যতি।
রাজ্ঞা কৃতং মহাপাপং ভূমিদানাদ্বিলীয়তে ॥৫০॥
পৃথিবীং সস্য সম্পূর্ণাং যো দদাতি দ্বিজন্মনে।
স প্রযাতীন্দ্রভবনে পূজ্যমানঃ সুরাসুরৈঃ ॥৫১॥
অত্যল্পফলদানি স্যুরন্যদানানি কাশ্যপ।
পৃথিবীদানজং পুণ্যমহন্যহনিবর্ধতে ॥৫২॥

---

হে গরুড় মতিকচাবা ব্রাহ্মণগী মকমদা নিয়ম বি ধ কায়দনা শনগী শউিন শবু অময়ুক্তং পাকপা লম্বু (পৃথ্বিবু) দান তৌজরবদি মতাক অদু ব্রহ্মহত্যা (ব্রাহ্মণ হাৎপ) গী পাপ কোকচৈ হায়বসি ময়ম পুম্নক উরবা খংলবা মুনীশিংনা হায়নৈ।৪৯॥

নিংথৌনা তৌখিবা মহাপাপ (অচৌবা পাপ) কি ব্রত কয়ামুক তৌহনস্থ কোক্তে, তীর্থ কয়া লুপল্লুরবস্থ কোকপা যরৈত্রে, অমদি করিগুম্বা দান অমত্তনস্থ কোকপা লৈতে, তৌইগুম্বস্নং পৃথ্বি দান তৌবা হায়বসিতনা নিংথৌনা তৌখিবা মহাপাপ অদুবু কোকহল্লি।৫০॥

চান-থক্রবা মহৈ মরোংনা থল্লবা পৃথ্বি (লম) মচেৎ অমতংবু মতিক চাবা ব্রাহ্মণদা দান তৌজরবা মীশক অদুদি লাই কিংচাবা পুম্নমক্না পুজা তৌদুনা ইন্দ্রলোক্তা চুঙ্খাইনা লৈ।৫১।

হে গরুড় অতে'প্ন' দান তৌবদি অদুক হ'ক্না ফল চাওদে, পৃথ্বীদান তৌবগী পুন্য ফলদি নোংমা নোংমগী মরোং ত বা লৈজনা হেনদৎলকই, মদু করিগুম্বদা মরোং তাবা হায়বা লৈত্রে॥৫২।

যো ভুত্বা ভূমিপো ভূমিং নো দদাতি দ্বিজাতয়ে।
স নাপ্নোতিকুটীং গ্রামে দরিদ্রী স্যাদ্ভবেভবে ॥৫৩॥
অদানাদ্ভূমিদানস্য ভূপতিত্বাভিমানতঃ।
নিবসেন্নরকে যাবচ্ছেষো ধারয়তে ধরাম্ ॥৫৪॥
তস্মাদ্ভূমীশরো ভূমিদানমেব প্রদাপয়েৎ।
অন্যেষাং ভূমিদানার্থং গোদানং কথিতং ময়া ॥৫৫॥
ততোহন্তে ধেনুর্দাতব্যা রুদ্রধেনুং প্রদাপয়েৎ।
ঋণধেনুং ততো দত্বা মোক্ষধেনুং প্রদাপয়েৎ ॥৫৬।

---

মীশক অদুনা পৃথ্বীগী মপু ওইরগা হায়বদি চম য়াম্না পাক চাওবগী মপুদি ওইরগা ব্রাহ্মন্দ দান থিত্তং কাওবা তৌরবদি অতোপ্পা মপোক্তা মাপীনি হ'য়বা মুক্ষম মচেৎ অমা কাওবা কংদে, অমত্তং জন্ম জন্মান্তরদা লাইরবা ওই। ৫৩॥

অদুগুম্বা লম য়াম্না লৈবগী নাপন্না থুংবদুনা লমগী দানদি তৌদবা মীশক অদুদি শেষনাগ অনন্তনা পৃথ্বীবু পুরিবা অদুকি মথৈ নরক, তাদুনা লৈ ॥৫৪॥

মরম অসিদগী লম য়ম্ন লৈবা মীশক্না লম দান তৌগদবনি, অদুগা লম লৈতবঃ মীশিনা শরবী দান তৌগদবনি হ য়না ঐনা নত্তোন্দা হায়রিবসিনি ॥৫৫॥

মরম অসিদগী অরোইবা মতমদ (শিরমদাইদা) শল অমা দান তৌগনি, অদুদগী রুদ্রধেনু (মহাদেবগীদমক কাও থাবা) অমা মহাদেবগীদমক কৎকনি, অদুগী তুংদা ঋণধেনু (লম্মন কোক্লবা শল) অমা অদুগী তুংদা অমুক মোক্ষধেনু (অয়ানবা ক'নবা শল) অমা অমুক দাণ তৌগনি॥৫৬॥

দদ্যাদ্বৈতরণীধেনুং বিশেষবিধিনা খগ।
তারয়ন্তি নরং গাবস্ত্রিবিধাচ্চৈব পাতকাৎ ৫৭॥
বালত্বে যচ্চ যচ্চ কৌমারে যৎপাপং যৌবনে কৃতম্।
বয়ঃ পরিণতৌ যচ্চ জন্মান্তরেষ্বপি ॥৫৮॥
যন্নিশায়াং তথা প্রাতর্যন্মধ্যাহ্নাপরাহ্নয়োঃ।
সন্ধ্যয়োর্যৎকৃতং পাপং কায়েন মনসা গিরা ॥৫৯॥
দত্ত্বা ধেনুং সকৃদ্বাপি কপিলাং ক্ষীরসংযুতাম্।
সোপস্করাং সবৎসাং চ তপোব্রত সমন্বিতে ॥৬০॥
ব্রাহ্মণে বেদবিদুষি সর্ব্বপাপঃ প্রমুচ্যতে।

---

হে গরুড় অদুগী তুংদা তৌবা কৌংবা নিয়ম কায়দদা— নিয়মগী মতুংইন্না বৈতরণীগীদমক শগ অমা কৎকনি, শগ অসিনা পাপ চেনবা মীবু হকচাংনা তৌবা পাপ, হায়রিবা মথল অহুমগী পাপ্তগী লানবী ॥৫৭॥

অদুগুম্বা মীশক অদুনা, অঙাং ওইরিবৈঙেদা, লুপাম্চা ওইরিবৈঙেদা, মথোক কায়কপা মতমদা, অহল ওইরবা মতমদা, অমদি মপোক মপোক কয়াদা তৌখিবা পাপ, অমদি অহিংদা, অয়ুক্তা, নুমিৎয়ুংবা মতমদা, নুমিদাংবাইদা অমদি অথম অঙান শিন্নবা সন্ধ্যা অনিমক্তা, হকচাংনা, পুকনিংনা, রাইৈনা তৌখিবা পাপ কয়াবু অদুগুম্বা মীশক অদুনা অমুক্তং অচা-অথক, ফিরোল, সিজ্ঞানচিংবগা লোইননা, ব্রত, তপস্যা অমদি বেদ পাঠনচিংবদা পুকনিং চংবা, বেদ হৈবা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণ অমগীদমক দান তৌজরবদি মথক্তা হায়রিবা পাপ খুদিংমক অসি কোকচৈ। অসিগুম্বী শগ য়োংমানবী চাজেনবী অসিবু দান তৌজবসিদা,

উদ্ধরেদন্তকালে সা দাতরং পাপ সঞ্চয়াৎ ॥৬১॥
একা গৌঃ স্বস্থচিত্তস্য হ্যাতুরস্য চ গোশতম্।
সহস্রং ম্রিয়মানস্য দত্তং চিত্তবিবর্জ্জিতম্॥৬২॥
ম্রিতস্যৈতৎ পুনর্লক্ষং বিধিপূতং চ তৎফলম্।
তীর্থ পাত্রসমোপেতং দানমেকং চ লক্ষধা ॥৬৩॥
পাত্রেদত্তং চ যদ্দানং তল্লক্ষগুণিতং ভবেৎ।
দাতুঃ ফলমনন্তং স্যান্ন পাত্রশ্য প্রতিগ্রহে ॥৬৪॥

---

দান তৌজরিবা মীশক অসিগী হয়েং অন্তকাল ( অরোইবা মতম হায়রবদি শিররমদাইগী মতমদা মশাগী পাপ পুন্নমক কোকচহনা অকবা লম্বী চৎলি। ) ॥৫৮।৫৯ ৬০।৬১॥

মশা করিবা নাত্রি যেংক্রবা মীশা শরবী দান তৌবদা ফংবা ফল অহু, নাররবা য়েক্রবা মীশক অমনা তৌজবদা অহুগুবা শনবী চাবা দান তৌবগী ফল ফ ই, মরম্মুং শিরমদ ইগী য়ম্মা বাররবা মতম, খমোই হকচাং পুন্নমক তকিক তক্রিবা মতমদা তৌবা দান অহুদা শনবী লিশিং অমা দান তৌবগী ফল ফংই ॥৬২॥

শিরবা তুংদা মচানা মগুনা নিয়মগী মতুংইন্না তৌবা দান অহুনা মথক্কী নাত্রিবা মশা করিবা মীনা তৌব দান লক্ষ অমগা মাররবা পুণ্য ফংই, মতৌ অস্তুম্ন তীর্থদ মপা মপুগীদমক মতিক চাবা অকবা ব্রাহ্মন্দা শংবী অমতং দান তৌজবহুন্তু শনবী লাক্ষ অমা দান তৌবগী ফল অহু ফংই ॥৬৩॥

মতীক চাবা অকবা ব্রাহ্মন্দা তৌজরিবা দান অহুগী পুণ্য অহু, লক্ষ অমগী তৌজবগী পুণ্য অহুমক মফংই, অমম্মুং দান তৌরিবা মীশক অহুবা শরুক লক্ষ অমা হেন্না ফল ফংবা অমদি দান লৌরিবা মতীক চাবা ব্রাহ্মণ অহুনা দান লৌরবগী করিগুবা দোষ অমত্তম্ন মশাদা লৈরোই ॥৬৪॥

স্বাধ্যায়হোমসংযুক্তঃ পরপাক বিবর্জ্জিতঃ।
রত্নপূর্ণামপি মহীং প্রতিগৃহ্য ন লিপ্যতে ॥৬৫॥
বিষশীতাপহৌ মন্ত্রবহ্নী কিং দোষভাগিনৌ।
অপাত্রে সা চ গৌর্দত্তা দাতারং নরকং নয়েৎ ॥৬৬॥
কুলৈকশতসংযুক্তং গ্রহীতারং তু পাতয়েৎ।
নাপাত্রে বিদুষা দেয়া আত্মনঃ শ্রেয় ইচ্ছতা ॥৬৭॥
একাহ্যেকস্য দাতব্যা বহুনাং ন কদাচন।

---

অদুগুম্বা মতীক চাবা ব্রাহ্মণ, বেদ পাঠ অমদি হোম জপ তৌজুনা শোল্লিবা অমদি মতোম্মা মীনা থোং-থাকপা চাত্রবা, মশা মথন্তা থোংলগা চাজবা ব্রাহ্মণ অদুদি মনা মত্নমা (রতন্না) থাল্লবা পৃথ্বি ফাওবা দান লৌবগা করিগুম্বা দোষ অমত্তা লৈত্রে, কগুবা অমত্তা মগোন্দা ওইত্রে ॥৬৫॥

শিনপী হবু মাংহনবা গুম্বা মন্ত্র, অশ্নিংববু মাংহনবা গুম্বা মৈ হায়বা অনি অসিদা করিগুম্বা দোষ অমত্তনা কৎহন্দবা গুমদে, মতৌ অমুম্না বেদ পাঠ তৌবা ব্রাহ্মণা দান লৌরুবগী করিগুম্বা দোষ অমত্তা ওইদে, তৌইগুমনুং মতীক চাদবা ব্রাহ্মণ্না শন অমত্তা ওইরবসু দান তৌরুল্লিবা দাতা (দান তৌরিব মী) অদুদি নরকা যগন্ধুতশিংনা পুল্লুবা চৎলি অদুনা কুপাত্রদা (মতিক চাদবা ব্রাহ্মণদা) দান তৌকদে ॥৬৬॥

মতীক চাদবা ব্রাহ্মণা দান লৌরুরবদি মশাদগী হৌরগা পুল্লাম চাম নরক তাই, মরম অসিদগী মশাগী মঙ্গল ওইনবা, ঝনবা খনবা মীশক্না মতীক চাদবদা দান তৌরাইদবনি ॥৬৭॥

মতীক চাবা ব্রাহ্মণ অমদা শনবী অমদি দান তৌবা য়াই মশিংগী হেন্না মাহাদি তৌকদে মরমদি তৌল্লবা দান শনবী

সা বিক্রীতা বিভক্তা বা দহত্যাসপ্তমং কুলম্ ॥৬৮॥
কথিতা যা ময়া পূর্ব্বং তব বৈতরণী নদী ।
তস্যা উদ্ধরণোপায়ং গোদানং কথয়ামি তে ॥৬৯॥
কৃষ্ণাং বা পাটলাং বাপি ধেনুং কুর্য্যাদলংকৃতাম্ ।
স্বর্ণশৃঙ্গীং রৌপ্যখুরীং কাংস্যপাত্রোপদোহিনীম্ ॥৭০॥
কৃষ্ণবস্ত্র যুগচ্ছন্নাং কণ্ঠে ঘণ্টা সমন্বিতাম্
কার্পাসোপরি সংস্থাপ্য তাম্রপাত্র সচৈলকম্ ॥৭১॥
যমং হৈমং ন্যসেত্তত্র লোহদণ্ড সমন্বিতম্ ।
কাংস্যপাত্রে ঘৃতং কৃত্বা সর্ব্বং তস্যোপরিন্যসেৎ ॥৭২॥

---

অদু য়োম্বোকথিবা অমদি শরুক য়েম্বোক্লগ্রবদি শন দান তৌরিবা দাতা অদুদগী হৌরদুনা মাগী শাগৈ তরেৎপু চাকথেকই হায়বদি দাতা অদুগী শাটেগ তরেৎকী মাংনবগী নশক ওই ॥৬৮॥

হে গরুড় ঐনা নঙোন্দা অহানবদা বৈতরণী তুরেনগী বাদি হায়রে, হৌজিক্তি অমুক মহুদগী লানবা উপায় শনবী দান তৌবগী ময়ম হায়রগে তাবো ॥৬৯॥

শন অমুবী অমা নত্রগা য়োংনানবী শনবী অমদু কিজেৎ নৈতেংবিরগা, মচাদা স্না য়োম্লগা, মখোং খুজিন্দনা লুপা য়োম্লগা শংদোম চম্বা শেঙেংগী পাত্র অমগা শামগনি ॥৭০॥

অমুবা মচুগী ফি অনিনা শনবীগী মনমগন্দা কুপ্পিরগনি, মথৌরাদা শরীক শিজিনবিরগনি অমসুং কোরাগী পাত্র অমা ফি অমগা লোইননা লশিং থরা মথাদা থারগা মথক্ত কোরী পাত্রদু থম্লগনি ॥৭১॥

কোরী পাত্র অদুদা য়োৎনা শাবা দণ্ড অমা (চৈ অমা)গা লোইননা স্নানা শাবা যমরাজগী মূর্ত্তি অমগা হাপ্লগা শেঙেংগী পাত্র অমদা ঘী হাপ্লগা লশিং অদুগী মথক্তা থম্লগনি ॥৭২॥

নাবমিক্ষুময়ীং কৃত্বা পট্টসূত্রেণ বেষ্টয়েৎ।
গর্ত্তং বিধায় সজলং কৃত্বা তস্মিন্ক্ষিপেত্তরীম্ ॥৭৩॥
তস্যোপরি স্থিতাং কৃত্বা সূর্য্যদেহসমুদ্ভবাম্।
ধেনুং সঙ্কল্পয়েত্তত্র যথাশাস্ত্রবিধানতঃ ॥৭৪॥
সালঙ্কারাণি বস্ত্রানি ব্রাহ্মণায় প্রকল্পয়েৎ।
পূজাং কুর্য্যাদ্বিধানেন গন্ধপুষ্পাক্ষতাদিভিঃ ॥৭৫॥
পুচ্ছং সংগৃহ্য ধেনোস্তু নাবমাশ্রিত্য পাদতঃ।
পুরস্কৃত্য ততো বিপ্রমিমং মন্ত্রমুদীরয়েৎ ॥৭৬॥
ভবসাগরমগ্নানাং শোকতাপোর্মিদুঃখিনাম্
ত্রাতা ত্বং হি জগন্নাথ শরণাগতবৎসল ॥৭৭॥

---

অহুপী তু'দা লৈপাক্তা কোম মচা অমা জোবগা ঐশিং থম্মা হাপ্পগনি, রেশমগী খোয়ৈনা পুল্লবা চুনা হি মচা ( পোং ) অমা শায়গা কোমদা ঐশিং মথক্তা তাওহল্লগনি .৭৩॥

কোম অহুগী মথক্তা সূর্য্যদেবগী হকচাংমক্তদগী থোক্লকৃবী শনবী হায়বসিবু লেপহল্লগনি অমসুং শাস্ত্রগী নিয়মগী মতু'ইন্না সঙ্কল্প তৌয়গনি ॥৭৪॥

নিয়মগী মতুংইন্না চে' খোইদিং লৈ-চন্দোম্নচিংবনা ব্রাহ্মণবু পূজা, তৌরগা শেংন চানবা ফিরোল অলঙ্ক'য়বু কৎলগনি ॥৭৫॥

অহুগী তু'দা কার্ত্তা অহুনা চুমী হি অহুগী মথক্তা মেৎথ'বা খোং থাঙ্গৎকনি অমসুং শল অহুগী মমৈ পায়গা ব্রাহ্মণবু মাংদা লৈহল্লগা মথাগী মন্ত্রবু থিগনি ॥৭৬॥

হে চংজরিবশিংবু ঙাকপিহৈবা, হে জগৎকি মবুঙো, সমুদ্রগী মশক ওইরবা সংসার অসিদা লুপ্ত্না লৈরম্লবা অবাবা থমোই চাকপগী ঐথক হৈরেদা তাওরিবাশিংবু হৈবুঙো নংনা ঙাকপি-রিবনি ॥ ৭৭ ॥

বিষ্ণুরূপং দ্বিজশ্রেষ্ঠ মামুদ্ধর মহীসুর।
সদক্ষিণা ময়াদত্তা তুভ্যং বৈতরণী নমঃ ॥৭৮॥

যমমার্গে মহাঘোরে তাং নদীং শতযোজনাম্।
তর্ত্তুকামো দদাম্যেতাং তুভ্যং বৈতরণী নমঃ।

ধেনুকে মাং প্রতীক্ষস্ব যমদ্বারে মহাপথে।
উত্তারণার্থং দেবেশি বৈতরণ্যৈ নমোঽস্তুতে ॥৮০॥

---

হে বিষ্ণু ভগবানগি মশক ওইরিবা, হে পৃথিবী লাই ওইরিবা হে ব্রাহ্মণ অথোইবা, নহাক্না ঐবু লানবিয়ু, ইবুঙো নহাক্তীদবক ঐনা দক্ষিণাগা লোইননা বৈতরণী দান তৌজরবনি অমনুং ব্রাহ্মণ অথোইবা নংবু খুরুমজে ॥৭৮॥

খোইদোক হেন্দোক্না অকিবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বীদা লৈরিবী যোজন চাম শাংবী বৈতরণী তুরেলবু লানবগীদক অসিগুম্বী শনবী অসিবু ঐনা ব্রাহ্মণ অথোইবা নংগীদমক পীজরি অমসুং ব্রাহ্মণ অথোইবা নংবু খুরুমজে ॥৭৯॥

হে শনবী, হে লাইশিংগী মবেম্মা ওইবী, শাংলবা যমদ্বারগী লম্বীদা ঐবু অমা অমা লৈতনা পূবিনবা। ইমা নংনা য়াবিয়ু অমসুং ইবা য়াদনা নংনা ঐবু বৈতরণী তুরেলবু লানবিয়ু হায়না নবু খুরুমজরি ॥৮০॥

গাবো মে অগ্রতঃ সন্তু গাবো মে সন্তু পৃষ্ঠতঃ।
গাবো মে হৃদয়ে সন্তু গবাংমধ্যে বসাম্যহম্ ॥৮১॥
যা লক্ষ্মীঃ সর্ব্বভূতানাং যা চ দেবে প্রতিষ্ঠিতা।
ধেনুরূপেণ সা দেবী মম পাপং ব্যপোহতু ॥৮২॥
ইতি মন্ত্রৈশ্চ সংপ্রার্থ্য সাঞ্জলির্ধেনুকাং যমম্।
সর্ব্বং প্রদক্ষিণীকৃত্য ব্রাহ্মণায় নিবেদয়েৎ ॥৮৩॥
এবং দত্ত্বাদ্বিধানেন যো গাং বৈতরণীং খগ।
স যাতি ধর্ম্মমার্গেণ ধর্ম্মরাজ সভান্তরে ॥৮৪॥

শনবীশিংনা ঐগী মাংদা লমজিংবীশনু, শনবীশিংনা ঐগী তুংথংদা শরুকপু ঙাকপিশনু, শনবীশিংনা ঐগী থমোইদা লৈবিশনু অসুম্না মতম পুম্নমক্তা ঐহাক্না শনবী পুম্নমক্কী মরক্তা লৈজবা ওইজগে ॥৮১॥

লক্ষ্মীগী মশক ওইরবী শনবীশিংনা থবাই পানবশিংগী ( মীওইশিংগী ) মরক্তা অমদি লাইশিংগীসু মরক্তা ঙানখোইবীরি, অদুগুম্বী শনবীগী মশক ওইরবী ইমা লক্ষ্মীনা ঐগী পাপ পুম্নমকপু মাংহনবীশনু ॥৮২॥

মতৌ অসুম্না মন্ত্র অসি হায়রদুনা খুৎ লোমদুনা শনবী অমদি থবক্শিংথোকপু প্রার্থনা তৌরগা পুম্নমকপু মেৎওইননা কোয়রগা অদুগুম্বী শনবীবু ব্রাহ্মণদা কচ্ছগনি ॥৮৩॥

হে গরুড় অদুগুম্বা মীশক অদুনা অসিগুম্বা নিয়ম অসিগী মতুংইন্না বৈতরণী শনবীবু ব্রাহ্মণদা দান তৌরবদি ধর্ম্মরাজ যমগী নাক্তা ধর্ম্মরাজগী সভাদা ধর্ম্মগী লম্বীনা মরম ওইদুনা চৎলোই ॥৮৪॥

অস্থাবস্থশরীরে তু বৈতরণ্যা ব্রতং চরেৎ।
দেয়া চ বিদুষা ধেনুস্তাং নদীং তর্ত্তুমিচ্ছতা ॥৮৫॥
সা নায়াতি মহামার্গে গোদানেন নদী খগ।
তস্মাদবশ্যং দাতব্যং পুণ্যকালেষু সর্ব্বদা ॥৮৬॥
গঙ্গাদি সর্ব্বতীর্থেষু ব্রাহ্মণা বসথেষু চ।
চন্দ্রসূর্য্যোপরাগেষু সংক্রান্তৌহদর্শংবাসরে ॥৮৭॥
অয়নে বিষুবে চৈব ব্যতীপাতে যুগাদিষু।
অন্যেষু পুণ্যকালেষু দদ্যাদ্‌গোদানমুত্তমম্ ॥৮৮॥

অসিগুম্বী বৈতরণী তুরেলবু লানগে খল্লিবা খং-বৈরবা মীশক অচুনা, মশা কল্লিবৈ মতম অংমকুদা বৈতরণী ব্রতশী হৌনবী মতু·ইবা "লাম্বা শনবী" অচুবু দান তৌহৌগদবনি ॥৮৫॥

হে গরুড় মতৌ অস্মুম্না শনবী দান তৌগ্রবদি অচুম্বা অকিবগী মশক ওইবী বৈতরণী তুরেল অদু শাংলবা যমরাজগী লম্বীদা চংপদা লাক্লুদ্রে, মরম অসিদগী অকবা মতম য়েংদুনা মশা কল্লিবৈদা বৈতরণীগী শনবীবু দান তৌগদবনি ।৮৬।

গঙ্গা নচিংবা তীর্থ পুম্নমক্তা, ব্রাহ্মণগী মনুমদা, সুবিৎ থাংগী গ্রহন তৌবা মতমদা, থাগী অহোংবা তারিখ সংক্রান্তি নুমিত্তা অমদি অমাবস্যা হায়রবদি থাশি নুমিত্তা বৈতরণী শনবীবু দান তৌগদবনি ।৮৭॥

সূর্য্যনা কর্কট সংক্রান্তি, মকর সংক্রান্তি, বিষুব সংক্রান্তি মেষ, তুলা সংক্রান্তি. ব্যতিপাত যোগ, যুগাদি তিথি (যুগ্মতিথি, দা অমদি অতোপ্পা পুণ্যকর্ম তৌবা য়াবা অকক মতমদ অদুদা মতেংপা ওইবা শনবীগী দানবু তৌগদবনি ॥৮৮॥

যদৈব জায়তে শ্রদ্ধা পাত্রং সংপ্রাপ্যতে যদা।
স এবং পুণ্যকালঃ স্যাত্তঃ সম্পত্তিরস্থিরা ॥৮৯॥
অস্থিরাণি শরীরাণি বিভবো নৈব শাশ্বতঃ।
নিত্যং সন্নিহিতো মৃত্যুঃ কর্ত্তব্যো ধর্ম্মসংগ্রহঃ ॥৯০॥
আত্মবিত্তানুসারেণ তত্র দানমনন্তকম্।
দেয়ং বিপ্রায় বিদুষে স্বাত্মনঃ শ্রেয় ইচ্ছতা ॥৯১॥
অল্পেনাপি হি বিত্তেন সহস্তেনাত্মনে কৃতম্।
তদক্ষয়ং ভবেদ্দানং তৎকালং চোপতিষ্ঠতি ॥৯২॥

---

অড়ুপা পুকরি·দা অসিওবা অকবা বাখল অদি ( গোবার-চিংবসি ভোগে খলকপসি ) হেক পোল্লকণা মতম অহম্বং অকব', দান তৌবদা মতীক চাবা মীশক হেক কংবসিস্থ পুণ্যকাল কোই, মতমসিদা হেক্কা দান তৌগদবনি, করিনা সম্পত্তি ( চাক·লন ) হ'য়বসিদি মতম পুবদা লেংদমা দৈতে ॥৮৯॥

হকচাং হায়বসিস্থ অয়েম্পা দৈতে, লদ হায়বসিহু মতম পুয়মক্কা ইশাগিতা ওইগনত্তা দৈতে, অড়ুপা অশিবা হায়বসিদি মতম পুয়মক্কা ইশাগা ইরে ইত পোইনড়না দৈ, অড়ুনা ধর্ম্মগী লম্বী হায়বসিদি মতম পুয়মক্কা চংকদবনি তৌগদবনি ॥৯০॥

মশাগী কনবা খনবা মীশক্কা মশাগী মমন মথুম দৈবিতৈদা মতিক মগুণ দৈবা বিত্তাহৈবা ব্রাহ্মণ মমন মথুম দান তৌহৌ-গদবনি, করিদগী ইশাগী ইমন ইথুম্মা ব্রাহ্মণা দান তৌবা হাঁয়বসি লোহবা নাইত্রবা কল পীয়িবনি ॥৯১॥

মশাগী মথুংনা থিকংত ওইমবস্থ তৌকথিবা দান হায়বসিদি অয়োইথা ন ইত্রবা কল কংদিবনি, অমাং অত্তা দৈত্রবনি, মড়ুপী কলস্থ পুরক পুদক্কা অড়ুমক মকাই ॥৯২॥

গৃহীতদানপাথেয়ঃ সুখং যাতি মহাধ্বনি।
অন্যথা ক্লিশ্যতে জন্তুঃ পাথেয়রহিতঃ পথি ॥১৩॥
যানি যানি চ দানানি দত্তানি ভুবি মানবৈঃ।
যমলোকপথে তানি হ্যুপতিষ্ঠান্তি চাগ্রতঃ ॥১৪॥
মহাপুণ্যপ্রভাবেন মানুষং জন্ম লভ্যতে।
যস্তৎপ্রাপ্য চরেদ্ধর্ম্মং স যাতি পরমাং গতিম্ ॥১৫॥
অবিজ্ঞায় নরো ধর্ম্মং দুঃখমায়াতি যাতি চ।
মনুষ্যজন্মসাফল্যং কেবলং ধর্ম্মসেবনম্ ॥১৬॥

---

মশানা দান ধর্ম্ম খিত্তং তৌজখিবা মীশঙ্গা শাংলবা অমদি অৱাবগী মশক ওইরবা যমগী লম্বেলদা নুংঙাইনা চৎলি, দান ধর্ম্ম তৌদবনা অৱাবগী মশক্তা ওই ॥১৩॥

পৃথিবীদা মৈরিহৈদা দান ধর্ম্ম খরদং তৌজখিবমুনা শিরবা মতমদা যমলোকী লম্বীদা হান্না হাননা মমুগী কল অমু মৈয়মগনি কংজুগনি ॥ ১৪॥

মীওইনা পোকপা মপোক হায়বসিদি কয়াম্বক ওইবা পুণ্য কর্ম্মগী কলনা ফংলকপনি, মরম অসিদগী মী ওইনা পোকপা জীবশিংনা অমুক ধর্ম্ম কর্ম্মগী থবক তৌজরগা পরমগতি হায়বদি ঈশ্বরগী মাক য়েংজবা, ঈশ্বর ফংজবা ঙমলিবনি ॥১৫॥

ধর্ম্ম কর্ম্ম খংদবা তৌদবা মীনা মপোক অচৌদগী অতোপ্পা মপোকতগী ( হিংলিংদবগী শিরগনু ) অৱাবা নংঙনা অতৈ ক দে অমুনা ধর্ম্ম কর্ম্ম খংনা চৎচবা মীতনা পোকপগী মহৈ মারক শিরবনি ॥১৬॥

ধনপুত্রকলত্রাদি শরীরমপি বান্ধবাঃ।
অনিত্যং সর্ব্বমেবেদং তস্মাদ্ধর্ম্মং সমাচরেৎ ॥৯৭॥

তাবদ্বন্ধুঃ পিতা তাবত্তাবজ্জীবতি মানবঃ।
মৃতানামন্তরং জ্ঞাত্বা ক্ষণাৎস্নেহো নিবর্ত্ততে ॥৯৮॥

আত্মৈব হ্যাত্মনো বন্ধুরিতি বিত্তান্মুহুর্মুহুঃ।
জীবন্নপীতি সঞ্চিন্ত্য মৃতানাং ক প্রদাস্যতি ॥৯৯॥

এবং জ্ঞানন্নিদং সর্ব্বং স্বহস্তেনৈব দীয়তাম্।
অনিত্যং জীবিতং যস্মাৎ পশ্চাৎ কোপি ন দাস্যতি ॥১০০॥

---

লন, মত্নু, মচা, অমদি মশা অমন্তু মরুপ-মপাং হায়বসি অরেপ্পা নত্তে. লেপ্পমক ধম্ম'তনা অরেপ্প'নি, মন্নম অসিদগী ধর্ম্মগী লগীবু চৎকদবনি তোগদবনি ॥৯৭॥

মপা, মমা মচিম-মনাও, মরুপ-মপাং হায়বসি মতম খমা অহুক হিংলিবগী নৈমিবনি সুংশি'মবনি, শিমবা মতমদদি মশি পুম্নমক নোংম নোংমগী কাওথি, মথোইগী সুংশিবস্তু ধুনমক মাংলকই, ও'ইহাকগী সুংশিবা হায়বহু ওইমকই, কুইনা নৈমু হায়বা মায়ক্তে ॥৯৮॥

মশাগী মরুপতি মশাতনি হা'মবসি হমা হমা নিংশিংগদবনি মমমদি হিংলিতৈমক্কদস্তু কমানন্ত কাম্নবা তোঁবিত্রবা শিমগা কনামা মাগীদমক কাম্ননবা তোবিগদগে ॥৯৯॥

পুনসী হায়বসি লেপ্তবনি, শিমবা মতমদদি কনামা তোঁবিমকবা মাই হায়বসি খম্মা হিংলিতৈ মতমদা মথুংমক্কা দান তোঁজমম-গনি ॥১০০॥

মৃতং শরীরমুৎসৃজ্য কাষ্ঠলোষ্ঠ সমংক্ষিতৌ।
বিমুখা বান্ধবা যান্তি ধর্ম্মস্তমনুগচ্ছতি॥১০১॥
গৃহাদথ নিবর্ত্তন্তে শ্মশানাৎ সর্ব্ববান্ধবাঃ।
শুভাশুভং কৃতং কর্ম্ম গচ্ছন্তমনুগচ্ছতি॥১০২
শরীরং বহ্নিনা দগ্ধং কৃতংকর্ম্মসহস্থিতম্।
পুণ্যং বা যদি বা পাপং ভুঙ্‌ক্তে সর্ব্বত্র মানবঃ॥১০৩॥
ন কোপি কস্যচিৎ বন্ধু সংসারে দুঃখসাগরে।

---

শিরবা হকচাংনা উতুপ অমতম লৈপাক্লা শাবা মুত্তিগুম লৈপাক্লা তাহুনা লৈরবদা মরী-মতা, মচা-মত পুম্নমক্না তোকনা থোকপা থম্না তোম্মগা হন্দোকতুনা চৎখিবা ডাকনি অদুম্ মতম অদুদা মশানা তৌজখিবা ধর্ম অহুতনদি মাগী (শিরবা হকচাংগী) তুংইন্না চৎলি॥১০১॥

শিরবা মচুংদা ইমা ইশানা ময়না থবাই মুবাক্না হাগুনা তাপুথবা লমথুম অদুনা মুমদা লৈহৌই অচৌবা মরী-মতা মচা-মত হায়রবা অসিগু শ্মশানদগী হনহোবা ডাকনি, মতমদুদা ইশানা তৌজখিবা অফ-ফত্তবগী কর্মফল অদুত্তনা পরলোক য়োনা চৎলিবনি॥১০২॥

ফম্নিদগী হকচাং হায়বসি মৈনা চাক্লুনা উং ওলহৌরবনি, তৌজখিবা ধর্ম্ম কর্ম্ম অদুত্তদি মৈনা চাক্লনা আত্মাগী তুংইনচুগা লৈ, মরম অসিদগী জীবনা মপোক মপোক থুনিংদা মকম মতম পুম্নমক্না পাপ পুণ্যগী ফলদু চারিবনি॥১০৩॥

অদোমবনা থরবা সংসার অসিদা মরী মতা, মরূপ-মপাং কনাম্ম লৈতে, তমগী কর্মগী ফলনা সংসার অসিদা লাকই, কর্মগী

আয়াতি কর্ম্মসম্বন্ধাদ্যাতি কর্ম্মক্ষয়ে পুনঃ॥১০৪॥

মাতৃপিতৃসুতভ্রাতৃ বন্ধুদারাদি সঙ্গমঃ।
প্রপায়ামিব জন্তুনাং নদ্যাং কাষ্ঠৌঘবচ্চলঃ॥১০৫॥

কস্য পুত্রাশ্চ পৌত্রাশ্চ কস্য ভার্য্যা ধনং চ বা।
সংসারে নাস্তি কঃ কস্য স্বয়ং তস্মাৎ প্রদীয়তাম্॥১০৬॥

আত্মায়ত্তং ধনং যাবত্তাবদ্বিপ্রেসমর্পয়েৎ।
পরাধীনে ধনে জাতে ন কিঞ্চিদ্বক্তুমুৎসহেৎ॥১০৭॥

---

কস অদু লোইরগা মমী-মতা পুম্বক থাদোক্নুনা চৎলি হায়বদি কর্ম্মগী ফল অদুগী মতুংইন্না লাক্নগা ফল অদু লৈরিবা মতম অদুতীমথৈ কর্ম্ম তোত্নগা লৈ, তৌরিবা কর্ম্ম অদুগী ফল অদু অমুক পুক্ত্রনা, হায়গী কস লোইরবদা শাগৈ-নাথৈ থাদোক্নুনা অমুক চৎলি॥১০৪॥

হিংলিংগীবপা, মমা, মচিন মনাও মচু-মচা, মরুপ-মপাংশিংগা তিন্নবা হায়বসি লম্বীদা ঈশিং থককমদা তিনবা মীয়ামগুম অমদি তুরেলগী ঈচেন্দা তাওবা কাওশীংগুম অয়েম্ন লৈজবনি॥১০৫॥

কনানা কনাগী মচাকো, কনানা কনাগী মতুনো, কনানা কনাগী মুপী ( মচু ) নো, কন্নিবুনা কনাগী মন্নমো, সংসার অসিদা কনানা কনাগীসু নত্তে, পুম্নমক মীনম্বা ওাকংকি, মরম অসিনগী হিংলিংদা মথুংনা কংনা দান তৌজগদবনি॥১০৬॥

মথুত্তা মরম মথুম লৈরিবৈদা ব্রাহ্মণদা দান তৌহৌগদবনি, অয়েম্না লৈজবনিনা লন্দি মীথুক্ত চৎলবা মতমদদি লনগী মথু অদুদা শরিদু হায়কপা তথলোই॥১০৭॥

পূর্ব্বজন্মকৃতাদ্দানাদত্র লব্ধং ধন বহু।
তস্মাৎদেবং পরিজ্ঞায় ধর্ম্মার্থং দীয়তাং ধনম্॥১০৮॥
ধর্ম্মাৎ সঞ্জায়তেঽর্থশ্চ ধর্ম্মাৎ কামোঽভিজায়তে।
ধর্ম্ম এবাপবর্গায় তস্মাদ্ধর্ম্মং সমাচরেৎ॥১০৯॥
শ্রদ্ধয়া ধার্য্যতে ধর্ম্মো বহুভির্নার্থরাশিভিঃ।
নিষ্কিঞ্চনা হি মনয়ঃ শ্রদ্ধাবন্তো দিবং গতাঃ॥১১০॥
পত্রং পুষ্পং ফলং তোয় যো মে প্রযচ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যুপহৃতমশ্নামি প্রয়তাত্মনঃ। ১১১॥

---

মহানমক্কী মপোক্তা তৌজখিবা দান অদুনা হন্দক অসিদা লন-থুমশিং অফ্লিগী চপু ওইরম্বিবনি মন্দুনা ধর্ম্মগীদমক্তা লন-থুম অদুবু দান তৌগদবনি॥১০৮॥

ধর্ম্ম তৌরগা লন-থুম কংই, ধর্ম্ম তৌরগা কাম হায়বদি অপাম্বা থুদিংমক কংই, ধর্ম্ম তৌরগা সংসার অসিদগী অরানবা থুবম (মোক্ষ) হায়বমু কংই, মরম অসিদগী ধর্ম্ম তৌবা হায়বসিনা পুম্নমক কংই হায়বসি থংবা জীবনা মতম পুম্নমক্তা ধর্ম্মতমু তানগদবনি ধর্ম্মতমু চৎকদবনি॥১০৯॥

ধর্ম্মবুদি থাজবগা লোইননা চৎনম্বিবনি, ধর্ম্ম অহু তৌরগা লন-থুম কংলবমু লন অদুতনদি পুম্নমক কংবা ওইতে, করিনা মুনিশিংনা থাজবগা লোইননা লন-থুম দান তৌরবমু কংই॥১১০॥

শ্রীভগবান বিষ্ণুনা হায় :—হে গরুড় ঐগী ইমাই ভক্তশিংনা মপুকনিং শেংনা ভক্তিগা লোইননা উনা অমত্তং, লৈ অমত্তং, উহৈ অমত্তং, ঈশিং থুজোক অমত্তা ওইরবমু ঐগীদমক্তনি হায়না কৎচরকপদো ঐনা য়াম্না নুংঙাইনা অপেনবগা লোইননা লৌই।,১১১॥

তস্মাদবশ্যং দাতব্যং অন্নদানং বিধানতঃ।
অন্নং বা বহুবেত্তীমাং গণনাং নৈব কারয়েৎ ॥১১২॥
ধর্ম্মাত্মা চ স পুত্রো বৈ দৈবতৈরপি পূজ্যতে।
দাপয়েত্তস্তু দানানি পিতরং ভ্রাতুরং ভুবি ॥১১৩॥
পিত্রোর্নিমিত্তং যদ্বিত্তং পুত্রৈঃ পাত্রে সমর্পিতম্।
আত্মাপি পাবিতস্তেন পুত্রপৌত্রপ্রপৌত্রকৈঃ ॥১১৪॥
পিতুঃ শতগুণং পুণ্যং সহস্রং মাতুরেব চ।
ভগিনীদশসাহস্রং সোদরে দত্তমক্ষয়ম্ ॥১১৫॥

---

ময়ম অসিনা নিয়ম নিত্তি কায়দনা লেপ্পমক দান তৌগদবনি, মহুলা অমাম য়াঁমদবগী মা নৈত্তে, ভুমজবা থয়দংভা ওইরবম দানদি তৌগদবনি ॥১১২॥

মপাগী আতুর মতমদা হায়বদি শিরমদাইদা, অমদি শিরবা মতমদা মপাগীদমকনি হায়দুনা দান থয়দং তৌজরিবা অমদি তৌহল্লিবা ধর্ম্মচেনবা মচা অদুবুদি লাই পুম্নমকনন্থ মাবু পূজা তৌনরিবনি ॥১১৩॥

মমা মপাগীদমক্তনি হায়দুনা মত্তিকচাবা ব্রাহ্মন্দা ভুমজবা দান থয়দং তৌজরবা মীশক অদুদি, মপাগী অমদি মচাগী মচুগী অমদি শুধাং কাওবগী পবিত্র ওইহল্লবনি, হায়বদি তৌরিবা ধর্ম্ম অদুনা মশু মচা কাওবদা তথীবা থংহনবা অমদি তৌকয থোকপা লগী পূম্নমক তাকপী তিকপিবা ওইনা মথোই পুম্নমকী থমোইদা পবিত্র ( অশেংবা ) হায়বদু মহাক্না ওইহল্লবনি ॥১১৪॥

মপাগীদমক তৌরিবা দান অদুগী পুণ্য অদু শরুক চাম হেন্না কংই, মমাগীদমক তৌরিবা দান্না শরুক লিশিং অমা হেন্না কংই, মচনপীদমক কৌবা দান্না শরুক লিশিংতরা হেন্না কংই, মচিন মনাওপীদমক তৌবনা অমাং অত্তা নৈত্তবা হায়বদি লোইবা নাইদবা ফল হায়বদু ওইরে ॥১১৫॥

নচৈবোপদ্রবা দাতুর্নবা নরকযাতনাঃ।
মৃত্যুকালে চ ন ভয়ং যমদূত সমুদ্ভবম্ ॥১১৬॥
যদিলোভান্ন যচ্ছন্তি কালে হ্যাতুরসংজ্ঞকে।
মৃতাঃ শোচন্তিতে সর্ব্বং কদর্য্যাঃ পাপিনঃ খগ ॥২১৭॥
পুত্রাঃ পৌত্রাঃ সহভ্রাতা সগোত্রাঃ সুহৃদস্ত যে।
দদন্তি নাতুরে দানং ব্রহ্মঘ্নাস্ত ন সংশয়ঃ ॥১১৮॥
ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে আতুর দান
নিরূপাণো নামাষ্টমোঽধ্যায়ঃ ॥

---

অসুয়া দান তৌরবা মীশক অহুদি করিগুবা উপদ্রব ( অরী অনা, অকি অথং ) কাংদে, মহাক অহু নরকী লখীদা চক্রে, শিরবা মতমহসু করিগুহদা যমদূতশিংগী অবাবা কংত্রে ॥১১৬॥

হে গরুড় শিরমদাইদা অমদি শিরবা মতমদা করিগুবা দান অমত্তা তৌত্রবা পাপচেনবা অরিকপা মীশক অহুদি মাবা শিরবা মতমদা অবাবা নওনা করিসু কাংদে ॥১১৭॥

শিরমদাইদা অমদি শিরবা মতমদা মচা, মত, মচিন মনাও অমদি মাগী সগোত্রশিং অমসুং মরী মত্তা লৈন'লৈনা মাগী সমন্ধী ওইবা ( মরী-মত্তা ওইবা ) মীশক অহুগীদমক দান তৌবিত্রবা মীশকশিং অহুদি ব্রহ্মহত্যা ( ব্রাহ্মণ হাৎপ )গী পাপ কংই হায়বসিদা চিংমনিত্তাই লৈত্রে ॥১১৮॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধারগী মহুংদা আতুর-দান নিরূপন কৌবা নিপালগুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# অথ নবমোঽধ্যায়ঃ

**গরুড় উবাচ:—**

কথিতং ভবতা সম্যগ্দানমাতুরকালিকম্

ম্রিয়মাণস্য যৎকৃত্যং তদিদানীং বদ প্রভো ॥১॥

**শ্রীভগবানুবাচ:—**

শৃণু তার্ক্ষ্য প্রবক্ষ্যামি দেহত্যাগস্য তদ্বিধিম্ ।

মৃতা যেন বিধানেন সদ্গতিং যান্তি মানবাঃ ॥২॥

কর্ম্মযোগাত্তদা দেহী মুঞ্চত্যত্র নিজং বপুঃ ।

তুলসী সন্নিধৌ কুর্য্যান্মণ্ডলং গোময়েন তু ॥৩॥

---

গরুড়না হায়:—হে প্রভো, ইবুঙো নংনা ময়াই ঐখোয়দা শিরমদাইনচিংবা আতুর মতমগী থৌগলবা দানচিংবগী মরমদা নিংথিনা তাকপিরে, লৌকিক অমুক শিরবা মতমদা থৌগলবা খুদিংমক অমুক তাকপিরো ॥১॥

বিষ্ণু ভগবাননা হায়:—হে গরুড় শিরবা মতমদা থৌবা হৌনবা নিয়মশু থৌরগা মীওইবনা সদ্গতি (অফবা লম্বেল) ফংনরিবা মওংগী হকচাংনচিংবা থাদোকপন্থ ঐ হায়রগে নং তাবো ।।২।।

কর্ম্মযোগগী মতুংইন্না হায়রবদা হকচাং পানবশিংনা থরাই থারবদা তুলসী প.বীগী মনাক্তা শম্বিনা চিথেক মন্নি লাইবা (ব্রাহ্মণগী) ক্ষত্রিয়গীনা চিথেক অহুম লাইবা মণ্ডল অমা যেক্লগনি ।।৩।।

তিলাংশ্চৈব বিকীর্য্যাথ দর্ভাংশ্চৈব বিনিক্ষিপেৎ।
স্থাপয়েদাসনে শুভ্রে শালগ্রামশিলাং তদা ॥৪॥
শালগ্রামশিলা যত্র পাপদোষ ভয়াপহা।
তৎ সন্নিধানে মরণান্মুক্তির্জন্তোঃ সুনিশ্চিতা ॥৫॥
তুলসীবিটপচ্ছায়া যত্রাস্তি ভবতাপহা।
তত্রৈব মরণান্মুক্তিঃ সর্ব্বদা দানদুর্ল্লভা ॥৬॥
তুলসীবিটপস্থানং গৃহে যস্যাবতিষ্ঠতে।
তদ্গৃহং তীর্থরূপং হি ন যান্তি যমকিঙ্করাঃ ॥৭॥
তুলসীমঞ্জরীযুক্তো যস্তু প্রাণান্বিমুঞ্চতি।

---

মেক্লিবা মণ্ডল অদুদা খোইদিং থরা চ'য়রগা কুশ মনা থরা থায়গনি, অদুদগী অতৌবা কি অমনা আসন ওইনা থাবগা মথক্তা শালগ্রাম শিলাবু লেংশিনগনি ॥৪॥

পাপ, দোষ পুম্নমক্কী অকিববু মাংহল্লিবা শালগ্রাম চক্রনা লেংশিল্লগা মহুগী মনাক্তা থবাই থাজরবা মীশক অদুদি শোয়দনা অরানবা খুবম (মোক্ষ) হায়বদু ফংই। ৫॥

সংসারগী পাপ পুম্নমকপু মাংহনবিরীবা তুলসী পাম্বীগী মরুম তাবা মকমদা থবাই থাজরবা মহাক্কুদি শোয়দনা অরানবা খুবম (মোক্ষ) হায়বদু ফংই। ৬॥

অদুগুম্বা মীগী য়ুমথদা তুলসী পাম্বীবু নিংথিনা থাজরবা, অদুগুম্বা য়ুম অদুদি তীর্থগা চপ মান্নয়ে, তীর্থগী মশক ওইয়ে, যমগী অসিনা অদুগুম্বা য়ুম অদুদা যমদূতশিংনা কৈনৌদ্রৈদা চংবা ঙমদে ॥৭॥

তুলসী মঞ্জরীগা লোইননা শিজরবা হায়বদি তুলসী মঞ্জরীবু মখুৎনা, হকচাংনা শোকচবা, নাদা চিল্লবা যাদা টেবলচিংবা

যমস্তং নেক্ষিতুং শক্তো যুক্তংপাপশতৈরপি ॥৮॥

তস্যা বলং মুখেকৃত্বা তিলদর্ভাসনে মৃতঃ।

নরো বিষ্ণুপুরং যাতি পুত্রহীনো ন সংশয়ঃ ॥৯॥

তিলাঃ পবিত্রাস্ত্রিবিধা দর্ভাশ্চ তুলসী তথা।

নরং নিবারয়ন্ত্যেতে দুর্গতিং যান্তমাতুরম্ ॥১০॥

মম স্বেদসমুদ্ভূতা যতস্তেপাবনাস্তিলাঃ।

অসুরা দানবা দৈত্যা বিদ্রবন্তি তিলৈস্ততঃ ॥১১॥

---

তৌজরগা শিজরবা মীশক অচুম্বি পাপ চাম্না মখাদা দৈজরমশম্বু যমরাজনা যেঙ্গোন্দ, মিৎনা, কাওবা ঙংবা নত্তমক্রে ॥৮॥

তুলসী মনা অমত্তংবু মরাদা উম্রগা শিজরবা, থোইদিংগী মথক্তা শিজরবা কুশগী আসন মথক্তা মথবায় থাজরবা মীশক অচুম্বি মচা পোক্লবা ওইরবসু শ্রীবিষ্ণুভগবানগী শাঙবু কংলৈ হায়রবসিদা চিংনগনু হে গরুড় ॥৯॥

মথল অহুমগী থোইদিং হায়বদি অঙৌবা, অমুবা, নাপু মচুগী থোইদিং, কুশ মনা অমদি তুলসী হায়বসি য়াম্না শেংবা পোৎশক্নি, মরম অসিদগী শিরবা মীশক অহুগী কয়াম্বুক ওইবা কষ্টবু থাংহনবি ॥১০॥

ঐখোই হৃদাংদগী পোকখিবা ওইবনা থোইদিং হায়বসি য়াম্না অশেংবা (পবিত্র) হায়বনি ওই, মরম অসিদগী অসুর, দানব দৈত্যশিংনা থোইদিংদগী খাম্না চেক্লোকই ॥১১॥

দর্ভা বিভূতির্মে তার্ক্ষ্য মমরোম সমুদ্ভবাঃ।
অতস্তৎ স্পর্শনাদেব স্বর্গং গচ্ছন্তি মানবাঃ ॥১২॥
কুশমূলেস্থিতোব্রহ্মা কুশমধ্যে জনার্দ্দনঃ।
কুশাগ্রেশঙ্করো দেবস্ত্রয়ো দেবাঃকুশেস্থিতাঃ ॥১৩॥
অতঃ কুশা বহ্নিমন্ত্র তুলসীবিপ্রধেনবঃ।
নৈতেনির্ম্মাল্যতাং যান্তি ক্রিয়মাণাঃ পুনঃ পুনঃ ॥১৪॥
দর্ভাঃ পিণ্ডেষু নির্ম্মাল্যা ব্রাহ্মণাঃ প্রেতভোজনে।
মন্ত্রা গৌস্তুলসী নীচে চিতায়াং চ হুতাশনঃ ॥১৫॥

---

হে গরুড় কুশ হায়বসিনা ঐগী বিভূতিনি ( ঐনা ওইবনি ) ঐগী তু মকুদগী ( হকচাংদা হোবা চুদগী ) ওইবিবনি মরম অসিদগী মহ কপু শোকলুবতদা মীওইবনা স্বর্গ চোজবা ঙমই ॥১২॥
কুশগী মরুদা ব্রহ্মানা লৈ, কুশগী ময়াইদা জনার্দ্দন হরিনা লৈ, কুশগী মতোন্দা মহাদেব লৈ, মতৌ অসুম্না লাই অহুমনা কুশগী মপাদা তাবথোইবি ॥১৩॥

মরম অসিদগী কুশ হায়বা, মৈ হায়বা, মন্ত্র হায়বা তুলসী হায়বা অমদি ব্রাহ্মণ ১সুং শল হায়বসি হন্না হন্না শিজিন্নরবসু নির্ম্মাল্য ( থোংনেনবা পোৎচুম্না, অকেন অতা, শেংবা যুবাক ) ওইদে ॥১৪॥

কুশদা পিণ্ডগী মথক্তা কুমগা নির্ম্মাল্য ওই, ব্রাহ্মণা মেথগী চপোৎ চাক্করগা নির্ম্মাল্য ওই, মন্ত্রে, শঙ্গে তুলসীবে অসিনা অতোনবা অাভিদা লৈরগা ( তিমলগা ) নির্ম্মাল্য ওই, মৈদি মী শিবগী চিতাগী ( মৈ থাবগা শীং ) হায়বদি মী পোৎজোইবগী মীংদা চাবগা মৈ অহুতনা অমাংবা ওই ॥১৫॥

গোময়েনোপলিপ্তে তু দর্ভাস্তরণসংস্কৃতে।
ভূতলে হ্যাতুরং কুর্য্যাদন্তরিক্ষং বিবর্জ্জয়েৎ ॥১৬॥
ব্রহ্মা বিষ্ণুশ্চ রুদ্রশ্চ সর্ব্বে দেবা হুতাশনঃ।
মণ্ডলোপরি তিষ্ঠন্তি তস্মাৎ কুর্ব্বীতমণ্ডলম্ ॥১৭॥
সর্ব্বত্র বসুধা পূতা লেপো যত্র ন বিদ্যতে।
যত্র লেপঃকৃতস্তত্র পুনর্লেপেন শুদ্ধ্যতি ॥১৮॥
রাক্ষসাশ্চ পিশাচাশ্চ ভূতাঃ প্রেতা যমানুগাঃ।
অলিপ্তদেশে খট্বায়ামন্তরিক্ষে বিশন্তি চ ॥১৯॥

---

শম্ভিনা তৈরবা মকম ওইহনবু অশিবনা হিপকম অহু কুশ থাপহনবনি অমসুং মথকতু মুপনা অমুক কুপ্পগা অশিবা হকচাংবু হিপহনপনি অমাংবদা থক্কদোই ॥১৬॥

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব, লাই পুম্নমক, অমসুং মৈ হায়বদিদি শম্ভিগী চিথেক মথি নাইনা কোইশিনবা মণ্ডল অদুদা, অত্রিয়গীনা চিথেক অদুদ নাইবা মণ্ডল অদুদা লৈ. মরম অসিনা শম্ভিগী চিথেক মথি নাইবা মণ্ডলবু শেম্মদবনি ॥১৭॥

শম্ভনা লাই তৈথোক্লবা মকম অদুদি শুদ্ধ ওইরে লেংলে মদুনা অমাংবা কনবা হায়বদু ওইরে অদুবু শম্ভিনা লাই তৈরবা মতুংদা ঔশিংনা (ঔচম্না) অমুক তৈথোক্লবদি অদুগুম্বা মকমগী লৈপাক অদু শুদ্ধ (অশোংবা) হায়বদু ওইরে ॥১৮॥

রাক্ষস, পিশাচ, ভূত, প্রেত অমসুং যমদূত হায়বশিংদি লাই তৈরবা লমদা, লৈপাক্লচিংবা থোংগাইবা, অথোং-অকাইবা লাই চাইবা মকম, লমহাং-চুমাংলেচিংবদা লৈ, মরম অসিনগী লাই তৈরবা লম লৈপাক্লচিংবা থোংগাইবা, অথোং-অকাইবা লাই

রাক্ষসাশ্চ পিশাচাশ্চ ভূতাঃ প্রেতাযমানুগাঃ।
মণ্ডলেন বিনা ভূম্যামাতুরং নৈব কারয়েৎ ॥২০॥

লিপ্তভূম্যামতঃ কৃত্বা স্বর্ণং রত্নং মুখেক্ষিপেৎ।
বিষ্ণোঃ পাদোদকং দত্বাচ্ছালগ্রামস্বরূপিণঃ ॥২১॥

শালগ্রামশিলা তোয়ং যঃ পিবেদ্বিন্দুমাত্রকম্।
স সর্ব্বপাপানির্ম্মুক্তো বৈকুণ্ঠভুবনং ব্রজেৎ ॥২২॥

ততো গঙ্গাজলং দত্বামহাপাতক নাশনম্
সর্ব্বতীর্থকৃতস্নান দানপুণ্য ফলপ্রদম্ ॥২৩।

---

চাইরবা মকম অমদি লমহাং-তুহাংনচিংবদা শিন্নবদি সদগতি (অকবা লমীদা চংপা) ওইদে ॥১৯॥

রাক্ষসশিং পিশাচশিং ভূত প্রেতশিং( অমদি যমগী দূতশিংনা হৈনমা, পামজবা অমদি মখোইগী লৈকম ওইবা মরমনা শঙ্গিনী মণ্ডল তৌদবা লৈপাক্তা আতুরগী ওইবা ( শিবগী মরীদা ওইবা থমক ) অমত্তা তৌকদে ॥২০।

মরম অশিদগী মাই তৈরবা লৈপাক্তা শিরবা হকচাংবু হীপহন্নগা মরাদা সনা রত্ন অমসুং শালগ্রামগী মণক ওইবা শ্রীবিষ্ণুভগবানগী চরণামৃত ইনবিগদি ॥২১॥

অহুওবা মীশক অতুনা শালগ্রাম চক্রগী চরণামৃত মরীক খমতং মরাদা তাকসদা শিরবদি পাপ পুমনক কোকচন্না শ্রীবিষ্ণুগী ধাম ওইবা বৈকুণ্ঠলোক অদুবু ইবা রাদনা কংবা ঙমই ॥২২॥

অদুদগী তীর্থ পুম্নিংমা স্নান তৌজরবগী অমদি দান তৌজরবগী পুণ্য থিবিকা মামবা ফল পীববীরবী অমসুং অচৌ অচৌবা প.প কয়াবু মাংহনবীরবী গঙ্গাগী ঈসিংবু অশিবা মরূপা শিংদোকপা মী অদুগী মরাদা হাপিগদবনি ॥২৩॥

চান্দ্রায়ণং চরেদ্যস্তু সহস্রকায় শোধনম্
পিবেদ্যশ্চৈব গঙ্গাম্ভঃ সমৌস্যাতামুভাবপি ।২৪।।
অগ্নিং প্রাপ্যযথাতার্ক্ষ্য তূলরাশির্বিনশ্যতি ।
তথাগঙ্গাম্বুপানেন পাতকম্ভস্মসাদ্ভবেৎ ॥২৫॥
যস্তু সূর্য্যাংশুসন্তপ্তং গঙ্গায়াঃ সলিলং পিবেৎ ।
স সর্ব্ব যোনির্নিম্মুক্তঃ প্রয়াতিসদনং হরেঃ ॥২৬॥
নদ্যোজ্জলাবগাহেন পাবয়ন্তিতরাঙ্গনান্ ।
দর্শনাৎ স্পর্শনাৎ পানাত্তথা গঙ্গেতি কীর্ত্তনাৎ ॥২৭॥
পুনাত্যপুণ্যান্পুরুষান্ চ্ছতশোথ সহস্রশঃ ।

---

জীবগী হকচাংবু শেংনবগীদমক চন্দ্রায়ণ ব্রত তৌনরি, চন্দ্রায়ণ ব্রত অদুনা পাপ লৈরবা অপবিত্র ওইবা ( শেংদবা ) হকচাং লিশিং লিশিংবু শেংদোকপিরি, অদুগুম্বা চন্দ্রায়ণ ব্রতসী পুণ্যগা গঙ্গাগী জল অদু থক্চবগা অনি অসি মগুণ মান্নৈ ॥২৪॥

হে গরুড় লশিং মপৈনা মৈদা তান্নবা উৎ ওনবগুম্, গঙ্গাজলবু থকচরবদা পাপ খুদিংমা উৎকি মশক ওইরিবনি ॥২৫॥

অদুগুম্বা মীশক অদুনা গঙ্গাজলবু নুমিৎকি মঙালদা শাহনগা থকচরবদি মপোক কয়াবু হনা হন্না পোক্কনা অবাবগী মশক ওইবা সংসার অসিদা তাপদবদগী নাহোক্তুনা শ্রীহরিগী থাম্দা ( লৈকমদা ) চৎই ॥২৬॥

তুরেলদি পাপচেনবশিংনা স্নান তৌরগা পবিত্র ( অশেংবা ) হায়বচু ওই, গঙ্গাদি উবতদা, শোকচরবতদা, থাক্কী ঈশিংবু থকচরবদা, অমদি "গঙ্গা" হায়বা মাগী মাম অসিদং শোঙ্করবদা পাপী চা-লিশিংবু শেংবিরি মরম অসিদগী সমস্তুগুম্বা লানওসবা

গঙ্গাতস্মাৎ পিবেত্তস্যা জলং সংসার তারকম্ ॥২৮॥
গঙ্গা গঙ্গেতি যো ব্রূয়াৎ প্রাণৈঃ কণ্ঠগতৈরপি।
মৃতোবিষ্ণুপুরং যাতি ন পুনর্জ্জাতয়ে ভুবি ॥২৯॥
উৎক্রামদ্ভিশ্চয়ঃ প্রাণৈঃ পুরুষঃ শ্রদ্ধয়ান্বিতঃ।
চিন্তয়েন্মনসা গঙ্গাসোপিয়াতি পরাং গতিম্ ॥৩০॥
অতোধ্যায়েন্নমেদগঙ্গাং সংস্মরেত্তজ্জলং পিবেৎ।
ততো ভাগবতং কিঞ্চিচ্ছৃণুয়ান্মোক্ষ দায়কম্ ॥৩১॥
শ্লোকংশ্লোকার্দ্ধপাদম্বা যোঽন্তে ভাগবতং পঠেৎ।
ন তস্য পুনরাবৃত্তির্ব্রহ্মলোকাৎ কদাচন ॥৩২॥

---

সংসার অসিদগী অন্নানবা থুংবনবু কংনিংলবশিংনা গঙ্গাগী ঈশিংবু থকচগদবনি ॥২৭॥২৮॥

অদুগুম্বা মীশক অদুনা শিরমদাইদা "গঙ্গা গঙ্গা" হায়্রবা মাগী নাম অম্রিদং শোক্তপ্রবদি মহাক অদো শ্রীভগবানগী ধাম বৈকুণ্ঠলোকা য়ৌগৈ ১ম্বুং অমুক হন্নকুনা পৃথ্বীদা পোক্লদরে ॥২৯॥

মীশক অদুনা প্রাণ থারমদাইদা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোইননা পুকনিং থবাই য়াওনা পতিত পাবনী গঙ্গাবু নিংশিংপ্রবা মীশক অদুদি পরমগতি (মোক্ষ) হায়বস কংই ॥৩০॥

মরম অসিনা গঙ্গাবু ধ্যান তৌগদবনি, খুরমজগদবনি, মাগী ঈশিং থক্কদবনি, অদুগী তুংদা মোক্ষ পদবী পীবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণবু তাজগদবনি ॥৩১॥

অদুগুম্বা মীশক্কা শ্রীমদ্ভাগবতপু পুকনিং থবাই হকচাং য়াওনা শিরমদাই মতমদা শ্লোক অমতং ওইরবসু, শ্লোক তঙ্খাই অমত্তুং ওইরবসু, পাদ অমতং ওইরবস পাঠ তৌরপ্রবদি তাজপ্রবদি মীশক অদুনা শিরগা ব্রহ্মলোকগী অমুক হন্নকুনা পৃথ্বীদা পোক্লদরে ॥৩২॥

বেদোপনিষদাং পাঠাচ্ছিববিষ্ণুস্তবাদপি।
ব্রাহ্মণক্ষত্রিয় বিশাস্মরণং মুক্তিদায়কম্ ॥৩৩॥
প্রাণ প্রয়াণ সময়ে কুর্য্যাদনশনং খগ।
দদ্যাদাতুরসন্ন্যাসং বিরক্তস্য দ্বিজন্মনঃ ॥৩৪॥
সংন্যস্তমিতি যো ব্রূয়াৎ প্রাণৈঃ কণ্ঠগতৈরপি।
মৃতো বিষ্ণুপুরং যাতি ন পুনর্জ্জায়তে ভুবি ॥৩৫॥
এবং জাতবিধানস্য ধার্ম্মিকস্য তদা খগ।
ঊর্ধ্বচ্ছিদ্রেণ গচ্ছন্তি প্রাণাস্তস্য সুখেন হি ॥৩৬॥

---

বেদ, উপনিষদপু পাঠ তৌজবা অমদি শিব অমস্তুং বিষ্ণুভগ-বানগী স্তোত্রবু পাঠ তৌজবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অহুদি শিরগা মুক্তি ফংই ॥৩৩॥

হে গরুড় মীওইবনা শিরমদাই মতমদা ব্রত তৌদনা হায়খদি চাক ঔশিংনচিংবা চানবা খিবিকপু থাদোক্লগা সংসারবু বিরক্ত হায়বদি ইচা ইশু মুপী মহা পুম্নমকী রাখল থাদোক্লগা আতুর সন্ন্যাস ধর্ম্মবু লৌগনি ॥৩৪॥

সন্ন্যাস হায়বসিগী মগুন্দি, শিরমদাই মতমদা কনাগুম্বা মীশনা প্রাণা কণ্ঠ য়ৌরবা মতমদা "ঐনা ঐগী হায়বা, ঐ হায়বা পুম্নমক অসিবু থাদোকচরে, ইমুঙো মংগী নকমদা চংজবা "সন্ন্যাস" হায়বদুদা চংজরে হায়বা য়াহৈ অসিগুং হায়জরবা (থজরবা) মীশক অদুনা শ্রীবিষ্ণুগী নাকতা খোয়দনা মহৌজরে অমসুং পৃথী অসিদা অমুক পোক্লদরে ॥৩৫॥

হে গরুড় অদুগুম্বা ধর্ম্মদা মচংজরবদি মাগী প্রাণ অদুনা হকচাংগী মথক থংবা ছিদ্র হায়বদি চিন, নাকোন, মিৎ নানচিংবা থায় (খোং) শিংদা মায়া মুন্তাইনা মপান্দা থোকখি ॥৩৬॥

মুখঞ্চক্ষুষীনাসে কর্ণৌদ্বারাণি সপ্ত চ ।
এভ্যঃ সুকৃতিনো যান্তি যোগিনস্তালুরন্ধ্রতঃ ॥৩৭॥
অপানাম্মিলিত প্রাণৌ যত্রাহি ভবতঃ পৃথক্ ।
সূক্ষ্মো ভূত্বা তদাবায়ুর্বিনিক্রামতি পুত্তলাৎ ॥৩৮॥
শরীরং পতত্যেপশ্চান্নির্গতে মরুদীশ্বরে ।
কালাহতং পতত্যেবং নিরাধারো যথাদ্রুমঃ ॥৩৯॥
নির্ব্বিচেষ্টং শরীরন্তু প্রাণৈর্মুক্তং জুগুপ্সিতম্ ।
অস্পৃশ্যং জায়তে সদ্যোদুর্গন্ধং সর্ব্বনিন্দিতম্ ॥৪০॥

---

চিন্নগী ছিন্ন অমা, মিৎকী অনি, নাতোননগী অনি, নাকোংগী অনি পুম্না থোং তরেৎ অসিনা থকী থোং কৌই, অসিগুম্বা থকী থোং তরেৎ অসিদা থবাইনা চৎপদি ধর্ম্মচেনবা মীভম্না চৎপনি, অদুগা যোগীশিংগী থবাইনা ত্তৌপী অহোংবা লম্বীদা চৎলি ॥৩৭॥

প্রাণবায়ু, অপানবায়ু কৌবা মুংশিংকি নশক ওইবা থবায়বা পুম্না নৈরবদগী, অমোইবা মতম্ দা নাক্রবদা তোঙান তোঙানবা মায়া ফুম্না মওংদা হকচাংদগী মপান্দা থোকখি ॥৩৮॥

অসিগুম্বা প্রাণবায়ুনা থবায়গী নশক ওইদুনা নৈরকপগী মপান হেক থোকখিবদা হকচাং অসিনা উপালনা ফুরবদা যেৎকম নৈরবা উরীবা তোংবগুম্ নৈমাইথকা তাদুনা নৈহৌই ॥৩৯॥

হকচাং অসিদগী থবায়না চৎখ্রকদা, নিংশিংবা নৈতবা নৈমাইথকা তাদুনা মী পুম্নমক্না শোক্‌-থক্‌নিংদনা তোইবা ফুরকপা মওংদা মরুশী-হাইতংগী নশক ওইনা নৈহৌই ॥৪০॥

ত্রিধাবস্থা শরীরস্য ক্রমিবিড্ভস্মরূপতঃ।
কিংগর্ব্ব ক্রিয়তে দেহে ক্ষণবিধ্বংসিভি নরৈঃ ॥৪১॥
পৃথিব্যাং লীয়তে পৃথ্বী আপশ্চৈব তথাপ্সু চ।
তেজস্তেজসি লীয়েত সমীরস্তু সমীরণে ॥৪২॥
আকাশশ্চ তথাহকাশে সর্ব্বংব্যাপী চ শঙ্করঃ।
নিত্যমুক্তো জগৎসাক্ষী আত্মা দেবেষজোমরঃ ॥৪৩॥
সর্ব্বেন্দ্রিয়যুতো জীব শব্দাদি বিষয়ৈর্ব্বৃতঃ।
কামরাগাদিভির্যুক্তঃ কর্ম্মকোশ সমন্বিতঃ ॥৪৪॥

---

জীবনা শিরবা মতমদা হকচং অতুগী মওং কিকম অহুম ওই মচুদি তিন, অমাংবা ( ধী ) উং অসুম্বা মাংথিগদবা অমদি মিংকুপ্ত মওং হোংথিগদবা হকচাং অসিনা কয়ম্বা নাপন তৌগদগে ॥৪১॥

হকচাং অসিনা শিরগা লৈপাক্তী শরুক্কা লৈপাক্তা ঈশিংগী শরুক্কা ঈশিংদা, মৈগী শরুক্কা মৈদা, নুংশিৎকী শরুক্কা নুংশিত্তা, তিনখিগনি ॥৪২॥

অাকাশকি শরুক্কা আকাশতা তিনগ্গনি তৌইগুম্বনুং শিহু্ংনা লৈবা, অরেপ্পা, মুক্ত ওইবা, জগৎকি সাক্ষী ওইনা থংনরিবা অসিদি হকচাং খুদিংদা অদুম অমর ওইনা মাংবা লৈতনা লৈরি ॥৪৩॥

জীবত্মা অসিদি ইন্দ্রিয় খিবিকা লোইননা, খোজেল, মশক, মহাও, মনম অমদি লোকপা চায়বা বিষয়শিং অসিনা কোয়শিন্দুনা অমদি রাগ কামনচিংবনা পুনশিন্দুনা থবক কয়ামকুম তৌবগী মওংদা সংসার অসিদা লৈরি ॥৪৪॥

পুণ্যবাসনয়াযুক্তো নির্ম্মিতেস্তেন কর্ম্মণা।
প্রবিশেৎ স নবেদেহে গৃহে দগ্ধে যথা গৃহী ॥৪৫॥
তদা বিমানমাদায় কিঙ্কিণী জালমালি যৎ
আয়ান্তি দেবদূতাশ্চ লসচ্চামর শোভিতঃ ॥৪৬॥
ধর্ম্মতত্ত্ববিদঃ প্রাজ্ঞাঃ সদা ধার্ম্মিক বল্লভাঃ।
তদা এনং কৃতকৃত্যং স্বর্বিমানেন যান্তি তে ॥৪৭॥
সুদিব্যদেহো বিরাজাম্বরস্রক্স্রু বর্ণরত্নাভরণৈরুপেতঃ।

---

অকবা থবক তৌবনা, অকবা মীচং চঁংপনা জীব অহুদা মানা তৌজখিবা কর্ম্ম অদুনা শাবা অনৌবা অকবা হকচাং অমদা অমূক চংজৈ, মহুমক্তি মৈনা চাকপ্লবা য়ুম অমবু থাদোক্লপা অতোপ্পা অনৌবা য়ুম অমা শাগৎচয়গা লৈনগুমহৈ ॥৪৫।

ধর্ম্ম লৈবা মীশক্না শিপ্রবা মতমদা শেক্পিন চামরনচিংবনা লৈত্তেংলবা, বিষ্ণু ভগবানগী মনাই পার্ষদশিংনা কিংকিণী হায়বদি খ্বাংগী লৈত্তেং শরীক মচা মচানা লৈত্তেংবগুম্না লৈত্তেংলবা লাইগী দলাই পুরক্লনা মহাকপু লৌবা লাকই ॥৪৬॥

ধর্ম্মগী তত্ত্ব খংবা, ধর্ম্ম চেনবা, মতম থুদিংমক্তা ধর্ম্মতত্ত্ব পামজহুনা ধর্ম্মতত্ত্ব তৌজবিবা মীশক অহুনা শিয়দনা শ্রীবিষ্ণু ভগবানগী মনাইশিংনা পুরকপা বিমান হায়বদি দলাই অহুনা তোংজহনা মা মানা তৌজখিবগী মহৈ কংবা ওইনা স্বর্গ তাম্না চৎলি ॥৪৭॥

অহুগুবা প্রতাপ চাওবা হায়বদি মতীক মগুণ চেন্নবা মীশক অহুনা মথানা তৌজবিবা দানগী মহৈনা কাংজরবা লাইগী ওইবা

দানপ্রভাবাৎ স মহানুভাবঃ প্রাপ্নোতি না কং
সুরপূজ্যমানঃ ॥৪৮॥

ইতি শ্রীগরুড় পুরাণে সারোদ্ধারে ম্রিয়মাণকৃত্য
নিরূপণো নাম নবমোঽধ্যায়ঃ ॥৯॥

---

হকচাংবু কংহুনা অমকপা লৈত্রবা ফিজেৎ ফিরোল, লৈ পরেং, সনা, লুপা, রত্ন ( রতন ) নচিংবনা লৈতেংহুনা, লাইরক্কম্ পুজা তৌরগুনা স্বর্গলোকপু কংই ॥৪৮॥

মতাং অসিদা শ্রীগরুড় পুরাণগী সারোদ্ধরগী মপুংনা "ম্রিয়মাণকৃত্য নিরূপণ" কৌবা মাপনগুবা অধ্যায় লোইরে 2

---

লোইরবা